# মাধবীগী খুজি

( মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা )

শ্রীহাওবম ইবুঙোয়াইমা সিংহ

# মাধবীগী খুজি

---

## ১

## নীপামচা নুপীমচা

ভাগীরথীগী নোংচুপথংব তে'ব্বন্দা তারিব বীরনগর কৌব খুন্দা ওলাঙ থাগী নো'মা নুমিদাংবাইরম নীপামচা অনীগা নুপীমচা অমগা গঙ্গাগী লৈতোংই মথক্তা শান্নরম্মী। সন্ধ্যা ওইশিল্লক্কুনা খুঙ', লৌবুক লম্মাং অমম্বুং গঙ্গ তুরেল লোইনা মম শল্লক্লে। তুরেন্দা হি খর লৈ। নুমীৎচুপ্পা থবক শুক্রব হিহোনবশিংনা চাক-ঈশিং থোংনবা লাক্লরি; হিশিং অতুদগী থোরকপা থাউমৈ মঙালনা তথক তথকপ ঈশিং মথক্তা জগোই শারি তোব্বানগী হৈনৌপান্বীশিংস্থু চীংলেম্না লৈক্লে। পান্বীশিং অতুগী মরক্কগী মৈরী থোরকপস্থু উই অতুগা ঊনাগী থাংপোক পরেং পরেং লৈবত্তুদগী মরক মরক্তা লৌউনাশংগী নুপীনহ'শনা চাক ঈশিং থোংবগী লাউন-খো'ননস্থু তাই। লৌনীশিংনা লাঙ্গল লেংবান্দা হাইং-গক্কুনা মযুম মযুমদা চন্নরি, শনশিংস্থু মাগী মাগী শঙ্গোন তম্না চেনশিংহরি। ঘট্রা লৈরম্ব নুপীশিংস্থু ঈশিং শোক্কুনা চন্নখ্রে অমম্বা অসিদা পূকচেল তম্নী ভাগীবথীস্থু সমুদ্র তম্না চরাউনা চেন্থরি। রাংমগী তে'র্ব্বানস্থু মমি শামি উরি। কংলেনগী মৈচাক থাঙ্লম্ব জগৎ হৌজিক্কা চুপ্নাং চন্দোক্কুনা পোংথরি।

অঙাং অহুম অদুদী শাম্নরি। মুপীমচা অদু চহী মাপল্লোম শুরগনি, মরাইবক তাবা খজাই তাবা ফজৈ অদুদা মুশিল মুব শম অদুনা ত্রোপ ত্রোপ তাথরকপা অদুনা অমুক হেন্না নীংথিজল্রে। হেমলতাগী মীৎনহা অনীহু মুশিল মুই, লংঙ্গৈ। নীপামচা অতোম্বহু চহী তর মাথোইরোম শুবগনি, হেক যেংবদা হেমলতাগা পোকমিন্নব মাল্লী মায়থোং অদুম্ব ফজৈ। অনীমক খর খক্লপ তৌনা উই। নরেন্দ্রগী মমীৎ অনীতুদা নীপা ওইবগী মতৌ উই। মতাফব মরাইবক অদুদা মরক মরক্তস্থ শাউবগী ফিবম উই। হেক য়েংবদা মহাকসি শাউগনব মীতা ওইনা উই।

শ্রীশচন্দ্রদা চহী তরাহুমদোইরোম শুরগনি। মাথো য়েংবদা পূকচেল তপ্প বুদ্ধি লৈব মীতা মাল্লী। খাঙ্গেশেংবস্থ মশামকস্থ য়াম্না ঈংব, তপ্প বুদ্ধি লৈব অঙাংনী।

নীপামচা অনীসি লৈভোইনা যুম শারি। হেমলতানা মখোই অনীগী মরক্তা কনানা হেনবা য়েংগদোরি। নরেন্দ্র যুম শাবনী যাম্না হৈ অদুবু খর যি ঈ। হেমনা মনাক্তা লৈরবদী নরেন্দ্রগী যুম ফজৈ। হেমনা শ্রীশগী যম য়েংবা হেক চৎখিবগা নরেন্দ্র শাউবা হোরে, মাগী যুম নীঙ্খাযরে। য়াম্না লুরে,—ফরব যুম অহুম্না নীঙ্খাযরিবা অনী অহুমক শুরে।

হেমনা হায়রে—শ্রীশগী মনাক্তা এ চৎলে রাই, নম অম শারো নরেন। নরেন য়াম্না হরাউরে, মমাওগী িপ তৈথাক্তুনা যুম শাবা হোরে, লোইশিল্লক্কদোরে। হেমনা খল্লী—নরেন্না শোয়দনা হেনবা ত রে। অদুবু শ্রীশ মথন্ত ভাযরে মাগী মনাক্তা অমুক্ত িত্রংদী মা মথরায় গ্ন ভাহতবা তারে। শ্রীশগী মনাক্ত। চৎত্রে শ্রীশ যুম শাবা

কয়া হৈতে, মখুৎস্থ খর তপ্পী। অদুবু য়াম্না চেকশিন্না হোৎনরদুনা যুম অমদী শারে, কয়াদী পাঙ্দে।

নারেন যম অমুক শাই, হেমরোমদা অমুক য়েংই। শাউবনা মখুৎ থক থক নীক্লে, ফজরব যুম অদুস্থ নীঙ্খায়রে। হৌনা কপ্লম্নগা লৈভোই খোমদুনা হেমগা শ্রীশগদা চাহাশল্লে। শ্রীশনা হেনগ্রে, মাগী যুম লোইরে, নরেনগীদা যম শুইদ্রে।

নবেন্দ্র। হৈজো! জগৎ অসে শুণ লৈরগা মুংশিবা হৈবগতস্থ য়াদে, বুদ্ধি চঙঙী। ঙসি লৈভোইগী যম শাবা ঙমদ্রেদো, হয়েং তাইবঙ্গী চাম্বব যমস্থ শুইদদুনা তোক্লনিকো। ঙসি লৈভোইগী যুমশাবী শান্নবদা হেনাগ্রবা অস্নম তৌনা পুন্সিগী খোঙ্জেন্দস্থ শ্রীশচন্দ্রনা নঙ্বু থোইদুনা নচাক মরল অমস্থং হেমলতা লোৎশখিবা য়াদেকো।

নরেন্দ্রনা কপ্প তাদুনা চহী ঙব তরেৎলোম শুরবী লুখ্রাবী অম ঘটুগী চেল্লক্লে। মুপী অসি শ্রীশচন্দ্রগী মচে শৈবালনীনী।

শৈবালিনীনা মপাবু চৈরে। শ্রীশনা য়াম্না তপ্না হায়রক্লে—"হৈচে! ঐ কারস্থ তৌরুদে। নরেন্না কাপ্লিবসিদ যুম শাবা ঙমদ্রদুনা কাপ্লিবনী থাজদ্রগা হেমদা হঙঙু।

মানা শাবা হৈত্রগা নরেনগী যুম শ্রনা শাবিনি হায়দুনা নরেন্দ্রবু থেমজিল্লম্নগা শৈবলিনী চৎখ্রে। শ্রীশস্থ মচেগা চৎমিন্নখ্রে।

হেমগা নরেনগা খৎনবা তোক্লে। নবেন্না কপ্প উবদা মপী তরং তরং চেল্লদুনা হেমনা হায়—'নরেন! নঙ্ কবিগী কাপ্লিবনো? শ্রীশগী যুমদু অমুক্তং য়েংগে হায়দুনা চৎলুপনি। নঙগী অদুক ফজনা শাহোরব যুম অদু কৈদোনা খুগ যাবি? নঙগীদা মদুক করিনা লৈরববু। শ্রীশগী

নাক্কা চৎলুবদী অমুক্কনি, ওাইহাক্কনী। শাউরম্বু, কপ্পম্বু।" নরেন শাউবা ওমদ্রে, নরেনবু হেমদা কয়া কুইনা শাউনি?

অহুদগী মবানী করি করিনো য়াম ওাংনরি। নরেন্দ্রন হায়—অভিয়াদগী থরাম্ফচাক অসিবু উহৈরা, মণিরা? মাসি এনা কাহনা হেকপা ওয়বদী কৈদৌনী থঙত্রা। পরেং লংলগা হেনগী ওকশমদা শিবিগনী। অহুগ থা থোক্কমদাইদা ওাঙানব মঙাল অম লাক্কিনসি কয়া কঙ্খ্রবনো; তুরেল অসি লাম্হোক্কনা তান্নরবাদ মাসি কবা যাই। য়ামবা তাহদা। মাসিবু কাবা যাববদী তুরেলরা মগী মীশিং অসিনা চাম্না ফারম্মনি। হি তোংহনা অম্মম চৎপ্রবদী থা থোকফম অহু খোগদোব মাল্লা। অহুম তৌরবদী লম অহুদা লৈরিব মীতাশিং অহুম্ভ উনবা য়াই। এনা চাউরগা মাতুদা অমুক্কং চৎপা তারি, হেম। নঙম্ভ চৎসি।

অওাংশিং অসিনা অম্মা ওাংনরিবৈদা মথোয়গী মশক অমুক্কং তাকে। সংসার অসিদা নহা অহল খায়দনা পুম্নমক গঙ্গাগী লৈত্তোহগা মান্নরব করিস্ভ লৈতব মরমদা কয়া থৎনৈ চৈনৈ। থাবলগুম্বা ল্লাশাগী লাংদা কয়া ওাওনৈ। মাহু অমুক্কং তাকাসরা? মাহু উংলুহনা থোইনা কান্নদে। লাহরিক পাবীরিব কাহুবুনা অহুম য়েংবীরো। তাইবঙপান অসিগী পাক-চাউরব নাট্যশালা অসিদা তিম্লিব মীয়াম? অসিগী থূদীং-মক্কা মাগী মাগী অনী, অনীব অপাম অপাম্ব লম্বীদা মায়কৈ শল ই থঙদবমথৈ চেন্নরি। অসিবু করিগীদমক্কনো, কনানা হায়বা ওমগনি?

খঙবগা চাংদম্নহনা অকোনবা অ'সনা শে'ল্লী; অমস্তং থুনা মাঙখি। নবকুমারগী তৌবীমলখৎবা অহুস্থ কুইনা লৈরমদে।

নবকুমার থোইনা ফজবা মী নত্তে, লাইরবদী লাইরৈ। জমিদারী খোথোৎপা মাগী ওইনীংলক্রে। অসিগুম্বা অপাম্বসি লাহরবদনা থিৎও হেল্লী। বীরেন্দ্রগী মচা য়াম্না অঙাং ওইরি, মাবুদী মাগী হুপীনা হাম্না শিরে। অঙাংগী সম্পত্তি শেম্নবিনবা কনাস্থ লৈত্রে, অমা অনী লৈরম্বহুস্থ নবকুমারগা অমত ওইগ্রে। বীরেন্দ্রনা মরীমতা থম্ন য়োক্লবা অহুস্থ করিস্থ থঙদে হুপাঙাক্কী, থঙজুনস্থ কেদৌনি?

অহানবদদী নবকুমারগী জমিদারী পুম্নমক লোগে হায়বসি থক্লমদে। বীরেন্দ্র শিত্রিত্তৈবা থুল মরিমঙাদং মমিংদা পানশিল্লম্মী হৌজিক মরি মঙা অমপা থোপচিল্লে। মানা থল্লী ঐগী অমত ভাইজম্নবী ইচানুপী হেমলতা অসি নরেন্দ্রদা পীরগে। অহুদগীদী বীরেন্দ্রগী জমিদারী মচাগী অহুম ওইজগোরনি। নাবালকী মমিংদ জমিদারী লৈবদী না য়াম্নকনি, অহুনা ঐগী মিংদা থম্নবদী মনামনিদ নাই-রবোই। মাস্থম খন্দুনা চপচাবী থবক চথরে।

মতম অহুনা সুবাদারগী সভাদা মকোক ওইব জমিদার অমস্তং জায়গীরদারশিংগী উকিল অমমম থম্নরম্মী। মখোয়না মখোয়গী মবুঙো-শিংগী ওইনা মরক মরক্তা নজর (শেল) পীহুনা সুবাদারবু পেল-কলম্মী। মবুঙোশিংদগী ল'কপ চে-সুং পুম্নমক মখোয়না পাঙথে'ক্লবা তৌই। মহৈরদা হায়বদী কোম্মংদা অস্রম্না উকিল অমমম থমজ্রবদী জমিদারীগী য়াম্না অমাঙবা থে'কপা য়াই, অমুক ফরি হাংগনি জাম-দারী মীমী থূরা চৎখিবা য়ানা লৈ।

বীরনগরগী জমিদারীগী উকিলদী হৌজিক্তি নবকুমারগী ভলব চারে। বাঙদেশগী কানঙুগী মথৎতা চে অম থাজনপ্রে। মরোল্দী— বীরেন্দ্র শিখবদগী মাগী জমিদারীগী খাজনা নিয়ম নাইনা কাম্রে। অহুবু হৌজিক্তী নবকুমার কৌব থবক হৈব নীপা অমনা জমিদারী অহুগী থবক লোশিন্নুনা মাগী ময়ুমদগী মতম চানা চান। খাজনা কারে। নবকুমার অসে বীরেন্দ্রগী মীনী বীরেন্দ্রগী ইমুং মানা লোইনা থাক্লি। চে অহুগা লোয়ননা লুপা লীশিং মত্তাম্ন কাংজুগী খুং য়ৌম্রে। চে অহুগী মমীদা য়েংথোকপিনিভাহ কনাম্ন লৈভবনা খুদক অহুদা বীরেন্দ্রগী মামং কক্কুনা নবকুমারগী মামং পাংনপ্রে। ভসিদা নবকুমার বীরনগরগী জমিদার ওইরে।

জমিদরগী পুকচেল ওক্লে। নরেন্দ্রগী মপাবুং পুজা তৌরম্মী, নরেন্দ্রবু য়াম্ন লুনা তৌরম্মী, ভাসদা নরেন্দ্র উবদা মীৎ নারে। নবকুমারগী মমাংদা থওদে মতুংদা থওদে নরেন্দ্রগী মপাগী জমিদারীনী হায়বাস খ্বাই পুম্নমক্ক হায়, কনামতম্ন নবকুমারগী জমিদারীনী হায়দে। খুনগী প্রজাশিংনম্ন নরেন্দ্র উবগা জমিদারগী মচা হায়। জমিদার ওপেংন ওইরব নবকুমারনা মাস করন থাওগান? মানা খল্লী—এনা জমিদার ওইক্লিবাস মীনা থীনা ভাংননবরা? নরেন্দ্রদা হৌচাম্নগী থাজরে, মপাগী জমিদারী মচানা কংজরে হায়গদৌবা লৈরে, ঐগী মিংদী কনাইদা লৈহৌরে? এনা তৌক্লিবব পুম্নমকাসদা অরেন্দ্রদা ওইরে। ঈশানা জমিদার ওইরবসিবু ময়াম্ন ঐবু অভাংগী দেওয়ানী হায়নরিবা। ভপেংনা মাগী দেওয়ান ওইদুনা জমিদারী অসি কজনা থম্নীরগা অভাং-লিদা শিন্নরসিরা? বাখল মওন মওন য়াম্না তোৱব মতুংদা নবকুমার

অসিদা লেপ্লে—ঐগী মিং অসি লৈবাক্লা শোন্নহৌনবা তৌবা তাই। পোষ্যপুত্র থম্লগে হায়বদী লাইরব মচা অমদা ঐগী ইচাম্নুপী হেমলতা পীরগে।

পণ্ডিত নবকুমার মাগী কজরব ফিরেপ অসিগী পরিংদা থবক পন্নথৎলক্লে। থংনব থুল অহুদা গোকুলদাস কৌব নীপা অম মচা মীপা অমগা মচনুপী লুপ্রাবী অমগা সম্পাত্তি থরগা থনম্লগা শিগ্রে। মচা নীপা অহুনা শ্রীশচন্দ্র, মুপী অহুনা শৈবলিনী। নবকুমারনা শ্রীশচন্দ্রবু মাগী ময়ুমদা পুশিন্দুনা য়োক্লে। শৈবলিনীদী মকুগী মমুমদা লৈ, মরক মরক্তা মপা উনবা লাকই, নোংম-নীনীমু বীরনগরদা লৈ। সংসার অাসদা মপা অসি নওনা মাগী কনাম্নু লৈজদে।

লৌশিংকব নবকুমার থম্মোক্ট য়াওদব্দী নত্তে। বীরেন্দ্রগী মরী-মতা অমম্নুং শাগৈ নাতৈশং অদু মথোমগী মুম এতুদগী তাম্মোক-পিদে। মথোয়মু নবকুমারগী ইমুংদা থবক-ইথাং নোমজুনা লৈ, মচীন্দদা মতম পুন্নমক্তা নবকুমারগী মুপীবু থাগজুনা চীরোল তৌই। নবকুমার নরেন্দ্রবুমু অহুম য়োক্লি। মোখোন নোক্তুনা মাগী ফম্নাই-বশিং অহুগী মফমদা হায়—"কেদৌনি। বীরেন্দ্রনা জামদারী হায়বাস মশক থওদহুনা পুন্নমক মাওহল্লরবনী। মীথুম্না চংগ্রবদী মাগী ইমুং অমম্নুং মচানীপা পিশক পুন্নমক অরাবদা তারনি হায়হুনা ঐনা লৈশিন্দুনা থম্মীবনি, ঐঙোন্দদী জামদারীনা কৈদৌনি? হৌজিক ফাওবা মরাইবক থীরব নরেন্দ্রবু কোল্লি, বীরেন্দ্রগী মা পুন্নমক ঐনা থাক্লি, মকি মরোল থোল্লি। করমদী তৌনি, মীগী অরাব ঐ য়েংবা ঙমদে। মরামমু থম্লুদো, ভগবান্না শেল পীরে—কৈদৌনবা? মাহু

ময়ামদা য়েংখোক্লগা মুত্তাইরিবনি, অসুম তানশিন্দুনা থম্লগা মুত্তাইবা নত্তে। ঐগী বাদি—মীত্তোন্দা পীথোক্'ন, ঐগী করিস্ত লেমহৌত্ৰবস্ত করে।

ফম্নাইবশিং অদুনা হা'য়—খাদৈশোংবনী। ঐখোয়গী ইবুঙোগী হকচাংসিদী থৌজালহৈবা সুং'শখত্তবা হায়বদুনা হৈদুনা শারক্লব জাংমী। কনানবু অসুম ঙোগদগে? জমিদার অসুক য়াম্না লৈরেবসিদা ইবুঙোনা বীরেন্দ্রগী ইমুংগী দমক ত্তৌবী'রব অস্ত্রমা' কনানা কন'গিস্ত ত্তো'হীদে। ইবুঙো লৈরমত্রবদবু কনানা নরেন্দ্রবু থাকপিগনি? অতৈ অসিস্ত কনানা থাকপগনি কনানা মাফ থো'নবীগনি? ইবুঙো লৈবদগী মখোয়না চরা অনী শুনা চাজ রবনি। ইবুঙোমুক পুন্যচেনব মীসিবু লৈরনাথগদ্রা?

নবকুমার গুরউরদুনা লোকম্নেং ত্তৌরদুনা মখোঁ পোংঙদুনা হায়-রক্ঈ— ঐদী পুন্যস্ত অমস্ত থপ্পদে। মীগী অরাবদদী য়েংব মত্তমদ্রে য়াস ঐগী পোকপদগী ত্তোম্নবক্লব স্বভাবনী। বীরেন্দ্রগী ইমুং ককাসি ঐত্তে'ন্দ অনৌব নত্তে। মসনা ঐগী ইরা'ন ঙহরবদী ঐ লাল্লে, পুন্য ওঃরে স্কুমঙ্কায়।

ঐখোয়ন মঙঙ্কা হা'য় প্রবন্ধ ন বকু 'র মী অদুক হা'ক্লা ফত্তব নত্তে। পূম্নমক্ক পাবু য়ম্না বুদ্ধি লৈব মীনী ছায়দুনা য়ারি, থ গংনরি। থৌজাল হৈব অমহুং ব্রহ্মনবু লুন ত্তোব মীনী ফা'য়দুনা শীংথানরি। হোজকা চত্ত দস্ত ঐখোয়গী সনা'জনা নবকুমারগুম্ব মীশকপু পা'ম্নুনা লুনা ত্তোনরি। মাননা চঙখিবনা লুনা ত্তো'ই, থাগৎনৈ, মানা ত্তাবা ত্তাই মফম পুম্নমক্তা লুনা ত্তোরিব ঈফ'ইথুম্নরিব মহাকপু নখোয় ঐখোয়না কত্তে করম হায়গনি? ম'বু নিন্দা ত্তোব ঐখোয়গী ঈত্তাক লৈবরা?

## ৩

# লাইবকথীবী লুখ্রাবী

সন্ধ্যাগী মতমদা শৈবলিনী যাউরগী হল্লক্‌লে। ধর্ম্মলৈবী পূকচেল উংবী লুখ্রবী অসি সন্ধ্যাগী পূজা লোইবগা নীপামচা মরাম খোমহুনা রারী তৌই। থা অম অনী লৈরগা বীরনগরদা হেক হেক লাকঈ। মহাক রারী লীবা য়াম্না হৈনৈ. মচাসু লৈতবনীনা অডাং পুম্নমকপু য়াম্না লূনা তৌই, মচাগুন মচীন-মনাউগুম থল্লী। অহুনা অডাংশিংনসু মাবু য়াম্না চাল্লী, লূনা লৌংঙী। শৈবালনী লাকএ রারী লীগদৌরে তাবদা অডাং মরাম মাগী মনাক্তা পুম্নপ পূরে। মানা কনাবুসু অচান মীরাঈ নাইদে। পম্বা য়াও মনাক্তা ফনহনবা য়াও, মমাঙদা ফমহনবা য়াও, মরাম মাবু ঈকৈঙ্‌ঈ কোঈশিল্লী। শৈবালিনী মহাক্তারঙ লাবা হৌরে। মরক অসিদা শৈবালিনীগী মরমদা রা অমনীদং হায়রহোগে।

শৈবালনীগী মপাহু চাব-থকপ রচ্চদব য়াম্না লৈনাকমগা তাব নীপানী। শ্রীশচন্দ্র অমসুং শৈবালনী মচানুপা নী মপাগী গুণ, অমসুং মমাগী মপুক তম্না, মোং-হাদবা লোইনা লোঈ। চহী য়ম্না নৌরিতৈদা শৈবালিনী লূখ্রা ওই। মপুরোইবগী রাখল ককা মাচেন্দা করিমত্ত লৈতে, য়ুমপানবগী অরা-হুতাই কারমত্ত থডদে। পুনশিচুম্না কুমারী লুখ্রা ওহহুনা মমাগী সেবগা মপা শেম্নবগা অনি অসি নত্তব ধর্ম্ম অতৈ থডজদে।

শৈবলিনীগী মপা শিখবাগী মখোয়গী ইমুংগী কিবম নোংম নোংমগী কচ্ছিনক্লে। চানিঙাই লৈতবগী অরাবা হায়বহু মমা মচা থংঙমদবনী অহুবু হৌজিক্তী চরা হেন্দনবত হোৎনবা রাশিল্লক্লে।

মপুক্তইংবী লুখ্রা অসিনা করিমত্ত পাখংপা তৌদনা মাগী স্বভাব কায়দনা অযুক ওস্তা হৌগৎখ্রুনা ঈরুজরগা পুজানচিংবা লোইথোক্লগা মপাঙ্গল্লা নোম্বক্লনা মমা অমস্তুং মপাগী চানব হোৎনৈ। সুমীৎচুপ্লা নোমলুরগা সন্ধ্যা য়ৌরকপ মতমদা মমা অমস্তুং মপাগী সেব তৌই। মুরৈনব কুচু, মমীৎ পেরাওনব, মুশিলমুব মশম, মাঙাংদনা মাগী থবক্তা মায়পুনবা শককম অদু হেক য়েংবদা মুংশিবা পোকই। অদুক অওনবদ অদেক অদেক শাংপা সুমিদাংমাইদা লূকথরকপা লৈমাগী মতৌনি।

জগৎ অসিদা শৈবলিনীগী অপাম্ব অমত্তং মিহৌব পোৎ লৈতে, মরূপ মপাংস্তু খিদে। মখোয়গী থা পোক মনাক্তা হৌরিব, সুমিৎ মুংব মতমদা মখোয়বু উরুম লাংহুল্লিব হৈনৌ পাখী অদু মাগী মরূপ্পী। উ-বা উচেক মায়া পুন্নমক মহাক্কী মপাংনী। মখোয়স্ত প্রকৃতগী মচ, মহাকস্তু প্রকৃতিগী মচা। অওাং ওইমিত্তৈদা লুপ্পা ওইদুনা প্রেম মশক খওদে, জগৎ অপুম্বা মাগী প্রেমগী পোৎশক্নী। মখোয়গী য়ুমগী অকোয়বদা হৌরিব উপাল মাপলদা তোংলিব উচেকশিং কচুগী চেক্ত হল্লী। মমানা সুওাইরগা পেল্লগ মাগী সুওাইবনী। শ্রীশচন্দ্রবু মতম্প ক্ত পাল্লগা চুপ্পী, মপানা হরাউদুনা "ইচে" কৌরকপা মতমদা মাগী সুওাইবগী পাক্কন লৈ, পি তরং তরং চেম্লুনা জগোই শাই। সন্ধ্যা ওইরক্পদ, পাক্লব তুরেনগী ঈম'য়দা থা থরাম্মচাক কোক্লব অতিরাগী মনি তব অদু উরগা ঈশ্বরবু নৌংশিওী। জগৎ অসি মহাক্তা শেম্বনী খল্লুযদা মীত্তা পি ঈরা চেল্লী।

মতম খর লৈরগা শৈবলিনীগী মমা লৈখিদ্রে। নবকুমারনা মজাক্তুপী পীগনি হায়দুনা শ্রীশচন্দ্রবু বীরনগরদা পুদুনা থমখ্রে। মমাগা মপাগ লৈত্রবদুদা শৈবলিনীস্তু মকুগী ময়ুমদা লৈখ্রে।

# ৪

# নুপীমচাসি কনাগিনো ?

অসুম তোঙনা চহি মরি হোৎখ্রে। শ্রীশচন্দ্র চহি তরাতরেৎ শুরে, নীংথজব পাথং অম ওইরে। পুক্চেল অপ্পী, ধর্ম্ম লৈ, শকখম য়েংবদসু অঙুম থংঙী।

নরেন্দ্রসু চহি তরামচাগী ঈ খের পাথং অম ওইরে। শ্রীশচন্দ্রদগী হেন্না ডোই, রাংঙী, খর কিংঙী, শাওগঙ্গী। নবকুমারনা মাবু মাদগী মহাক য়াম্না নুংঙাইতে। মরম্না শ্রীশচন্দ্রবু কৈ হাংজনা হ মনবাস মহাক প্রোক প্রোক চঙঈ, মমায় ভাকশং ঙাংঈ। পুন্নমক আস হেমলতাগী র খস্তনা খাঙলকপনী। মাগী মায়থোং অঙঙনা নরেন্দ্রগা অশাব থম্মোই ঈংঙল্লম্বনী। মাগী দমক্তা নবকুমারনা চৈবা খঙলকপনী।

হেমলতাসু চহি তরাতমদোই শুরে। অমুক্ত অঙনবদা চীথ্বে হুলকপওন্না যৌবনগী ফজব পুন্নমক মশাদা ফাওরক্লে। মুশিন্মুবা শম্না খজ্জহু অনীদগী তাথরক্তুনা খবাক্তা লেং লেং তারকপা লিলহা মরৈ অঙঙম্মী। তোরোক তোব কুচুনা ঈ থানা নীংজর। পেরাঙ নব মনীং অনীহু অঙাং ওইহারৈগী তথক তথকপা অহু কপ্ত্রে হুস্তন ঈংথনা লেখ্রে। যৌবনগী চক্ত লোইনা ফাওরক্লব মানসু লাক্লসু পাম্নব কিরম অসিদা মোইথ পুগী কুম্না থোংলগদোব থম্মোই অচুদা করম করম র'খল চঙলবগে হ য়রবজুদী ঐখোয় হায়বা ওমক্লে। মপান্থোংদা ঊব থরদং হায়বা ওম্মী। হেংলিকসু হেমনা নরেন্দ্রগ রারী-রাতাই শাবা য়াম্না পাম্মী। অহুব রা ঙ'ব মত্তমদদী মমায় হাইপক্তে।

করিগুম্ব মতমদস্থ রা-লান অমত ওংনদে। অতুনা শ্রীশনা খল্লী— মুপীমচা অ'সগী থম্মে ইদা মুংশিবা হায়বতু লৈরবদী অতৈগী নম্ত্রে, শ্রীশচন্দ্রগিনী।

## ৫

## বিদায়

অস্থম্না মতম খর হোৎখ্রে। নোংমা সঙ্ক্যা মতমদা শ্রীশগা নরেন্দ্রগা হি অমদ তোংদুনা গঙ্গাদা কোয়মিন্নরম্মী। নরেন্দ্রনা মাগী মপাঙ্গল খঙহনগে নীংলদুনা হিহোনবতু ক'খৎহল্লগা মখুং অনীনা নৌ অনী পায়দুনা হি হোল্লী। শ্রীশনা তুমিন্না ফমদুনা কুমিদং- রাইগী প্রকৃতিগী ফজবা য়েংলি। শ্রীশগা নরেন্দ্রগসি পঙমুং মুংশিনদে। ওসি করিস্থ লৈতব মরম অমদগী মরৈ তৌনরে। নরেন্দ্রগী মখুত্তগী বৌ খংনান নাস্তোকখিদুনা নরেন্দ্র তুরে। শ্রীশনা হোনা নে'ক্লগা হায়রকঈ—মাগী মাগী মথৌ পায়হল্ল, অরেম্বদা থোনা ফুদোকপা কায়দে।

মতম অসিদা হি গঙ্গাগী ঈয়াই য়ৌরে। গঙ্গা মপান্দা লৈব চেকপন্দা তোংদুনা, তৌরিব'স হেমলতা উরম্মী। হেমলতাগী মমাঙদা চোপ্পদুদা নরেন্দ্র য়াম্না মুঙাইত্রে অদুগী মথক্তা শ্রীশনা করেম্নখিবতু খাঙব ওমদ্রদুনা য়াম্না থীনা থুম্মী। খর খর তৌনরম্বদগী অস্থম হেঙ্গৎনরক্লে। নরেন্দ্র য়াম্না শাউরে, হৌগৎকুনা শ্রীশবু য়াম্না থীনা চৈরক্লে। শ্রীশস্থ হন্দক্তী খ'ঙবা ওম্মক্তদুনা ওনশিন্দুনা হায়রকঈ —"নঙগুম্ব হৌনখঙদব অমগা খংনবা চোপ্পী"।

হন্দক্কী শ্রীশগী য়াহৈ অসিদা নরেন্দ্র শাউবনা লাইবক্কী শিংলি অচু ফন্ চোংথোকই, শ্রীশবু ফুগে হায়দুনা লেপখৎলী। হিমুংদা ঈশিং লৈরমদুনা নাস্থ্ দুনা তুরে ; অদুদগী ঈশিংদা ওন্থরে। হিবান্দা কোক য়ৈখিদুনা জ্ঞান তাদ্রে।

পূকচেল চাওব শ্রীশ অশাউব নেমথদুনা ঈশিংদা চোংথদুনা নরেন্দ্রবু হীথক্তা থাঙৎলে ; কন্না হোৎনদুনা জ্ঞান তাহল্লগা হায়রকই:— "ভাই, ঐখোয় অনী খৎনরিবসি করিগিনো ? ঐদী নঙগা খৎনবা পামদে, নঙনা ঐগা খৎনব অমুক পাম্লীবসি করিগিনো ?"

শ্রীশনদী ফন শুংশিনা ভু'লে অদুবু নরেন্দ্র মুঙাইত্রি। শ্রীশনা ওসি মাগী মথল্লার কনবিখি থল্লুদা য়াম্না চাকথ্রে ওন্থোক্লা হঙ্গোইথ্রে। মা রা মচেৎ অনত ভাংদে সংসার অসে অমুব তৌদুনা করিমু লৈতব রাকমদগী অচৌব র'থোক ওই।

সন্ধ্যাগী মতমদা নবকুমারনা নরেন্দ্রবু কৌরগা য়াম্না চৈবে। নবকুমারঃ—শ্রীশগা নঙগা খৎনৈ হায়যে ; ইকাইদ্রা ? নঙনা কনানো শ্রীশচনা কনানো হায়বসি নঙ খঙদ্র মাগা নঙগ মান্নবরা ?"

নরেন্দ্র শাউবনা খোল নীক্কনা হায়—"ঐগা শ্রীশগা লান্থা নত্তে। ঐ জমিদার বীরেন্দ্র সিংহগী মচানী শ্রীশনা লম্বীগী চাক্লিবনী মীগী চাক্লেম চাবনী ঐগা মাগা করম্না মান্নগনি ?

অসুম্না খুম্বসি নবকুমার অমুক তাখিদ্রি। অদুনা অঙকপগা অশাওবগা য়ান্নরদুনা হায়রকই:—নঙনা ঙাংলিবসি কনাদনো খঙব্রা ?

নরেন্দ্র—"খংঙী, লাইরব চুমৎনব, ইপানা থাকপীরক্লগা লিনমচা

য়োকল্লবগুম্না ইপাবু হান্না চীকপা ইপাগী মরলমথুম লোইনা লৌব ওয় তৌবিমল খণ্ডদব মীশক অতুদনী ঐনা ঙাংলবসি”।

নবকুমার ঙাইহাক তুমিন্না লৈ, করি নীংশিংলিবনো খণ্ডদে ঙাইহাক লৈরগা হায়ঃ—“হে তৌবিমল খণ্ডদব অহাং। নপাগী দোষনা অমিবংবা মাঙজবনি। করা লেজদ্রে হায়দুনা ঐনা নঙবু য়োক-পিরকপগী মহৈদৌ অসিবা? চৎলো, নঙ চসিদগী ঐগী য়ুমদা লৈরম্লু চৎথ্রো চৎলু।

“চৎলে অতুবু নবকুমার অসিমদী খংঙু, হন্দক্কী নোংক্রো ওইরবস্ত হয়েংমুক্কী মপোক্কা বিচার হায়বত্ত লৈরবদি মাংনগী ফংল শোংদনা ফংগনি” হায়রম্মগা নরেন্দ্র শাউনা মপক্ন থোকখ্রে।

কুনিলাংবাই হেমলতা মংস্তু গঙ্গ মপান্দা কাংথোকলুক। থোকখিন থোদোক পুন্নমকস্তু নোংকনা তঙ্গ। হেমলতা উননা নরেন্দ্র খংলপ হেথ্নী হেমনা কাংজিনা মমাথ খুমতুন শুং শুং কপ্পত্ত উই।

নরেন্দ্র শাউবা ফবে। হেমগী নাক্ত চত্তাশল্লকুনা মথুং পায়রগা হায়ঃ—“হেম নঙ করিগী কাপ্লবনো?”

হেম খরাম্ন শোক্কা হায়—“নরেন্দ্র। ঐগী খুং থাদোকউ। নঙনা ইপাবু লিন মচা হায়বা। নঙ ঐখোয়বু তুকচরবা নত্রদো? ঐগী খুং থাদোকউ”।

নমকুমারনা চৈবদগী শাউরতুনা ওসাই মথৈ নরেন্দ্র জ্ঞান তাদে। হেমগী মমাগী মমীত্তগী মপী তারা উবা অমসুং মুপীমচা অমগী থরায় শোকপ রাত্তাং অতু তাবদা অপত্তব পাখংহু জ্ঞান তারে। হেমগী

"নখোয়গী বাবানা নঙ্বু ঐঙোন্দা পীগনি, লুহোংবিগনি হায়না আশা তৌরুই। ঐনা হায়রিবসি শাউগনু ঈকাইবনু ঈকাইগনু। হৌজিক ঈকাইনব অমসুং শাউনবা মতম লৈত্রে। নখোয়গী বাবাগী পুক্নিং থওরে। মহাক্না শ্রীশবু লুহোংশি, ঐ লৈবসিদী মমীৎ নায়বনী। শ্রীশচন্দ্রদা মহাক্না কন্যাদান তৌবহৌরেনব লৈখিগদ্রা? হেমলতা! মাহু মীওইবনা থাঙবা ঙম্বা চৈনা নত্তে। মুনি ঋষিদী ঙমগনি। ঐদি ঋষি নত্তেদো। বিদায় পীরো হেম। বীরনগরদা ঐগী মফম লৈত্রে।"

ঙাইহাক লৈরগা অমুক য়াম্না তপ্না হায়ঃ—"কপকনু হেমলতা! পুনশিচুপ্পা কপ্পব মতম লৈরি। ঐনা হায়রবসি অমুক্ত তাখো। ঐ পুনশিচুপ্পা চৎলবনী, কদাইদা চৎকনি, করি তৌরুনি ঐ খঙদে। চৎলবনী, অদুবু ঐ মাহুগীদমক করিসু খন্দে। জগৎ অসিদ জীব লক্ষা লক্ষা লৈরি, ঐগীসু লৈফম লৈরমগনি। অদুবু মীনা পীক খল্লব জগৎ অসিদা ঐদী ইথত্ত ঙায়রে ঙসিদগী। পুনশি অসিদা নরেন্দ্রবু মাগিনী হায়বিনব কনাসু লৈতে, নরেন্দ্র শিরগা রারিনব কনাসু লৈত্তে।"

মীত্তুগী তারকপা পিনা হেমলতাগী মফি, মশা মঙ লোইনা চেংথে, হন্দক্তী থাঙবা ভুমত্রমাংলে খোল থোক্না হৌনা কপথোক্লে। নরেন্দ্রগী মমীৎ অনীহু লংঈ, পিদী তাদে। তপ্না তপ্না অমুক হায়রকঈ—'হেম! ঙাইহক্ত লেপথো কপখিনু। ঐদী কপ্পা য়াদ্রে। ঐগী থম্মোইগী রা অসিদী কপ্পনা ফোঙদোকপা য়াদ্রে। হেম! নঙ ঐবু নীঙ লুনা তৌই, জগৎ অসিগী মফংদা ঐবু লুহোংশিনা য়েংবা, ঐগী

মরম সুংশিনা থনবিব নঙ নথম্ভনী। অদুবু নরেন্দ্রনা নঙবু কয়া চেৎনা কয়ালূম্না সুংশিবা, অমম্বা সুঙাইবা মাওত্রন জীবনগী আকাশগী মসু’দা সুংশিবগী মূত্ত ওইরব থরাম্মিচাক অমবু কয়া খোয়াংনা য়েংদুনা লৈরম্বা নঙ মতুদী থঙদে। সুপীমচাগী থম্মোইনা মতু থঙবস্থ ভম্মোই। ঙসিদী মঙ অদু কায়থ্রে, পুনশিগী মঙাল অমতং লৈরম্বদু মুৎখ্রে। ঙসিদগী অমম্বদা উমংদা মশক মনিং থঙদ্রিব ভাদ্রিব লৈবাক্তা পুনশিচুপ্পা চৎথ্রগনি, কোয়থ্রগনি।

নরেন্দ্র ভাইত্তাক ৱা ঙাংদে, তুমিন্না লৈদুনা লৈবাক্তা মুন্না য়েংলগা তপ্পা তপ্পা হায়রকঈ:—“হেম! ৱা অমতং লৈহৌরে। মাধবী লতা আস ইবানীনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয় অনী চঙদুনা থাখিবনি। ঐখোয় অনীগী থম্মোই নোংম নোংমগী নকশিন্নরকপগুম্না মস্থ নোংম নোংমগী চাউবা হেল্লক্লে। হৌজিক্কী মসি অমুক থমলুবগী করি ক’ন্নরি?’

নরেন্দ্রনা মাধবীলতা অত্থ ফুক্কৎলে। মাতুনা খূজি অম কোল্লে, হেমলতাদা শিজিনবীরগা হায়:—“হেম, লৈদী য়ম্না থুনা ক’ঈ, উরীদী লৈঙম্না অতুক থুনা কংদে। নঙস্থ ঐবু মতম থরদী নাংশিংখিবা ময়াই। নঙনা নরেন্দ্রবু সুংশিবিব কাউদ্রিনখৈ মাধবীগী খূজি অসি থম্মু। মরাইবক থীব আসিবু কাউরকপা মতম অতুদা অকংব উরীদু ঈশিংদা লংথখে।”

হেমলতা ৱা ঙাংবা থোক্কনা চপ লেপ্তুনা নরেন্দ্রবু য়েংদুনা লৈ। নরেন্দ্রস্থ লেঙদে, শোয় শাংনা হোল্লী মমীত্তা ঈয়া অমত চেন্দে, মৈগুম ঙাংঈ। য়াম্না তপ্না হেমগী মখুৎ থাদোক্লগা চংখ্রে।

নরেন্দ্র যুম থাদোকখ্রে। কদায়দা চৎকদৌরিবনো? মাঙদা পাক্লব গঙ্গানা মশা ফন্দোক্কনা নরেন্দ্রবু কৌরি। নরেন্দ্র গঙ্গাগী পাক্লব তম্পাক্ত চোংথখরে?

৬

## সংসারদা মথন্তু ঙায়বনী।

মাচঙবগী মন্নব গঙ্গা'নপান্দা ফমদুনা চহী তরাত্তমদোইদ ঙাইহিবী নুপীমচা অমা গঙ্গাগী ঈথক ময়'ম লাকপদু য়েংলী। ঈথক অম ক'রক্নই অম চঙ্'থ, মশানা হেঞ্জিল্লক্কুনা অইত উ'খ দ্র। মমীক্তু' পিগী ঈরানা থল্লে, করিমত্ত উদ্রবস্তু য়ে'বনা তৌক্কি।

অহি ওইরে জমিদা'রগী ইমুংগী মী পুন্নমক তুমখ্রে। হেমলচাদনা' অহি' অদু য়া'ম্না শাথ'ঙ্খ্রে তু'মন্না হৌপৎত্রুনা মীহুথোঙ মনাক্তা চলক্কুনা' থোঙ হাদোক্কুনা য়েংই। অমম্ব অতিয়াদা থন্নাম্মিচাক মচ'ম থোকলি মথ'দা গঙ্গানা অরেম্বা নাইদনা চেংহিরি। অমুম য়েংলিইঙদা পুব ওমত্রব রাথল পারং পারে লাকই—অঙাং ওইরিবঙগী মান্নবা চহী তরা শুরকপগী অতুন্নাইদা ওাখিব ফিনম। কপ্পতনা মাগী শরুক ওইরে মশা অতু কপ্পনী লোইবা নৈত্রে। নোংমাই হেল্লে, মীহুথোঙ মনাক্তা অমুক লেপথংলী: নৈবাক্তা ওন্দুনা অমুক কপ্পী।

অহ'নবগী ঙাওব-শাওব নৈদম্বদু তোকখ্রে লেঙথিদ্রে, মশাক্তু শাথন্না চিন্তানা লমথখিবগুম ত্তৌরে। চিন্তা অমসদী লোইগনোবা নংে। চুনা মেত্তুনা মীক্তত্তা ঙাত্তুনা অমুক থল্লী, মপী চহুম চহুম

তাই, পিহু অমুক তৌথোকঈ। অদুবু কংবা লৈররোইদোব পিনি, লোইবা নাইররে'ইদোব র'থম্মী।

অহিং মথৈ ওইরক্লে, চৌখৈ ফিহুপ তল্লক্লে। মাদী চুবা মেত্তুনা মীতুংথো'ঙ মনাক্তা ফম্লি। মাগী চিন্তা অদুবু পুনশি অসিদা লে'ইরথিগদ্রা ?

নোং তাক্লে জুমীংকী মশেক উবদা থ হৌ হৌগংলী। মমীং অদু কুশিং কুংথ্রে, মশা'মু য়াম্ন' চোকথরে। হৌগক্কুনা ইমুংদা চঙখ্রে, ইমুংগী থবক তৌখ্রে মপুক্তা চঙদে।

জুমীং অদুদ নত্তে, ... মদুদ নত্তে থা কয়া, চরোল কযা মীতুংথোঙ মনাক্তা ফম্ম'। নরেন্দ্রন বিদায় লৌথিব গঙ্গা তোর্বা'ন অদোমদা য়েং-ঙুনঙ লৈখ্রে, অযুক, নুমী ... , সন্ধ্যা, অহিং নোংয়াই, থাযদে। অদুগা চৌ'থব পুন'শ অম্তুম নী শিং'ঙী। নোংম নরেন্দ্রনা মনাক্তোং পক্লা ক'র হায়রম্বা, নরেন্দ্র'' তুরেল য়াংমদগী করি পুরকপা, নোংমা হৈনৌ হেক্কুনা মথে'য় অমী লোম্ন' চা'হিন্নরম্বা, নোংমনা মপা খঙকন্দনা মবা'না হি তো.ক্লনা কোয়্রামম্নরুবা, নোংমা মানা নরেন্দ্রগী তুকশমদা লৈল পয়েং শিবীথিবা. নো মনা নরেন্দ্রনা মটী.শমদা লৈ থেংপিখিবা পুম্নক অসি মথং মথ' নীংশি লক্কঈ। মী উথিগনি হায়তুনা লোম্না পী হেক হেক তৌথোকঈ। অরাবসি মী অমগী মফমদা লৈরবসু থরগী মখৈ পেথাপদোবনি। অদুসু মাগী পুক্নীংগী মা হায়দোকপা য় ব, মাগী অর'ব শকক য়া'বিগদোবসু কনা লৈজদে। থম্মোইমুংদা ওমচাক্লনা অদুম লৈরে। মৈশা অদুনা থম্মোই অদুম শোৌদোক্লমাংলে মহী ওইনা চেপ্তরকুনা পী ওইনা তারক্লে।

বসন্ত লোইহ্রে ওলাওথা লাক্লে। হৈপাল-লৈপাল, উপাল-রাপাল পুম্নমক মপাল শাৎলে মহৈ য়াম্লে। হৈনম লৈনম পুহনা নামিব চুংশিংনা মকম পুম্নমক্তা জীব পুম্নমক্তা খুংনা য়েল্লি। উহৈ খোবোম থম্না উন্থনা উচেক রায়াশিংনা পূংবা পূংবা উকৈথক্তা ঈশৈ শক্লি, জগোই শাক্লি। নোংজুথা লোইখিহনা লৌউবশিংনা মাগী মাগী লৌবুক্তগী লৌ থাওনরে কোৎ থম্না ফৌ হাপ্লরে। পোইন্থু-লাংবন কাহনা চাকচা-হৈজানরে, হরাউ-ওয়াম্না খুল খুদিং রারা লাউরে। হেমলতাগীদী পোইম্থু-লাংবন কাপ্রে।

নবকুমারগী চাউরব ইমুং অহনা অম্লাৎ-অপা লৈতে অরা-অমা য়াওদে। ইমুং অসিদা মথন্ত ভায়রিবী চায়বম্ব হেমলতদনী।

## ৭
## জগত্তা মতোমত

নরেন্দ্র ঈরোইবা য়াম্না হৈ। অহিং অহুদা ঈরোইহনা গঙ্গা লামখ্রে। অমম্ব অহিং অহুদা মকি-মরোল, মশা-মউ ঈচোৎ চোৎনা লৈতোই মরক্তদা চৎলি।

নরেন্দ্রনা হম্না য়েংবদা গঙ্গায়াংমদা বীরনগরগী ভৌরোক ভৌব দলান অমম্ব অহুদা উই। মমায় ওস্বেক্রক্তুনা অমুক চৎলি, মাঙদা করিস্থ উদে। মকু অমসুং লমহুই শঙ্কু-শঙ্কু খোংই নবকুমারদী মাহু অমত্ত ভাদে। অমুক হেন্না য়েংখিবদদী বীরনগরগী দালান উখিত্রে। সুংশাশোর মদী হোন্নগা মাঙদা লম্বী অম লৈরম্বহুগী মতুং-ইন্না চৎখ্রে। কদোমদা

চৎলিব্নো মা থত্তদে। মথক্তা মপাল নাইত্রব অতিয়া, মথাদা মপাল নাইত্রব লম্মাং। মহাক্তী য়াথলম্ অরোইবা লৈত্তে। মাবু উবদা উচেক-শিংনা মহমদগী পাইথোকঈ, মকু, খোংঈ, লমছই খোত্তই। নরেন্দ্রনা ময়াম অহু অমত্ত তারুদে।

য়াম্না শাংনা চৎলব মতুদা খুল অম থেংনরে। মী পুম্নমক তুম্নখ্রে উন্নুক চীকঈ। উথাদা খংপোক মচা মচা খর উই। উরক অতুদা তন্দম্না কুফেৎকুফেং তৌই। মাবু উবদা খুল অত্তগী হুই ময়াম খোংঈ, মী অম অনী থোং হাংদোক্কুনা য়েংঈ, নরেন্দ্রনা হম্না য়েংউদে অহুম চৎলী। লম্বী অহুম্বম্ থত্তদে উরক্তা মোংশোং মরক্তা শমহুনা চৎপদা মশাম্ ঈথো-খোগায়রে। খুল অহু লান্দুনা লম্মাং অম তারে। মাহু লাম্থোক্কুনা খুল অম অমুক ফাংলে, খুল অহুম্ লাম্থোক্কুনা চৎখ্রে।

অহিংচুম্না চৎলগা অয়াম্প লম্মাংদা মৈত্তাল অম উয়ে, মাহু তম্না অমুক চৎলে। ক্রোশমুক চৎলগা মৈত্তাল অহুগী মনাক য়োরে। মী পোৎলোইরম্মী। মহাক্ত ওহাক লেপ্পী। মৈ ভুং ভুং চাকই অমুক মুশি মুশি তৌই। পোৎলোইরম্বিব ময়াম অহু নরেন্দ্রবু য়েংবদা খংম্না রানা উরহুনা মথোয়গী নাক্তা কৌশিল্লী। নরেন্দ্রনা চত্তু য়াদে। ময়াম অহু রা ভাংদব চাউ-শাংলব নীপা অহু উবদা লোইনা চেমখ্রে।

কাক থোংলকপদা নোং ভানফু, ভানফু তৌরকপদা হুপী ময়াম পুল্ল পুহুনা খাউগী ঈশিং শোকপা লাকপদা তৌরোক তৌব য়াম্না য়াং-চাউরব নীপা অম লম্বীদা হীপতুনা লৈরম্বা উবদগী লোইনা চেনখ্রে।

অয়ুক্তা থুলগী মীয়াম লাক্তুনা তুম্লিব নীপাচু হৌদোক্তুনা মশক মমিং লৈফম চাকম হংলে। নরেন্দ্রনা খুম্মী— "ঐগী মিং লৈতে, জগৎ অসিদা ইথন্ত ওয়ার। নরেন্দ্র অঙাওবগুম তৌপ্রে।

৮

## রাজমহল ( কোন্নুং)

মুমিং অচুদগী নরেন্দ্র অনাবা মী হায়বচু ওইপ্রে। খুল অচুগী মতৌক মঙাল লৈব মীপা অমনা মাগী লায়েংবীরে। হিংবগী আশা লৈরুদ্রবদগী ফন কুইনা হীপ্লগা অনাব ফরে। চথোক্পা ওয়ক্লব মতমদা নীপা অচুবু থাগৎলম্লগা খুল অচুদগী চংপ্রে।

অনাবগী অহানবগী চৈনা থর নেমপ্র। নরেন্দ্র হৌজিক হেমক্তা অমুক ফংননবা উপায় থীরক্লে। মপাগী সম্প ও ফংননবা সুবাদারগী মফমদা রাকৎলগে লেপ্লে। ইপাগী জাগিদারী ফংফদী মশাগী কম্ববত্ত থিব নবকুমারনা মচানুপী ঐঙোন্দা শোয়দনা ফংলন।

নরেন্দ্র সুবাদার সুজাগী কোন্নুং হৌপ্রে। সম্রাট শাজাহান্নগী মচানীপা সুজানা বাঙলা লৈবাক্কী লৈবাক ওাক্পা ওইদুনা ঢাকাদগী রাজমহলদা কোন্নুং হোংলে। চহী কুন লৈবাক নীংথিনা চাকুমা মাগী মমিং পুম্নমক্কা শোয়রম্মী। মানা পানবা মতমদা লৈবাক্তা লাল অমদি অরা-অনা থোক্কে হায়বা য়াই। প্রজা য়াম্না মুংঙাইনা পাল্লী। ইতিহাসদসু মহাক মমিং চংলী। লান্দা থোনা ফব, হৈশিংবা অচুপমা লৈবাক্কী রায়েল থৌদাসু হৈ, অচুম্বা চংলী অমসুং থৌজাল

হৈ। প্রজানা মাবু য়াম্না চাল্লী, মীচম, জমিদার অমসুং জায়গীরদার পুন্নমক্না মাবু য়াই। অসুম হায়নবা লৈ—মহাক শিবদা বাঙ্গলা লৈবাক্কী মুপী অঙাং ফাওবা কপ্পখি। অদুবু অসুক্কি করবদা মাগী দোষ অমনীদং লৈ। লান্দা থৌনা ফবমুক কে-মৌবসু পাম্মী, তোন'ম্লী। মশকসু য়াম্না ফজে, মতম অয়াবদা ফজবী মুপীশিংগা তোংনদুনা লৈবা পাম্মী। মহাক্কী রাণী অহল প্যা'রী বাহু হায়রবী অদু শক্তা অমম্বুং গুন্দা বাঙ্গলা লৈবাক্তা মপা লৈত্রবী'নী। মহাক্কী চীন্দোলৈল্লেতোন্দ ফবা, ফাগি হৈবা অমসুং ফেবা হৈবদুনা সুবাদারবু পুমডাও ভাওহনবা ওম্মী। মথন্তসু নত্তনা লৈকোন্দা শাংগী লৈরা'গুম্বী বেগম চাম চামসু কোম্নুং অসিদা লৈরি। মখোয় অসি য়েং'নদা মুন্দুনা সুবাদার সুজা 'নংথৌগী থবক, লৈবাক্কী থবক, কাওথোকতুনা সুমীৎ নীনী হুম্নী মু থক্কুনা ইরাং তৌদুনা' লৈথোকপসু য়াওই

নবেন্দ্র সুবাদারগী মফমদা ব কংপদী হৎলে, অদুবু অসিগুম্বা মীশক অসিদগী অচুম্বা বিচার ফ বগী তাশাদী কয়া লৈতে গঙ্গা মপান্দা লৈবা রাজমহল নগর শৌজিকসু ফজে। বাঙ্গলা দেশগী কে.মু' এইরিতৈগদী পান্দম্নীডাই ৈক্তনা নীংথিজরম্মী। সুবাদারগী য়াংলবা শঙ্গাং, ওমরাহ অমসুং জাহ্ণীরদ রশিংগী ফজরবা দলান পরেং, ইনাক খুনবশিংগী ফুবা-দলান ময়াম—কোম্নুংগী ফজবা হায়রবদু অদুরাই মঙায়। গঙ্গাদা মরল লৈব লম্নোল্দ্ব'শিংগী হি পরেং পরেং লাকপংদুনা সহরগী ফজবা অমুক হেঙ্গংহল্লী রাজপথদা লালহৈব, চাউথোকচরব ওমরাহ অমসু মুসলমান জায়গীরদারশিং'না শগোল শামু নত্রগা দোলায় তোংদুনা চৎলী। হিন্দূ কারবার তৌবশিংনা সহরগী নাকল অমদা লৈদুনা মখোয় মখোয়গী থবক চৈথে।

নরেন্দ্রনাথনা রাজমহলদা লাকপদী ময়ামসি য়েংগে লাকপা নত্তে। মসিনা মত্তোন্দা করিস্থ ওইদে। কমদৌরগা মাগী রাকং সুবদার য়োৌগদগে মাসিত খমুনা লৈরে। নরেন্দ্রগী মপাগা খওনব হিন্দু ইনাক-খুনব লল্লোনবা কয়ামকম লৈ। মথোয়গী মফমদা চৎলুরে মথোয়না হায়রকঈঃ—"নওবু পোকপা বীরেন্দ্রনাথ হায়বতু য়াম্না কব লৈবাকমচা তাব নীপানী। নও উনব য়াম্না মুত্তাইরে, অদিদা খর লৈথো, অহুগা য়েংসি। "নরেন্দ্রনা হায়জ চচ্চবগী ফল কয়া লৈত্রে।

ফন কুইন লৈরব তুংদা এর্কান খাঁ কৌব মোগল জায়গীর দার অমগা নরেন্দ্রগা থেংনরে। এর্কান খাঁ অসি বীরেন্দ্রগা লুনা তিন্নরব মরূপ য়াম্না পুকচেল চাউব নীপা অম ওইরম্লে। মানা নরেন্দ্রবু কৌরগা থুনমক মহাকৌদমক সুবাদার উনবিগনি হায়রুনা রাপক্লে। অহুবু লাইরব মীনা লাউজবা হায়বসি পংথু থুনা বিচার শও য়েদে। অহুমকপু এর্কান খঁ না মতম য়াম্না চওনা অওম অথোদা পৈশা চাইহুনা নরেন্দ্রগী রা অহু সুবাদারগী মফম য়েরে

সনা লুপানা থান্নব সিংহাসনদ, সুবাদার লেওশিন্লে। রাজবেশ অহু শাবান মূর্ত্তি ফজবহুনা শেংপদা অমুক হেম্না ফজত্রে। মায়কৈ মন্নিদা মন্ত্রী অমস্থং অচৌ-অচৌব আফগান মোগল অথৌবশিংনা মক্ক লূক্তুনা লেপ্নী। বিচারগী কাজাউ অহু মীনা পিক থনশে। সিংহাসনগী নাক অনীদা মীপা অনীনা চামর থৌগল তৌন্নি। থোওজাউগী নাকল অনীহু মীনা পরেং লেংখ্রে। সুবাদার পওন লেওথোক্লে, অহুনা য়েংনীংবনা মী অমুক য়াম্না তিন্নিবনী।

সুবাদারগী মাওদা অহল ওইরব এর্কান খাঁ লেপথকুনা হঙ্গচরকইঃ—"জাঁহাপনা! ননাই ঐহাক সম্রাটকী থৌগল তৌরকপা

চহী কুন শুরে, সুবাদারগী থবক্তা ননাইগী কোক অসি চৌথ্রবনী লাইবক্তা থাঙকম লৈরবনি। ননাইনা হকচেনীংব রা অমত্তং লৈরে।"

সুবাদারঃ—"এর্ফান, নহাক্কী ঐখোয়গী মকোক ওইব সর্দ্দার অমনী, ঐনমু য়াম্না মুংশিজবনী। নহাক্না হায়ববু করিগী য়ারোইদগে?"

এর্ফান্না লৈবাকফাওবা মকোক নোন্দুনা হায়ঃ— "জাঁহাপনা! বাঙ্গলা লৈবাক্কী মী অসি থর শোল্লী মখোয়গী মরক্তগী মখোনা লৈব লান্দা ঐখোয়গী ইত্তেং পাংব জমিদারশিং অচুদী সুবাদারনা লুনা তৌবী। জমিদার বীরেন্দ্র অসিগুম্ব মীশক অমনী।"

সুবাদার—"উম, ঐ মাগী মমিং তাব্রে। পাঠানগা ঐখোয়গা থেংনবদা মানা ঐখোয়গী ইত্তেং য়াম্না পাংখি হ'য়।"

এর্ফান—"তাকপিরিবস্থ অচুম্বনী জাঁহাপনা। ঐনা উড়িষ্যাগী লাল চংপদা মাগী মখোনা অমস্তং রাজভক্তি ইমীংমক্না উজরক্লবমী। রাজসভা অনিদা পাঠান অমস্তং মোগল অখোব ময়াম লৈরিব অসিগী মমুংদা মহাকমুক মখোনা কব লাম্মী উজদ্রি।

সভাদা লৈরিব ময়ামম্থু থাঙখুম লোইনা পায়নৈ। সুজাদী মোমোন নোক্ত্না হায়—'এর্ফান। কাফের অচুবু নত্ত য়াম্না থাপ্নংলে। নত্তনা হায়রিবচুস্থ চুমদবদী নত্তে, নীপাদো য়াম্না মখোনা লৈ হায়না তাঙ্গী। মাগী মরমদা নত্রগা মাগীদমক করি তৌসি হায়বগে হায়মো। নওনা পীসি হায়বা মনা পীসি ঐ য়ারে।"

এর্ফান—হৌজিক বীরেন্দ্রবু মনা পীবা অমদী শক্তি পীবা তমদোবদী সুবাদার পুন্নমক্কী মথক্তা লৈরিব সুবাদার, বাদশাহ পুন্নমক্কী মথক্তা লৈরিব বাদশাহ অচুত্তনী। ননাইদী মীরমলেন্দা লৈত্রে। ননাই

ঐনা হায়জরিব অসি মহাক্কী মরাইবক থীরব অতাং অতুগী দমক্তনী। অতাং অদো হৌজিক লম্বীগী চাকনিব ওইরে। কানঙ্গু মহাশয়পা পোক্তুনদুনা লৌনমচাউব মীপা অমনা মপাগী জমিদারী মুনবীগ্রে।"

পীগুম শৃক্তুনা সুবাদারনা রাক্ষম অসি কানঙ্গুদা হংঈ। মতম অতুদদী থাজনা অমস্তুং জমিদারীগী ৫-সুং পৃন্নবক কানঙ্গুনা পাঈ অতদ দত্তনা বাঙ্গলা লৈবাক্কী সুবাদারনা দিল্লীদ ৫ সুং থাবস্তু কানঙ্গুগী সহি য়াওদ্রবদী য়াদে। কানঙ্গু অত নবকুমারগী শেলতাবনী। মানা য়াম্না কিনা হায়জৈ:—'ননাই ঐবী সুবদারগী য়াথং ভাকদব কানঙ্গুনী। বীরেন্দ্র শিবদগী চহী করামকম থাজনা কাদ্রদুনা জাঁহাপনানা জমিদারী অতু নবকুমারদা পীগ্রো হায়দুনা হকম তৌবীগ্রে।"

খজিক্ত হায়বদা সুবাদার লোইনা ভাব ভারে। এহ্ম প্রা পৃথক্চয়কপা য় তু মহৈ য়ানখিদ্র। এর্কান শাউবনা রা মচেং অমত ভাংদনা মক লূকথদুনা লৈগ্রে মাগী য়েংলোমদা লেপ্লিব নরেন্দ্রনা কানঙ্গুদা মমীং থানা য়েংভী।

সুবাদারনা হায়ঃ—"এর্কান খাঁ। সুমীংনা ভাইবত্তপানদা মগী মভাল পীরিবসি অমুক লৌশিন্দে। ইশামক্কা পীগ্রব জমিদারী অমুক লৌশিনবদী রাজধর্ম্ম নত্তে। অতুবু বীরেন্দ্রগী মচা অসি মতীক মথোনা লৈনা উই। মপাগুম্না মহাকস্তু লান তমহল্লু, হৈহল্লু, শোরদনা মতীকচাব মনা অমস্তুং অতোপ্প জমিদারী ইনাম কংগনি।"

সভাদা কল্লিব ময়াম্না "কেরামৎ কেরামৎ।" হায়দুনা সুবাদারগী য়াওাং অতু থাগৎনবি। এর্কানস্তু য়াদবা য়াদদুন সুমিং অতুদগী নরেন্দ্রবু মনাক্তা থমদুনা লামগী খুংগু-খুংলাই ভবীবা হৌখি।

# ৯

# কাশীগী লান

মথক্কী থোঁদোক অসিগী মতুং চহী কয়ম লৈরগা খৃষ্টাব্দ ১৬৫৭ কী অশিন (লা'বন) থাগী থা'জন্দা নোংমা ভারতবর্ষগী কোন্নুং দিল্লী অমসুং আগ্রা সহরদা যাম্না লাওখি। আগ্রাগী স্নখেৎ মীনা কক্ক কক্ক ঈনৈ, সহরদা লৈবা মী পুম্নমক ঈপা পাথংনৈ, বাজার দোকান পুম্নমক লেপ্পী। ওমরাহ, মনসবদার, রাজপুট মোগল পাঠান পুম্নমক অরাব শকতম পুত। থবক থনা পুম্নমক লেপ্পি। কুইনা শেন্দুনা ইপুনা লৈরক্লবা সম্রাট শাজাহান ওঁস নোংমখ্রে হায়বা পাউ লাউ-থোক্লক্লে।

চুম্নদবা পাউ অসি যাম্না থুনা ভারতবর্ষ অপুম্বা শান্নখ্রে। বাঙ্গালদা লৈবাক্কী শুজা, মখোয়রোমদগী ঔরঙ্গজেব গুজরাটগী মোরাদ পুম্নমক শাংগী তৈন্নবীদা থারক্লে। মশা লৈত্রে হায়বদুনা পুম্নমক সিংহাসন ভাল্লবক্লে। তুনা সাজাহান শিত্রে হায়বা পাউ ফংনরবা-ফাওবদা নিংথৌমচাশিংদু লানগী ঈরাং তোক্লে। মাদুগী মরু ওইবা মরমদী অসিনী—অসিগী মমাংদা খা কয়াক্রম অসি নাঙ্গুনা সম্রাট নিংথৌগী থবক পুম্নমক তৌবা ঙম্মদ্রে। মচানুপা অহল দারানা নিংথৌগী পুম্নমক তৌখ্রে কারিগুম্বা হৌরম অমত্ত মশাগী মত লৌদ্রে মপাবু ফাজিন্দুনা মপাল খোংকহন্দনা থম্লগা মানা পুমশুপ শুপকে হায়বগী ওতা তৌরক্লে। শাহ শীজিন্নদুনা যুবরাজনা মাগী সিংহাসনগী লম্বী ফজনা শেমগদোরে হায়না খন্না চিংনরে। দারাগী মনাওশিং অসিদী মপান পানবদী যাই, মমাংগী অহুম্না পানবদী য়ানদে। অসিদগী অসিদগী ভারতবর্ষদা লানগী মৈ হৌগংখিবনি।

খৃষ্ট বদ ১৬৫৭কী লোইরমদাইদা বারানসী লান থোক্লখি, নিথম থাদনী। লাম্ফম অদু শগোল শামু উট অমসুং মগী অশব মশানা থনগ্রে। শিক্লম নাক্লম তৌরব থরনা “ঈশিং ঈশিং “হায়রুনা খরো খরো ওল্লী। মী অম অনানা মখোয়গী মক্লপ-মপাং অমসুং শাগৈ নাতৈ থীবা লাক্লার, ডাকুশিংনা অশিবশিংনা শেংলি-চারিব মমল য়াম্ব ফি-রোল থোমজিনবা লাক্লরি। অরাম্বদা গঙ্গাগী লুরব শেংলব ঈশিং তো তোং চেল্লী।

অহিং ওইরে থা থোক্লে। মচিন্মনাউশিং অদুসু অমনা অমবু হাংকে তান্নরি। থাবল অতুদা রাজপুত লম্মী অনী মখোয়গী মী অম থীরম্মী। অশিব মশা মথান তারিব অদুগী মরক্তগী যাম্নবানা অনাব থাওবগী নাহেবগী থোক্লেল অম তাহুনা চত্তশিন্দুনা য়েংবদা পাখং অম থম্মেইদা খুংলাইনা পান্দুনা য়াম্না রানা লৈবা থেংনরে অশোকপ মফম অদুদগী ঈ অতংপ লৈতনা থোরক্লি, হেক শিরগ-দোৗবঙক্তী মান্দে।

পাখং অদুগী মওং মতৌ য়েংবদা মখোয়স্ম ওক্লে। চহীসু মানা শুরবদা তরানিপাল ককাদগী হেনথিরেই। মশক ওস্লোক্লা ফজখ্রে নীপাবু মান্দে সুপীবু মাল্লী। খুংলাই পায়রুনা লান তৌবা লাক্লমগনি হায়ব মান্দে য়াম্না নহানী। অওাং ওইনা মমা মপা কায়নহুনা য়োকপিনিংঙ ই কোনবিনিঙাই লৈতহনা কোয়চেল চেকল্লপা মাল্লি।

লাম্ফমদদী রাজপুতল ম্মাশিং অসি মুশি-মুংঙোন কয়া খঙদে, লৈতে। অঙাং অদু উবদা কহেম্নহুনা মখোয় অনী বারী ওহাক শাহ্ন

অহ নবা—‘অঙাং মানা লাম্ফমদা লান তৌনি হায়হুনা লাক-লিবসিবু।”

অনীশুবা—"সুজাগী রোমগী মী ওইরমালেনে, থৌনাবু ফনা ফরিনে ঐখোয়গী ওমখৈ য়ৌরকঙ্গনে। করি লৈবাক্কী মী ওইরিদনো?"

অহানব। "খঙদে!"

অনীশুব। "বাঙ্গলাদেশগী হিন্দু ওইরম্ব তাইয়ে।"

শক্তাসি মোগল পাঠান্দী মান্দে। ঐখোয়গী ইবুধৌসু মানসিংহগা লোয়নদুনা বাঙ্গলা দেশতা লান চংলুই। মানা হায়বব লম অদুগী মীদী য়ম্না মুত্তাইবা পাম্মী, অকে- অমৌ পাম্মী, লানগুম্ব কপ্পিগুম্ব খুদোং থীবা লাক্লবদী মুপীবু মাঙ্ থাহল্লো, নীপানা ফিজি পায়দুনা তুংদা লেপ্পী হায়। অচুম্বর চুমদনরা খঙদে।"

অহানবা—'হা-হা-হা। মুজানা বাঙ্গালী অঙাং অসিগুম্বসি পুদুনা মহারাজ জয় সিংহ, সুলৈমানগা লান খেংননী হায়দুনা লাক্লবনীদকো, তুদা মহাক লাক্লবদ' ঐখোয় লাক্লমুসি, ঐখোয়গী অঙাংশি থারকসি। চংসি অসিদা লৈথদুনা কান্নবে, মরূপ অদু থিরুসি।"

অনীশুবা—"নীপংসি হৌজিকমক্তা শিদ্রি, ঐখোয়না থিজং হেৎনবীরবদী হিংবা যাই। অসিবু অম্বম হুন্দোক্লম্লসিরা?"

অহানবা—'য়েক্লববু থমদুনা কৈদৌনি? লোইথোক্লগে" অসি হায়দুন' থাঙ শংলী।

অনীশুবনা থামদুনা হায়—"ওঁ ওঁ মশানা শিজগদৌর মীবু হংকনু হাদুনা ঐখোয়গী ইবুঙো যশোবন্তসিংহনা থিংঙী। নঙ চংলম্মো, ঐ মাবু কন্দবা য়াদে।

অহানবা লম্মীদু চংখ্রে। অনীশুব অদুনা ঈশিং চাইদুনা পাখংদু থর পোখাহল্লে, হিংলনী। পাখং মনীং পাঙথোক্তুনা য়েংঙ্গী—মায়কৈ

মরিমক্তা অশিব মশা, অতিরাগ থা। লাল লোইরে পুম্নমক চীবখ্রে। মংমা হঙই:—"ঐবু থরায় কনদীরব মরুপ নঙবু কনানো? মিং করি কৌবগে? লান কনানা ভন্মে? সুজা কদোম চৎখ্রে?"

লাম্নীনা হায়—ঐগীমিং গজপতিসিংহ। নঙগী সুজা হায়বঙদী সুপীমরক্তদা লৈনীংবনী। মখোয়গা কাইনবদা লৈব ভম্মক্তুনা মুশাংখোর মপী হোন্দুনা বাঙলাদেশ পাংখ্রবনি। হা হা-হা যুবরাজ দারাগা মচানৌপা সুলতান সুলৈমান শেখনা লান ভন্মে, মাগা লোইনরবপা মহারাজ জয়সিংহনা জয় ওৎরে। ঐদী মহারাজ যশোবন্ত সিংহগী মনাইনী থক অমগী মহারাজ জয়সিংহগী মফমদা থারকপনী। হৌজিক মাগী লাঙ্গুঙদা লৌরি, নঙদী করি দেশকী মীনো?

পাংখং অতু লুকথদুনা লৈরে, ওাইহাক লৈরগা যাম্না হঙোইনা হায়:—"নহাক ঐগী য়েক্রবনী অতুবু ঐগী থরায় নহাক্না কনবরে, উপায় থরদংগা তৌবাখো, ঈশিং থজিক্ত পীয়ু, অতুগা নোংম নানীদং লৈনবা মফম অমত্তংগা পীয়ু। ঐগী দেশদী যাম্না থাপ্নী, মফম অসিরাইদদী ঐগী কনা লৈজদে, ঐগী মিংনা নরেন্দ্রনাথ দত্ত পীবিগদৌব লৈরবদী ঈশিং থজিক্ত।"

নরেন্দ্রগী মতৌ অতু উবদা মাগী রাঙাং তাবদা গজপতিসিংহগী থম্মোয় পুম্পেং পেংখ্রে, নীংথিনা কোনাশনবীদুনা শিবিরদা পুশিনখ্রে।

## ১০

## রাজা জয়সিংহগী শিবির (লাঙ্গুঙ)

চাউরবা শিবির অমগী মনুংদা মহাবীর অনী য়ারী শান্নর অমনা রাজপুত রাজা জয়সিংহ অমনা মহাক্কী চাম্বরবা মরুপ দেবেন্দ্র খাং, জাস্ত পাঠান্নী।

রাজা জয়সিংহ চহীদা য়ামলে, মায়থোংদী পাংথংগুম্মী, পাঙ্গলসু পাখন্নী। মতম অমুরাহদদা মোগল সম্রাটশিংগী মরোক ওইবা সেনাপতি মথৌ রাজপুতনা ওই। রাজপুতশিংগী মপান্দোম পাঙ্গলনা মোগলনা সিন্ধু তুরেন্দগী ব্রহ্মপুত্র ফাওবা লৈবাকগী মথাদা থম্বা ঙম্মীবনী। খুদোং খরা থীবা থবক অমদী লমদাউ হেক থোরকপদা রাজপুত সেনাপতি থাঙ্গী, জয়সু ওইরকপনা নম্মী। য়ারী অসি হৈবা মতমদা রাজপুতনাগী নিংথৌশিংগী মনুংদা অনীনা খ্বাইদগী মথোনা ফবা অমসুং খুকন পাঙ্গলবা ওইরম্মী রাজা জয়সিংহ অমসুং রাজা যশোবন্ত সিংহ। সম্রাট সাজাহানসু মথোয় অনীমকপু থৈজে অকুবা মকমদ থোয়তবু থাঙ্গী। মতম অমুদা পাঠান খণ্ডদে মোগল খণ্ডদে জয়সিংহগুম্বা মতীক লৈবা অমসুং লান্দা হৈজবা সেনাপতি অমত্তা লৈরখাদে হন্না শিংহৈরবা মমিং চংলবা ফরাসী অমা ভারতবর্ষদা মতম কুইনা লৈরম্মী। ভারতবর্ষ অপুম্বদা জয়সিংহগুম্বা থবক লৈবা মী লৈতে হায়না মমা হায়রম্মী। সাজাহানগী যুবরাজ দারাগী সুলেমান শেখপু সুজা থেংনবা থারকপা অমুদসু জয়সিংহবু মাগী রাজপুত তেঙ্গোলগা লোয়নননা থারকই। বারানসীগী লান্দা সুজা মায়থীহন, বাঙ্গলা দেশ তম্না চেনখি।

শিবির অতুদ। থাওমৈ অঙাঙ্গব পরেং থাঙ্গী, মপান্দা থোঙশঙবা, মায়কৈ মরিদা শিবির মম্নাম। মতম অসিদা নিংথৌগী শিবির মমুংদা অতৈ কনা অমত লৈতে। রাজা জয় সিংহগা মহাক্কী মরূপ দেবের খাঁগা অরোনব ম্না ভাংনরম্মী।

দেবের খাঁ,—"জয়সিংহ' হায়ব মিং চুম্না থোঙ্গমাঙদা। মহারাজনা লৈরুব মফমদা জয়"।

রাজা—"ঙসিগী লানগী রায়া হায়বিরিবহবো ? লানবু কদাইদা তৌখিবগেনে ? বাঙ্গলা দেশগী তেঙ্গোলগা শোকুব লানবু লান কৌরা? সুলতান সুজা হায়রা বাঙ্গলাদেশতা লৈখিহৈদগী চয়াউ-কুম্মৈত পাম্ব মীশক অম ওইগ্রে। মহাক্কবু করম্ন লান"

দেবের—"ঙাস লান্দবু সুলতান সুজাবু মতীক মথৌনা ঈউৎ উৎখিদ্রবরনে। কনা কম্না শোরুখিনা"

রাজা—"উৎখি য়াম্না তৌখি ঐসু য়াই; লান্দদী মহাকসু মতীক মথৌনা ফুদোকঈ, থবক্কী মতমদী কাউথোকঈ। অদুবু থৌ-নাদনদী য়াবা নত্রে, লান হৈবা, লাম্হোং খঙবা চঙ্ঙী।"

দেবের—"সম্রাটক্কী মচাশিং অসিগী মরক্তা লান হৈব, লাম্হোং খঙব'সি কনানা মহেল্লবগে ? আওরঙ্গজেবসি কমদৌঈ ?"

রাজা—"উঃ মহাক্কা রাদী হায়বীগনু। মহকমুক পাইরক্কী লৌশিং কব ঐ উঙ্গি। মথৌনাগা হৈ-শিংবগা চপ মম্নৈ। রাজা যশোবন্ত সিংহ মাবু থিংগানি হায়দুনা নর্ম্মদা লোংগদৌরি হায়বা তাঈ। যশোবন্ত সিংহ রানাগী মক্কাক্কী, মতীক মথৌনাসু চপচানা লৈব লাম্মীনী। অদুবু আওরঙ্গজেবকা পাবদা করম তৌরগদনো খঙ্দ্রে। যশোবন্তগী

মথৌনা নৈ লানগী লৌশিং র'ৎলি। ঐনা খনবদদী হন্দক্কী মচীন মন'উ ময'ম থেঙ্গ ঈনবসিদী অ'ওরঙ্গজেবনা জয় ওইগদৌবা মাল্লী।"

দেবের—"হায়বিরিবসিবু দ'রাবু থাদোকপিরগে হায়রিব্রা ?"

রাজা—'ঐনা থাদোক্লীংদুনা থাদোক্কে হায়বগী রা নত্তে। লাল অশিদা আওরঙ্গজেবনা জয় ওইরবদী মহাকপু সম্রাটনী হায়না লৌবদী তাই। ঐখোয়দী দিল্লী সম্রাটকী মথাদা লৈদো। অদুনা মহাক্কী মায়য়োক্তা লেপ্লদী রাজবিদ্রোহী ওয়োইদ্র ?"

দেবের—"ওসি অদোম্মবু 'নীংবিরদী সুজাবু ইলায় লায়না বন্দী তৌবীবা য়ারম্লবনী। সুজানা চেনবা মতম অদুদা তায়দুনা ফাবা য়ারম্লবনী, অদু ওইরবদী যুবরাজ দারানসু পেঙ্গগদৌবা অতম তৌ-বীদবদী কল্লিনবো ?"

রাজা—'ওসি সুজাবু থাদোকখিংগী মরম লৈ। মচীনমনাউ অদুক য়েংথিনবদুদী, ঐনা সুজাবু কাদুনা দারাগী মনাক্তা পুরক্লম্লবদি যুবরাজনা মাবু হাংপিখিবা য়'ই নত্রগা পুনশিনপ্পা কৈথুমশওদা পনখিনি। মাদুবু তৌকম থ'কপ্র ? অদুগা মরু ওইনা, ঐনা লাক্লমদাইদা সম্রাট সাজাহাম্না য়ারবদী লান থোক্তনবা হোৎনৌ হায়রম্মী সুজাবু লোই-থোকপা সম্রাটনা পামদে। সম্রাটকী য়াথং ইন্না সন্ধি তৌনবা হায়দুনা থাদোকখিবনা। সুজাসু য়ানীং য়ানীং তৌগ্রে। অদুবু সুলৈমান্দী পাখংগী হোনবা মতীক মথৌনা উৎনীংদুনা গঙ্গা লান্দুনা তৌক্লারবা অদুনী।"

অসুম্না রারী শান্নিবৈওদা থোওশওবা অম লাক্লুনা হায়রে—" মহারাজ। গজপতিসিংহ কৌবা লাম্মী অমনা অমুক্ত পুরুমজনীংঙলে।"

রাজা - চওহল্লকউ

ভাইহাক লৈরগা গজপতিসিংহ চংভক্লুনা হায়রে—"মহারাজ বাঙ্গলা দেশগী হিন্দু অন ফাহৌরগা বন্দী ওইরে। মহাক খুৎলাইনা শোক্লে"।

রাজা—"এখোয় অশোকপা মীদা লান তৌদে। থাদোকপীখো মরৈবাক্তা হজত্রসদু।"

গজপতি সিংহ—মহারাজ! মাগী দেশতি য়াম্না লাপ্পী, মখাস্থ চৎপা শুমদ্রে অহুগা লৈবাক খাসনস্থ মাগী কনাস্থ লেজদে।"

রাজানা শুইহাক খল্লগা হায়:—

"হৌজিকমক্তি এগী শিবিরদা লৈহনখো। মশা খর কল্লগা থাদোকাপিরে"

নরেন্দ্রনাথবু জ্ঞান তাকাঙ্গ্রিডৈ অহুদা শিবিরদা পুশিল্লে।

ভাইহাক লৈরগা গজপতিবু কৌরগা জয়সিংহনা হায়—গজপতি ওস লাম্ফমদা নওনা এগী ইভেং য়াম্না পাঙখ্রে। অহুগীদমক নহাকপু অহুগা নওগী নবুঙো যশোদাবন্তসিংহবু এনা থাগৎলি। হৌজিক্তি নবুঙোনা কাব হায়রু হায়রুনা থারকপনো তম্মো।"

অনী চৌক্না রারী শাখ্রে।

## ১১
## জেলেখা লাইবকথীবী

অহুদগী নরেন্দ্রনাথ মুমীং কয়ানিরোম লাইহৌ কন্না হৌহুনা জ্ঞান ভাদনা লৈরে। হি তোংহুনা গঙ্গদা কোয়বগুম অমুক তৌই,

ময়ুমদা অমুক হল্লক্লবগুম তৌই। মনাক্তা মুপীমচা অমনা সেবা তৌহ্না লৈবগুম্‌সু উই। হেমলতাগা অমুক উনরবরা অনাবহ্‌ কাপ্ল।

খর লৈরগা অনাবহ্‌ করক্লে। জ্ঞান পূমতা-তাবা মতম অহুদা অভকপ শঙ অমদা লৈরম্লে, মাদী হৌপ্তুনা অহুম লৈ। অসিবু মাগী মপাগী য়ুম অহুরা? নত্তে, অসুক ফজব শঙদী মহাক অমুক্ত উথিদ্রি। মুঙ অঙোবনা শাবনী, সনা লুপানা থাম্মী, ফজরব পোৎ-চৈনা থল্লী। ইমুং অহু মমম য়াম্না লুংশি। কাংথোল অহু শামু ময়ানা থাম্মী, সনা লুপা (চান্দা) নম্ব হল্লী। লুপাগী কালগুম অমগী মথক্ত লুপাগী পাত্র অমদা ঈশং হাপ্তুনা থম্মী। ফমুংদগী থিত্তুং চথাক্লগা ফজরব পাল্লিচা অমদা ফমঙ্কনা পাঙলৈশাবী অমগা নীপা অমগা ত্তপ্না য়ারী শার। লৈশাবী অহু য়াম্না নীংথজে, মাগী মশাদা অরাংপা অমত্ত লৈতে। শাবানমুক্তি মমীৎ মমা কুহ্‌ কুবে চপমান্নবা ফজে। নরেন্দ্ররোমদা অমুক অমুক ফল্লপ রেডী, অহুপঃ মরু অমুক লূকথৈ। নীপা (থাজ) মহুগা য়াম্না লেম্ন চৌক্না য়ারা শাই। নীপাহ্‌ মুশিল-মুই, মশামউদী ফে। মথোয়না ভাংনারিবহ্‌ মা কারিমতা থঙদে, য়াহৈ অমনিদংদী তাই।

লৈশাবী—মসরুর! হিন্দু আসগ এপা মাঙহনগদৌরিবাস কারগিনো?

মসরুর—জেলেখা! কাকের আসবু নঙনা আসদা পুরক্লিবা? করিগিনো?

জেলেখা—মাহ্‌ এপী ইরাল্লী হায়বা তাই। মহাক্তী কারিস্থ লাঙ্গদে।

মসক্কর—মহাক হায়রিবসিদু মরিং হেক্ত হায়বা য়াত্রাও ?
নঙগা মরী খোংক্লবরা নঙগী কনানো ?
মাবু অমুক গুংশিনা তৌবিরিবসিবো ?

জেলেখাগী মপা লান্মীনা। মাস্থ মপাগী লিংজেল লৌই। মমা'য় ঙাংতুনা হায়— "মসক্কর ! নঙ মুপী ওইরম্লবদী মিসুংশি খংহনগ'দৌবনি ! নীপা ওইরগদকসু নঙগী খঙ্গোইসি নঙদগী হেন্না কনগ্গমালে।"

মসক্কর নোক্তুনা হায়—"য়েংউ কখেরসি হৌগৎলক্লে ঐ চৎলে।" হায়রম্লগা মপান খোকখ্রে।

জেলেখাসু হৌগৎলে ইমুংলোমদা চঙশিনগে তৌবনী। অদুবু চপলেপ্ত,না লৈখাদা য়েংতুনা লৈরে। ওহাক লৈরগা নরেন্দ্রগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা অশোকপা অদু য়েংখী। অশোকপদু ফরে, লাইহৌসু লৈত্রে, মশা খিত্তুং শোল্লি। নরেন্দ্রনাথ পূমঙক ঙক্তুনা জেলেখাবু মুন্না য়েংতুনা লৈরে। জেলেখাগী মমা'য় অদুস্থ ঈচপমুক ঙাংখ্রে।

অনৌবা মুম আসদা অনৌবা ফমুং অসি কদাইদাগিনো ?
কনানা মাবু অসিদা পুরক্লিবনো, সেব তৌরবসিনা কনানো খল্লুবদা নরেন্দ্র পূমঙক ঙাক্ল। জেলেখা অমস্তুং মসক্করগী য়া ভাবদা অদুগা জেলেখাগী মতৌ-মওং গেংবদা অমুক হেন্না ঙকখ্রে। জেলেখদা হংঙ্ঈ:—"ঐনা লৈরিবসি কদাইদনো মসিবু বঙ্গদেশরা ? ইহেন্না নঙনা কনানো, নঙ্গিংনা করি কৌই ?"

অহিং অথেংবদা নোং খাকপদা খংখ্রেক খংবদৌন। নরেন্দ্রগী খোমকম ইহান হানব ভাবসিদা জেলেখা পুমঙক ঙক্ত,না য়া অমত্ত ঙ'দনা মচীমবান্দা খুদোম্বী থমতুনা লেপ্ত,না লৈরে।

নরেন্দ্র অমুক হায়ঃ—"ঐদী পাইশ লৈত্রব চঙজকম লৈত্রব মীশক অমনী। "ঐনা লৈরিবসি কদাইদনো চানবিহুনা অমুক্ত তাকপিয়্‌।"

মচীনবান্দ মথুং অহুম থমহুনা জেলেখা মমায় লৈথোকখ্রে। নরেন্দ্রদী মহাক কপ্পমালে থল্লী। করি অমত্ত ভাব তাদ্রে, অমুক তূমথখ্রে।

## ১২

## মঙলা মিত্রংলা

নরেন্দ্রনাথ মশা ফজনা কল্লে। অনাপ ফহুনবু কেদৌনি, রাখলটি লাইনাদী অম্থম হেঙ্গংলী। মাগী কা অহুদা মসম্বব, জেলেখা নত্তব অতৈ কনা অমত লাক্কে রা হংলুরে মসক্করনা নোক্কুনা চংখি. জেলেখানা মচীম্বান্দা মথূত্তা মক থম্মী। জেলেখাদী অশেংনমক মাগী থনবীবা অমসুং রাণীবা মাল্লী। মহাক বঙ্গদেশতা লাক্লবরা করিনতা ভাব তাদ্রে। সুলতান সুজানা মাবু গনবী, মহাকা রাখনা রজাহৈদা প্পাবরক্লবরা? ওইবসু য়াই; কোন্নং নত্রখনী অতুক ফজব পোংচৈশিং অসি কদাইদগী লৈগবনো? অহুস্ত্র কাশীগী লান্দা সুজা মারথীখ্রে, মহাকসু য়েক্লবগী মথূত্তা অসিবগা মান্নমা লৈহৌরে—থর থর নীংশিংলকই। মীহাৎপগী মথুত্তা শিন্নগদৌবগী মমাম্না মাবু লাইকম্নবিরিবরা করিমতা ভাব তাদ্রে।

অহিং নোংমাই য়োরে। নরেন্দ্র মথন্ত ফাম্ন, মমাঙদা থাউমৈ অম থাল্লী। চুবা মেক্কুনা রাখল তৌরি। রাখল লেপ্তুনা মমায় হাইগংলকপদা জেলেখা ভুমিন্না লেপ্তুনা লৈরম্বা উরে। কুচু হাইফেৎ

ভাইরে, মশম-মনা ঈকা ফারে, য়াম্না শূকথনা মমীত্ত ঈরা চেল্লী। নরেন্দ্রনা হংঈঃ—নহাকপু কনানো ? নঙগী অনীংবা অপাম্বনা করিনো হায়

জেলেখা খুমদে মাপী তৈথোকঈ।

নরেন্দ্র অমুকন্থ হায়—'নহাকপু করিগুম্ব অম্বাবা মুংশা থীবা অম নৈবা মাল্লী। হায়দোকউ, ঐনা ঙমগদোবা ওইরবদী উপায় তৌগে।"

জেলেথা হন্দকম্থ খুমদে। নরেন্দ্রগী মুংশব রাঙাং অদু তংনদা মমীত্তগী পি চুম চতুম তাই। পি তৈথ ল্লগা জেলেখা চংখ্রে।

নরেন্দ্র, ঙংপা হংঙল্লক্রে। অংহ দদা থেংনরিবসি কারনীংনা কারগুম্ব খুদো থীবা অম চেরুবদা হাযত্নুনা অস্থম খল্লী। থাউটৈ অদু থমূৎ মংখ্রে। ংমম্ব। অচুদা নীপা (খোজা) অম লাক্তুনা মাগী মতুং ইল্লকউ হায়ত্নুনা হীজিক তৌঈ। মথে য় অনী অস্থম চেপত্নুদা নাঙ্গোল কয় ক ল্লী মশীং হায়রা থমদে। কাম্লুগী দলাল ময়াম অদু উরে, অদুক ফজনদী পোকতৈদগী উখিদ্রে। মুঙ অতৌবদা মনানা হত্তুনা ফজন শেম্মী। মংঘটৈ মরিদা নাংখিজরব লৈকোল। হৈ লৈশী মনম পুত্নুনা মু শীং লিরি শীংলি। উংগাঙবা কয়ত্নুনা ফজনা শেং-চারবী মীংথবী অমনীনা বানা থোংলি। খরনা মুচাইনা তুম্লি। মপাল্লা খোজাশিং (মীনাই) ঙঙ্গং হন্দা চংলি। নরেন্দ্র মাগী অরাব কাউথোকখিত্নুনা ফজবা ময়াম অমম্থং ফজরবীম্নুপী ময়াম অদু মযা কাত্নুনা য়েংই। মফম অসিবু কদাইদনো করম্ব মফম্নো ?

লংঙী মা'য়থুম্না মা'ম্ভ লোৎপা ঙমদে অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু মহাক অত্তাঙবী মুপীনী।

অদুদগী যন্ত্র ময়ামগী মুংশিরব স্থর অম তা'রে অপসয়া চা'মমুক লৈরিব অদুগী খোঞ্জেলগা। তিরদুনা স্থর অদুনা মুংশিরব ঈশৈ অম খো'বক্লে। ঈশৈ অদু দলান অদু লাম্হোক্তুনা অদুম চংখ্রে ত্তাখদ্রে।

অদুদগী রাণীনা খো'ঙ কয়া থীনবদা দলানগী নাকল অমরো'মদা অঙা'ব যুথল অম তারকঈ নরেন্দ্রনা কিনা কিনা য় খোকখিবদা নাকল অমরোমদা অঙাব কিজ্রেন শেৎপ মুশীলমুবা শীংজঙ পায়ব খো'জা মরি লেপ্পুনা লৈরম্মী। রাণীনা মখোড় অমুক থীনবদা মকোক ওইব অদু রাণীগী সিংহাসন মনাক্তা লাক্তুনা লেপ্লরে। মাঙ্গু মসক্লরনী। নরেন্দ্র কিবনা ঈ লো'হনা চেনখৎখ্রে।

মসক্রগা রাণীগা ভাইহাক চৌক্লা রারী শারে কবি ক'ব ঙ ব রিবনো হা'য়বদুদা' নরেন্দ্র তাবা ক'খে। রা'রা শারিডৈভনা নরে দরো' দা থুদোম্বী থৌমগা মনায় ঈমূক ঙাংনা ময়া ক্রুক কুক, চৌক্কঈ। মসক্রনা কবি হায়বগে হা'য়বদুদ" মহাক, থঙদে অদুবু মশক মও রে বদা আকব পোকঈ মাবু হাংলব ত বে হা'য়বাস মহাক কয়া ক জ.র।

রা'ণী মখোঙ অমুক থীনবদা থতোম্প নাকল অমদা শুশ ব যুথল অম তারক্লে অদুগী মনক্তা অশ ব ফিজোল শেৎপী মনাইঙ্গুশী মায় লে'প্ল। মখোঙ অমুক হয়া থীনবদা মকোক ওইবী অদু রাণীগী নাক্তু চংশিল্লী মহাক জেলেখানী।

জেলেখানা চাংবদী তাদে। মথং মতৌ য়ে বদগী মহাক রানীগী মফমদা করিগুম্বা অম হায়জরি নিজরি হায়বাস উরে। মপি তরং তরং চেল্লুনা রাণীগী খোঙদা তুরি।

জেলেখানা নরেন্দ্ররোমদা হয়না খুদোম্বী থীরগী, রাণীসু অদোমদা হয়না হয়না য়েংজী। শক অদুবু উরুবদগী হয়না হয়না য়েংনীজো'ইদোবা লাওদে। নরেন্দ্রগী কুচু চৌঙ্গী খুৎলাইমা শোক্তুনা তুরু'দগী খর তাইরপ তৌবদুনা অমুক হেন্না ফজরে, য়েংদা মাগী মশাদা করিমত অরাৎপা লৈত্তে। শোয়দনা হাৎলব তারে হায়দুনা মহাক্তী শিব ভাইদুনা লৈরবনা। মচংমান চৌক্তুনা লৈখাদা য়েদুবা রাখল তৌদুনা লৈ; খুংশাংশোর মগী অমুক অমুক হোল্লী মশক ফজরব পাখং ওসি উবদা ময়পী কনাগী থগ্মোই ঈরাং হোরোইদগে ?

মমৈদা রাণীনা নোক্তুনা জেলেখাদা করিনো অয় হায়, মাদু হুকুম হায়গদ্রা? জেলেখানা নরেন্দ্রগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হায়ঃ— "ঐখোয় শিব চঙবা নহাক্কী খুত্তা লৈরে, সিংহ সন মনাক্তা চঙদুনা নেত্তুরা খর য় অমুক্ত নরো, চানবীবসু য়ানা লৈরে" ওসি হায়রগা নরেন্দ্রগী খুৎ পায়দুনা সিংহাসনক্কী মনাক্তা পুশিনখ্রে। নরেন্দ্র ওকপা থেংলে। মানা করি অরানগা তৌকবদগী কয়না দশা তারিবনো, হৌজিক লৈরিবনা কদ'ইদনে, স্বর্গদরা, পৃথিবীদরা? করি হায়ঞ্জরুগদোনা?

খংশাঙ্ক শাট্টদুর রাণীগী মমীৎ অনী অদু ঈমুক ওাংখ্রে। জেলেখাবু খোঙপাক্কা কাওরগা ইঙ্গিত তৌবদা মসরুরগা অতোপ্পা শীঙজত পাম্বর খোজা অম্বা অমগা চো থোক্লক্তুনা নরেন্দ্রবু কোয়শিল্লে। রাণীনা ওহাক নরেন্দ্রগী ওই থংব খুৎ অদু খানা য়েংলমগা মপান থোকখ্রে। নরেন্দ্রনা মাগী ওই থংব খুত্তা য়েংবদা উরে। জেলেখানা শীরম খুদোপ।

খাউমৈ লোইনা মৃৎখ্রে। অমম্বা অদুদা খোঙ্গাশিং অম্না নরেন্দ্রবু খৌরীনা পুল্লে। মল্লিঙৈ অদুদা কনানো অমনা নরেন্দ্রগী মচীন মনাক্তা

পাত্র অম পায়ররে ! নরেন্দ্রসু ঙকপোই গুংশা থীবোই ঈশিং থোরাং-লহুনা পাত্র অদুদা য়াওরিবদু থক্তোক্লে অদুদগী জ্ঞান তাদনা তুপ্রে। অদুদগী করি তৌবা করমত থঙত্রে। অমম্বা অদুদা কনানো অম লাক্কুনা মাগী মথুঙগী খুদোপ অদু লৌথোকখিবগুম তৌই, অদুগা অমম্বা অদুদা কনানো অমসু য়াম্না গুংশা বল্লখ্বগুম তৌই। মসি মঙওই হা ওই উরম্মী-মচ জেলেখানী।

নানা মীকপ থোরকপদা মুমীৎ থোক্লে। চাউরব বাজার অমগী মঙ্গলা উনাগী থাপোক অমগী থোঙজীন্দা হীপ্লম্মী। মমাম্নদা গুংশ মাংলা য়ৈরে। লম্বী ঘাট, বাজার দোকান, দলান, বস্তী পুম্নমক পূনঙাল ভাল্লে। করি সহরনে ? বঙ্গদেশগী কোম্নুং রাজামহল্ল ? ওইবসু য়াই নত্রবদা কদাইদগী মী অসুক কৃংনা তাগবনো ? অসিদা কনদোনা য়োরক্লিবা। সুলতান সুজানা থৌজানবীহুনা বারানসীদগী অসি তাম্না পুথিরক্লবরা ? ঙরাং অহিংগী অদুনা মঙলা ?

## ১৩

## গজপতি সিংহ।

হুন্দক্কী মফম অসিসু নরেন্দ্র পোকঙৈদগী উদ্রি। মফম অসি মী থুংকম মাল্লী। মমাঙ্গদা চাউরবা মাঙ্গোল অম লৈ, অদুগী মায়কৈ মরিদা মথোল অনী গুব দলান, য়ুম পরেং। কা অমমমদা মী অনী অনী লৈ। লৈরিব মীয়াম অদু অরাম্ব মতৌক মগুন লৈব পারস্য, পাঠান হিন্দু কারবার তৌব মী ওক্লী। মথোয় লাক্লপা অহানবদা সরাই অসিদা হেক হেক লৈ। হুমিদাংদা মীয়াম লাকপা লোইরপা

থোঙ্ লোনশিল্লী। হৌজিক্কী নোংঙাম্বনিনা সরাইগী মপানস্তী থোঙ-জাউ হাংদুনা মী চখে'ক চশিন ঙৌবা হৌরে।

পারস্য দেশগী অহল অকৌবব সেখ অম কা অমদা হীদাক থক্লম্মী। নরেন্দ্রনা মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংঙ —"সেখজী। মফম অসি করি মিং কৌবগে? ঐদী নৌনা লৈকপ ওইদুনা করিমত খঙজাদ্রে। সেখজীনা হায়—'ইবুঙো ঐস্থ লল্লোন-ঈতীক্কী দমক ঙরাংদ লাকপনী, সহর অসিগী মরম ঐ থোইনা খঙদে।"

নরেন্দ্র—ঐঙোন্দগী দ হ'য়্না হেন্না খঙবিরমগনি, খরদদৌ তাকপীয়ু।

সখজী "ঐনা তায়রিবসি অশেংবনী ঐ সহর অসিগী মরমদা করিস্থ হংদোন। ঐনা অতুক তাং হায়বমক্তবু মাসি বেগম স'হেবকী সরাইনী সম্রাটকী মচান্নুপী পাদশা বেগমনা সহর অসিদা মী অনৌব লৈকপশিংদি খুনোং চাননব হায়দুন' সরাই অসি শবীবিবনী। ঐস্থ সমরকন্দ অমসুং বোখারা উরে অদুবু অসক্ক ফজব সহর উদ্রি।"

নরেন্দ্র—"সহর অসিগী মিমংনা করি? পাদশা বেগম হায়বাসনা কনাগে?'

অহল অদু নরেন্দ্রবু মাইহাক মুৎনা য়েংলগা মনাক্ত অম কৌ-শিন্দুনা হায়- "কাফের অসি জান হাংদনব অঙ'ঙবা জাংনি ত হোবখো।

নরেন্দ্রস্থু কয়া মুগোং চ'রোইদৌরিমাগে হাংদুনা চৎখ্রে।

নরেন্দ্রনা উরে পাঠান মুপী অমনা হৈ-রা খর পুরদুনা ইশাকখুনব লল্লোনবলী গী মফমদা যেনগে হ'য়দুনা চৎলি। নরেন্দ্রনা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হংলুরে—'বিবি! সহর অসি ক'র মিং কৌবগে?" হদুবা অদু ঙহাক চাঙক্লনা নরেন্দ্রবু য়েংলগা খুম্মী—"ক'ফের, লৈনগে কাপি

তোগে হায়রগা মক্ষম অমদা চংলু ঐদী মাতুগী চহী মতাং নাত্রে। নশক ফজংজু উংদা কতু কারল চংলিবী ঈরাং পাম্বী ময়াম মুনগনী, মরাইন ভাওজ্ঞান।" নরেন্দ্র মথা তাবা য়াম্নে। রাজপুত লাম্মী অম লেপ্তুনা লৈব উরে, মনাই অমনা মাগী শগোল লেবা তোর। লাম্মী অতুদা থুনা লাইশঙ্গো কায়রি। নরেন্দ্রন হাংখ্রে—"ঐদী মীনোনী. মক্ষম অসিগী মমিং খংজদে, অদোমদা আসদা ফনা কুইনা লৈবীরবনী ঐগী ঈতে থর পাবীয়ু।"

লাম্মী—"নঙগী নত্তেং পানবা লেপ লৈতে। পখং শঙনা মীত্তোন্দা নিনা ঈকাইদ্রা? ঐনী নঙগী চহীসিদা লম্মাগী থবক পাংখরে নচেন্না পাম্মবদী লাউ 'হুরাজ যাঙ্গারজু সিংহুগী মখদা থবক অতু তৌরো লাউ। লানগা মান্নবা শিনক্ষম খাম লেত্রবনি। মতার জগী কুপাদগী ঐখোয়বু মীনা যাম্না সন্মান তৌনরবনী। ঐখোয়না লৈরুব মফমত্তুনা ঐখোয়গী সম্পী। ভুবাং দেশদা লৈরম্মী ভূস কোম্নুদা লৈর। হয়েং অমুক নর্মদা নপন্দা চল্লুনা আওরঙ্গজেব অমসুং মোরাদকী মচক কক্লগনী। নখোন লৈরগা লাই থবক শাংসি হাপ্তুলো, নৈতগা চংশি। রাজপুতকী পাঙবা মীগী রা ভাংনদে।" নরেন্দ্রসু শাউনা হায়রকই—"নঙত লাংল তৌবোই থংত্রা, ঐসু লান তৌঈ, তৌকম থোকপ থবক্কদী মায় লৈবগী থবক লৈত্তে। ঐখোয়গী লৈবাকী সুবাদারসু মসি খঙবনি। রাজপুত। ঐ শোল নিব নত্তে।"

নরেন্দ্রদা চহীক য়েংলগা রাজপুত অহুনা হায়—"অঙাং! নঙসে ঐ অমুক উাখবগুন তৌরে। নঙ বঙ্গদেশতগী লাকপ নত্রা? মালীদা লীংশিঙক্লে। নঙদী ঐবু কাউরাম্যাদে।"

দলান অমসুং লৈকোল লৈ। দিল্লীগী মসু দা যমুনাদগী পঙলাপ লাপ্লুনা প'ক্লব পন্না কোয়শিনবা লাম্বন অম লৈ, মাতুগী মমুংদা সম্রাটকী শঙ্গাই অমসুং জগত্তা তাঙলব খুংঙৌগী দলান ময়াম

গজপ'তিগা নরেন্দ্রগা লানবক্লোমদা চৎলম্মী। দিল্লী সহর লাম্মীনা অচ'ম্বা লৈ। সহর অ'সিদা লাম্মী লিশীং কুন্থ্ ামঙা লৈ। লাম্মীশিংগী মুপী অঙাং অমসুং ইমুংনা লৈপাক অমসুং উনাগী খাংপোক্পা লৈ। অতুনা দিল্লীসি উনাগী খা'পোক্পা থল্লী। অচাপোৎ অমসুং ফিরোন যোনব দোকান অয়াম্বসু উনাগী খ'ঙপোক্লী। অদুনা মৈ হৌদুনা চক্রী অমদা খাংপোক লী'শিং লীশিং চাকঈ। কম্বীগী নাক অনীদা খাংপোক পরেং পরে' লৈ। নরেন্দ্র মাহু য়ে'তুনা অসুম চৎলী। লম্বীসু মীনা পীক থল্লী। মীচম্না য়াম্মী, ফিরোনসু চম্না শেংলী। ময়াঈ ওইব কাঙলুপকী মীয়াম্না হেকী যুম শাদুনা হোজিক দিল্লী সহর ফজরিবসি চক্রী চন গী মমাঙদা অসুম তৌরমদে। মতম অদুদগী অচৌব মীগা অতোনব মীগদ মঙাম্বম্মী অতুন দলান নত্ত্রগা উনাগী খাংপোক।

নরেন্দ্র অসুম লাকপদুনা রা'জপথ অম য়োরে। লম্বী অদুদগী চাউর চাউরব দলান উরে। মনসবদার, কাজী কারবাররাল। উমরা'হ নিংথৌনচি'ব অচৌবশি'গী দলান ময়াম্না লম্বীসু ফজবা হেল্লে। গজপা'তিগা মখোয় অনী য়ারী শাদুনা অসুম লাকপদুনা ফাওরব জুমা মসজীদ উরে। ভারতবর্ষদা অসিগুম্ব মসজীদ অম লৈতে পৃথিবী অপুম্বদসু লৈরমদবা য়াই।

গজপতিনা হায়—"মাসি বাংলব চীং অম তেমথোক্ন্না অতুগী মথক্তা শাখিবনী হায়নৈ। মদিগী মথক্তা মুঙ অঙোবগী গম্বুজ অহুম

লৈ। বাদশাহনা দিল্লীদা লৈব মতমদা ঈরাঈ খুদীংগী মসজীদ অ'সিদা লেপ্তরী। মাহুগী কুইম্ব অহু নোংমত্তং উহৌরবদী মপোক অ'সিদা ক'উ ঝোই। লানবন্দগী মসজীদ ফাওবা সিপাই চামডা লেংঈ, মখো'য়গী নোংমৈ মতোন্দা কিরান অত্তাংবা হাপ্পী। শগোল তোংবা মত্তা তকক্রা মাগু থাহুনা লম্বী তকথোকঈ মতুংদা বাদসাহ শামু মথক্ত ফজরব সিংহাসন থাহুনা মাহুদা কম্নগা লে'ত্তী। ওমরাহ অমসুং মনসবদার শিংনা তুংদা চংলী। অসিদা লেপ্তুনা ক য়দে লানবন মস্তু চংদুনা নিংথৌগী মনা শগোই যেলুপি।"

অরাপ্পনগী ওাংশং ওা ব রা লব লানবনগী চেকপন অত্ত উবদা নরেন্দ্রনাথ পুমস্তক ওকঈ মতম অহুদা ভারতবর্ষদা ল'ক্লম্ব মী পুন্নমক্লা দিল্লীগী লানবন অমসুং মু ত্তৌনা শাবা জমা মসজ'দনচি বা দল'ন গ্রাম অসি জগত অ'সদা অত্তাওবনী হা'যনৈ। হিন্দু নিংথৌ অমনা লানবন চওনব থোওহন্তু ওাকঈ। শগোল তোংব অমসুং ওমরাহ্ সিংন হঙ্গৎ-হন্দা চংলী। সিপাইশিংনা লানবন্দগী মপান থোরকঈ মস্থ দা অমুক চংঙী। মীরৈব ত্তগী লাকপ কল্লোনবাশিংন থোঙদা পৈহুনা লৈ।

থোংভদা হুপন শা'ব শামু অনী লৈ, অতুগী মথক্তা মী অনীগী মূর্ত্তি লৈ। নরেন্দ্রনা কনাগী মূর্ত্তিনো হংবদা গজপাত্তনা হায়ঃ—নচ।ক হিন্দু ওইরগা অসি থত্তদবা, অনী অ স রাজপুত বীরনী। চিত্তো'রগী জয়মল্ল অমস্ত পুত্তনা সম্রাট আকবরগ। লান কম্না থেংনহুনা ল'নবন ওা'ক্লম্মী। ওাকপা ওয়ক্তবদা সত্র টকী মথা পোল্লু হায়নগু য়'দহুনা লান্দা হাংথিবনী। ঐগী ইবুধৌ ত্তিলকসিংহ লান অহুদা শিথি। ঐনা অত্তাং ওইরিত্তৈদা মারী অসি ঐবু পোকপা তেজসিংহদগী তাহোঈ।

সিংহাসন মথক্তা সম্রাট সাজাহান লেংশিল্লি। সম্রাটকী চীংলেম্নর মায়থোং অহু মরেক-মহাউ থোক্ত, নাক্রবগী খুদম ঐ'র চায়না কল্লি। সম্রাট-কী য়েক্তা মচানীপা অহুম দারা ফাম্লি। মায়থোং অহু ফজে, মকা ফগী হেক য়েংবদা নাপমগী, থোইবগী খুদম ফাওই। ওহরে মদা মচানীপা সুলৈমান লৈম্লী। চহী কুম্মভারোম শুরগনি রাং ১ ওঈ, শাকল মূর্ত্তি নাংখিজে। তুদা থোজাশিংনা রাংগে মতুগী কাউহই হল্লে। মথক্তে মরখা লুপাগী রেলিং লৈ। মাহুগীরাংবদা নংথো, ওমরাহ মনসবদার, দূত, সেনাপতি মখয়াং ভারতবর্ষগী অচৌ অচৌব মী ময়াম নাংখিব যফজোন্দা পুংলোম্নতুনা মায় লূকথহুনা লেপ্লি। মাঙদ অফাওব মফম অম থম্লিবহুদা নায়াম লে লায়বব, ইনাক খুনব, অচৌ-পিশক পুম্নমক নখোই খুরুম্না য়াই থিবা লৈতে। ফজরব শকতলেন অক্ষুদা কইহুনা খম্মী "পৃথিবী অসিদা স্বর্গ হায়বহু লৈরবদি মসিনী।"

# ১৪
# তাতারগী মচানীপা

সম্রাটকী মাংদা ইহান হানবদ আরব দেশগী শগোল পুশিল্লকহুনা উংল। মথদা রাং-চাউরব শামু পগেং অম পুশিল্লকই। শমুশিং অহু মশাক্তোম থাগত্তুনা বাদশাহদা "ভেদসীম" তেরগা চংখ। মথংদা শাজি, শমাবা, ইরোই, গওয়ার কৈরিচিংব শা ময়াম অহুগী মথংদা মথক মখা অমাম্বা উচেক উংলা। অহুদগী শগোল ত্তোংব, খোঙমী লান্মী ময়াম মথ মথং সম্রাটকী মাঙদা চংলী। ময়াম অহুগী খোঙথাংনা লৈবাক থক-থক নীকঈ।

মথায় অসি উংপা লাটসাহেবশ মতুংদা বাদশাহনা প্রজাগী দরখাস্ত লৌবা হৌদ্রি। অদো মশীংনা খাইদনা ভারতবর্ষগী সম্রাটকী মফমদা পুন্নমক মাগী মাগী অর'বা খঙহল্লী। সম্রাটনা য়াথং অম অনীনা মখোয়গী অরাবা কে কহল্লী। সম্রাটনা হায়রকপা ভাংলকপা খুদীংদা মকোক ওইব ওমরাহশিংনা 'কেরামৎ-করামৎ" হায়রুনা থাগৎলী।

মথায় অসি উবদা নরেন্দ্র ঈঙক ওকয়ে। পুং অনীগী মতুংদা নিংথৌগী খবক লাইরুনা মচানীপা অমসুং মকোক ওইব ওমরাহশিংগা লোয়নন গোসলখানাদা চঙখ্রে। গোসলখানা অসি মায়-মীৎ তাথোকপা অমসুং খুংশ হামদোক্লবগী দমক্তসু নত্তে; মকোক ওইব মন্ত্রীশিংগা লৈবাক্কী থবক অরুবদ র ভাল্লকমসু ওই।

গোসলখানাগী তুংদা অরংবা চেকপল লৈবঙ নরেন্দ্র উরে মাতুগী মতুংদা নীংথিজরব শঙলেন মথায় লৈ। গজপতিনা হায় — "চেকপল অসিগী মতুংদ স্নকোক্নুংগী বেগমশিংগী ভোঙান ভোঙানব কোল্লুপ লৈরি, মাদু হায়রবা ভ্রাই লৈতনা ফজৈ হায়না তাই। বেগম অমমমগী শঙলেমগী অকোয়বদা লৈকোল, কুঞ্জবন, ওলাংথাদা লৈমব লৈমুংগী যুম, অদুগা অহিংদা হীপ্লনব অরাংব থাক লোইনা লৈ। অদুব সম্রাট নত্তব নীপা অইত্তদী মদু উবা ফংদ্রি। মাদুদা নীপাগী খোঙ্গুল তাদ্র।

নরেন্দ্রনাথ ওরং স্কুমিদাংগী থোদোক অদু খংনীং নীংশিংলকই। হায়রিব বেগমশিংগী শঙলেনশিং অসি মহাক উগ্রমালে খল্লী। অদুবু চরাংগী অওকপা রাফম অদু গজপতিসিংহদা হায়দোক্তে, মা মশামকসু ভাব তাদ্রি।

সিংহাসন মথক্তা সম্রাট সাজাহান লেঙাশল্লি। সম্রাটকী চীংলেম্লব মায়থোং অদু মরেক-মহাউ থোক্তে, নাকুবগী খুদম লৈরি চাম্না কাম্লে। সম্রাটকা য়েন্ত্রা মচানীপা অহল দারা ফাম্লি। মায়থোং অদু ফজে, মকা ফল্লী, হেক য়েংবদা মাংলনগী, থোহবগী খুদম ফাওই। ওইরোমদা মশুনীপা সুলৈমান লেপ্পী। চহী কুন্দরোম শুরগানি রাং চাউঈ, শাবন মূর্তি নীখিজে। তুংদা খোজাশিনা রাহোংমতুগী কাওহাংহ ক্তম্লি। মায়কৈ মরিদা লুপাগী রেলিং লৈ। মাদুগী রাংমদা নিংথৌ, ওমরাহ মনসবদার, দূত, সেনাপতি অমসুং ভারতবর্ষগী অচৌ অচৌব মী ময়াম নংথিব ফিজোলদা খুৎলোম্নদুনা মায় লুকথদুনা লেপ্লি। মাওদা অহাওবা মফম অম থম্লিবদুদা মীয়াম লৈ। লায়রব, ইনাক খুনব, অচৌ-পিশক পূম্নমক নিংথৌ খুরুম্বা য়াই থিংব লৈতে। ফজরব শঙলেন অদুদা তদুনা থম্মী "পৃথিবী অসিদা স্বর্গ লায়বক্ত লৈরবদি মাসিনী।"

সম্রাটকী মাওদা ইহান হানবদা আরব দেশগী শগোল পুশল্লকুনা উংলী। মথংদা রাং-চাউরব শমু পরেং অম পুশিল্লবী। শামুশং অদু মনাতোল থাঙ্গদুনা বাদশাহদা "ভনলীম" তৌরগা চংখি। মথংদা শক্তি, শল্লাবা ইরোই, গণ্ডার কৈনাচংব শা ময়াম অদুগী মথংদা মখল মখা অমম্ব উচেক উংলী। অদুদগী শগোল তোংব, খোঙমী লাম্মী ময়াম মথং মথং সম্রাটকী মাওদা চংলী। ময়াম অদুগী খোঙথাংনা লৈবাক থক-থক নীকঈ।

মরম অসি উংপা লাইরবা মতুংদা বাদশাহনা প্রজাগী দরখাস্ত লৌবা হৌঈ। অদো অপীশক খাইদনা ভারতবর্ষগী সম্রাটকী মফমদা পূম্নমক মাগী মাগী অরাবা শঙচল্লী। সম্রাটনা য়াথং অম অদীনা

মখোয়গী অরাবা কোকহল্লী। সম্রাটনা হায়রকপা ভাংলকপা খূদীংদা মকোক ওইব ওমরাহশিংনা "কেরামৎ কেরামৎ" হায়দুনা থাগৎলী।

ময়াম অসি উবদা নরেন্দ্র ঈওক ওকখ্রে। পুং অনীগী মনুংদা নিংথৌগী থবক লোইহনা মচানীপা অনম্বুং মকোক ওইব ওমরাহশিংগা লোয়ননা গোসলখানাদা চঙখ্রে। গোসলখানা অসি মায়-মীৎ ত'খোক্লব অমম্বুং থুংশা হামদোক্লবগী দমক্তমু নত্তে; মকোক ওইব মন্ত্রীশিংগা লৈখাক্তী থবক অরুবদা খা তাম্নফমমু ওই।

গোসলখানাগী তুংদা অরাংব চেকপল লৈবত্থ নরেন্দ্র উরে। মাহুগী মনুংদা নীংথিজরব শঙলেন ময়াম লৈ। গজপতিনা হায – "চেকপল অসগী মতুংদা স্নকোন্নুংগী বেগমশিংগী তোঙান তোঙানব কোল্লুপ লৈরি, মাহু হায়নীঙাই লৈতনা ফজে হ'য়না তাঈ। বেগম অমমমগী শঙলেনগী অকোয়বদা লৈকোল, কুঞ্জবন, ওপাংথ'দা লৈনব লৈম্নুংগী যুম, অদুগা অহিংদা হ্ঁপ্পনব অরাংব থাক লোইনা লৈ। অদুব সম্রা'ট নত্তব নীপা অতৈদী ম হু উবা ফংদ্রে। মাহুদা নীপাগী খোঙ্গুল তাদ্রে।

নরেন্দ্রনাথ ওরাং মুমিদাংগী থোদোক অদু থংনীং নীংশি লকই। হায়রিব বেগমশিংগী শঙলেনশিং অসি মহ'ক উপ্রমাংলে খল্লী। অদুবু ওরাংগী অঙকপ রাক্ষম অদু গজপতসিংহদা হাযদোক্তে, ম। মশামকমু ভাব তাদ্রে।

---

# ১৪

# তাতারগী নীপামচা

অসুম্না ৱারী শাক্নুনা মখোয় অনী লানবনগী মপান্দা লাক্লে, মপান্দসু মীনা পিক থল্লী। অচৌ অচৌব মী ময়াম দোলায় তোংব য়াও, শামু তোংবা য়াও, শগোল তোংবা য়াও হজংহন্দা চংলিং লল্লোনব কাওবুনা মমল য়াম্নব অঙক-অঙকপা পোংশক কয়া য়োল্লি। মাহূ চেংগদৌবগী লৈগদৌবগী মী লৌশিং লৌশিং লাকই। থরনা ঈশৈ শক্কুনা থরমা লগোই শাক্নুনা শেল তল্লি। থর অমনা লিনগী কুমৈ উৎলী, থরনা থুবাক ময়ি য়েংজী। থরনা পাঞ্জি শাক্নুনা মী ময়াম চিংশিল্লি। মখোয়শিংসি মাগী মাগী ফি অমনব অমোংপ থাক্নুনা ফম্মী। নাকল অমদা থুংলাই, নাকল অমদা লাইরিক হম্মী। মাগী মনাক্তা চঙহুনা থুবাক ময়ি য়েংনরি। নুপী ময়াম মাগী মনাক য়োব তান্নরি। মী থুদৌংমক পৈশা অমমম পী।

ময়াম অহূগী মরক্তা পাঞ্জি নহা অম য়াওরি। চহী তরামরিদগী হেনখিরোই, কুচু তৌই মশক ফজে, মুংশানা মমায় অহূ ডাংশং ঙাংলে। মশমসু জটা তারে। মীদা পিক্রূপ তৌই, মকোক্কী মথোঙ ফাওবা ফি অমুবনা কূপশিল্লী। তাতার দেশগী মুসলমাল্লী। মাদা পৈশা লৌদনা থুবাক ময়ি য়েংঙী। খাঙদা ঈলংলাব পেটী অমসু লাকই।

অঙাং অহূগী মওং মতৌ উবদা ময়াম মাঙোন্দা ওমশিল্লে। গজপতিগা নরেন্দ্রগসু মনাক্তা চঙল্লে। অহানবদা গজপতিগী মথূং য়েংহল্লী অহূপা হংঈঃ—'ওসি সন্ধ্যাদা ঐ দিল্লী থাদোকদৌরি, ঐ কদাইদা চংকদৌরি হায়যু য়েংসি।"

তাতার অহূনা গজপতিগী মায়থোং অমসুং ফিজেৎ মুথা য়েংলগা হায়ঃ—"মহারাজ যশোবন্তসিংহ নর্ম্মদা মপান্দা লেঙল্লে, নঙসু অহূদা চংকদৌরি।"

গজপতিনা হৌনা নোক্তুনা হায়—"মহারাজ যশোবন্তসিংহ আওরঙ্গজেবকা লান থেংনবা লেঙ্‌ঙ্গে হায়রিবসিবুদী মুপী অঙাং লোইনা খংঙৌমা। ঐস্তু শগোল তোংব রাজপুত্তনী অসিবুদী ঐগী ফিজেৎ য়েংবদা পূম্নমকন্থু হায়ব ঙমগনী, অসিদগী হেন্না হায়নবা নহৈ হৈজত্রবরা"?

গজপতিবু মুন্না ঙহাক য়েংলগা জটা অচু মতুংলোমদা হায়দোক্লগা য়াম্না লেম্না হায়:—"রাজপুত অতৈস্থু হায়ব' ঐ ঙম্মী। আওরঙ্গজেবগী মথৃত্তা রাজপুত লোইনা তুমগনী। অয়াঙব শগোল অম য়াম্না থুনা থম্নবা মহারাজদা হায়বীয়ু, নত্রবদী চেলহৌনবা মতম ফংলোই। লান অচুদা নথোয় লোইগদৌবনি রাজপুত।"

গজপতি থোনা ফব লাম্মীনা। অচুবু তাতর নহা অসিগী রাঙাং অসিদা ঙহাক পাখৎলী। ঙহাক লৈরগা য়াম্ন ঙাংথনা হায— "মা কৈস্থু লৈতে। ঈশ্বরনবু মাচুম তমথ্রবদী ঈশাগী ঈ থাদোক্তুনা মহারাজবু কমবা হোৎনবা। অসিদগী হেন্না লেম্বা চাউথোক্লাঙাই ওইবা অতৈ লৈতে"।

ময়াম ঙহাক তুমিন্না লৈরে। অচুদগী নরেন্দ্রনা মাগী থুং য়েংহল্লগা হংঙী:—"ঐগী মিং করি কৌই?"

অঙাং অচুনা খুম্মী:—"নরেন্দ্রনাথ।" ময়াম ঈঙক ঙক্লে।

নরেন্দ্রনা অমুক হংঙী:—"নঙনা থাগৈশেংনা হৈরবদী হায়যু ঙরাং অহিং ঐ কনা উই?

লৈথা য়েংচুনা ঙহাক থল্লগা হায়:—"অঙকপ য়ুম অমদা অঙকপ ফমুং অমদা হীপ্নম্মী, মুপী অমা উরম্মী। মুপী অচু কনানো হায়বচুদী ঐ হায়ব ঙমদে।" ঐদী অঙাংনীনা পাঞ্জিগী বিদ্যাসি নীংথিনা

মপুং কানা হৈত্রি, নুপী অদু মরাইবকধীবা অম ওইয়ম্বা য়াই ”

ময়াম না নোকঈ“—নত্তে নত্তে, নুপী অদু য়াম্না মরাইবক কবীনী। নত্রবদি অস্তুক ফজব নীপা অসি কদাইদগী ফংগদগে ?”

নরেন্দ্রী নোক্কে, ডাক্তারগী না অদুদা ওকপগা পাখৎপগা য়ামখ্রে।

ওহাক লৈরগা ডাক্তারনা নরেন্দ্রবু মায়কৈ অমরোমদা কৌথোক্লগা লোম্না হায়—“মহাশয় ঐগী খুাঙদগী পেটা অসিনা লল লৈবা ওইনা উবীরনি। অদুবু ফকীর অঙাওবনী। পুনশিচুপ্পা ফকীর ওইগে হায়দুনা পীরগী মফমদা রাশকপ্রবনী। অদুগা দিল্লীদা লৈবসি ঐগী কয়া ফৎলোইদৌরি, থরায় মাঙবা য়ানা লৈ। অদোম হৌজিক লান চৎপিপদৌরি। ফকীর আসবু খর পুবিয়ু, অঙাওবসি নাক্ত থগ্নীয়ু। মা অদোমগী উপকার নঙনা মাঙনবা তৌরোই। মাস ঐনা নিজ'র।”

অরোহবগী বাহৈশিং অদু য়াম্না নুংশিনা হায়। নরেন্দ্রনা চিংনা য়েংখিবদা উই, ডাক্তারগী মমীত্তা পী ঈরা। ওসাইগী ডাক্তারগী য়াম্না ঈচঙ থোবা রাঙাংশিং অদুদা নরেন্দ্রসু নুংশা-থীকরে থর পাখৎলুরে। অকোনবগী মাগী অমেঙব রাহৈ অসিদা হায়গী ভাব অদু ওনখ্রে, নরেন্দ্রগী থম্মোই পেংখ্রে। ডাক্তার অসি থাঙ্গে শেংনা বুদ্ধি চোইরব্রা ? পারশীগী লাইরিক পাবদা নরেন্দ্রনা য়াম্না থে'নখি— নিংথৌ মচা কয়া কয়া লৈবাক অমস্তুং সম্পত্তি থাদোক্তুনা য়াম্না মহা ওইরিবৈঙদা ফকীর ওইদুনা কোয়চৎ চৎখি। মহা অসিসু মাহুম তৌরব জাৎলা ? অঙাং ওইনা অরাবা য়াম নংহুনা জ্ঞান মাঙলবরা ? মাহুসু ওইবা য়াই। য়াম্না থাল্লগা নরেন্দ্র।। ম াবু মনাক্তা থমগে য়ারে।

থুমীং অহুমক্কদা সন্ধ্যা মতমদা গজপতিনে নরেন্দ্রনে তাতাঙ্গ নদা অহুনে দিল্লী থাদোক্‌না নর্ম্মদা পাংগ্রে।

## ১৫
## রাজা যশোবন্ত সিংহগী শিবির (লাঙ্খুণ্ড)

খৃষ্টাব্দ ১৬৫৮ গী বসন্তদা উজ্জয়িনী নগর অমসুং সিপ্রা নদী অঙকপা ফংনা নীংথিজে। থা থোরকপদা সিপ্রাতুরেলগী তোর্ব্বান অনীদা অঙোব শিবির পরেং পরেং। মায়কৈ অমদা রাজা যশোবন্ত অমসু' মাগী লোয়নব সেনাপতি কাসেমখাঁগী তেঙ্গোল থাবলনা ঙোরোক ঙোরব শিবির মনুংদা পোথরি। তুরেল বাংমদা চৌং অমগী মথক্তা আওরঙ্গজেব অমসুং মোরাদকী মোগল তেঙ্গোল। মরক্তা তেঙ্গোল অনীসিবু লওনহুনা সিপ্রাতুরেনা তোং তোং লাউনা চেম্থরি। অর'প্পদা থাবল মতালদা ভারতবর্ষ গী খু'ওলাক ওইনা লৈরিব বিদ্ধ্যা চীংজাউ। হয়েংদী অকিব ফংলব লান, ওসিদী জগৎ তূমথুল হল্লী। মরক মরক্তা থোঙশঙবগী অশাংব থর অহুদং তাঙ্গৈ। অরাপ্পদগী লমহুই থোঙ্গেল চীংদা অমসুং তোর্ব্বান্দা মৈরগা অমুক হল্লকপা তাঙ্গৈ।

নরেন্দ্র শিবির অমদা তূম্লি। লানগী রাথলগী মঙ ওইনা মঙলি। অহুপ্পা লোয়ননা মমাঙ্‌গী রাস্থু মথং মথং থম্মোইদা ফুদোরক্লে। সিপ্রা তুরেলগী রা রা লাউব মখোল অহুবু ভাগীরথীগী মখোল ওইরবোই নীংজুরে। তোর্ব্বান্দা লৈঙোই মথক্তা অঙাং অনী শান্নরি, অমনা মনাক্তা লেপ্পী। প্রেমগী মূর্ত্তি অহু কনানো? হৌজিক কদাইদা

লৈখ্রে। থাঙ্গৈশেংবমক অঙাং অহুম ভাগীরথীগী তোর্বান্দ শান্নরম্মী। অহুবু মাতুগী দৃশ্য অহুদী মতমগী ঙরৈদ লুপখ্রে।

মঙদো অমুক ওইখ্রে। ভাগীরথীগী ঈরাউখোল নত্রে হুপীগী খোরীনগী পোরকপ ঈশৈনী, হুপীসিদী অপ্সরারা? অচৌব, রাংলব শঙ্গাই অমগী মপুংদা অপ্সরা অম ঈশৈ শক্লি, লাইবকথোবীগী য়ায়া অরাব ঈশৈনী। লাইবকথোবী জেলেখা কপ্পুনা ঈশৈ শক্লি। নরেন্দ্রনা য়েংখিবদা জেলেখা লেপ্পুনা লৈরম্লে, মমীৎ অনীহুদগী পি চহুম চহুম তারি। অসিবু মঙলা? মঙদবু অস্তুক শেংনা উবা। মীৎ তৈথেক্লগা ফমুংদা ফমহুনা অমুক য়েংঙী।

জেলেখা লৈরমদ্রে। অহুবু হুংশিরব, থুম্নব থম্মোই কাঙ্গৈহনব মাগী ঈশৈ অহুদী নরেন্দ্রগী নাকোঙদ তারি। হুংশব পুখোক্লবদা মহুৎ ফ দ্রব, থম্মোই কাঙ্গৈহনা ডাওহুনা কোয়চৎ চৎলব মীশক্তনা অসিগুম্ব ঈশৈ শকই। ঈশৈ তানা তানা নরেন্দ্র হৌগৎলুনা মপ ন খোক্লে। অপ্সরাদী কদাই, জেলেখাদী কদাই। অমতা লৈরমদ্রে। তাতাঁর নহাদো শিবিরগী খোঙদা ফমহুনা খোঙেল রাংন ঈশৈ শক্লম্মী।

নরেন্দ্রনা নহা অহুগী মমীত্তগী পি তৈথোকপিরগা মথুং পায়হুনা হায়ঃ—"নঙবু থাঙ্গৈশেংনমক হুংশিবগীদমক ভাওরবরা? থম্মোইদা করম্ব পুঙমনব অরাব লৈবগে? নত্রবদী অথেঙব অহিং অসিদা নথস্তু হোগত্তুনা অরাবগী ঈশৈ শক্লিব করিগিনো?' 'নরেন্দ্রবু মুম্না' য়েংলগা লাইবক্তগী হুমাং তৈথোকঈ, মখা নীকঈ, য়ায়া তপ্না অমস্তং হুংশিনা। হায়ঃ—"ঐবু ভাকপিযু, ঐদী অঙাওবনী, জ্ঞান লৈতবনী পুক্লিংদা লাকপ অহু হেক্তা শকপনী।"

পুম্নমক সমত্রংগী জোয়ার হুন্থখিবগুম্না হেক হৈন্থে, পুক্নিং অমম্ভং থম্মোইগী মথোল খুইথখি গজপতিস্থ মতম অদুগী মীনা তোবগুম পাঙ্গীগী মরা য়ম্না থাজে। ঙসিগী লান্দা মহাক শিরগনি হায়বসি চপয়্যংন থাজে। অবাং স্থনিবাংদগী তুম্মদনা শিবগী শেম শাজনা লৈরবনী। খুংগু খুংলাক্ত লেংবা অদুদা মতম লেন্নবা অমদি ঙাইবা ওইনা অদুক তৌবা হায়জনি।

নরেন্দ্র হেক উবগা গজপতিনা মখুৎ পায়রগা কাইকেং নোক্ত্না হায়:—"য়েংউ খুংলাক্তগী অসি লূরদ্রা, ফজরদ্র ?" নোক্লিবা অদু খোইদৌ তানা নোকপা নত্ত

নরেন্দ্র:—"ঙসিগী লান অসি শোরদনমক য়াওবিরগদ্রা? অত্তাওবা ফকিরগী রাজমাস্থ মনীংশিবীয়ু।"

গজপতি—"রাজপুত্তি মাঙদা লান লৈরবদা কৈদৌঙৈদস্ত নীংহল্লদে।

নরেন্দ্র তুম্মন্ন লৈখ্রে ওহাক লৈরগা গজপতিনা হায়—"নরেন্দ্র। এনা ঙসি লান তৌবগী মরম লৈ,—ঐগী লাত্তনক্কা তমথ্রবনী ঙস ঐ শরগনৌবনী।" ওহাক মবানীমক তুম্মিন্না লৈ, গজপতিনা অমুক হায়—"ঐনা নঙগী নত্তো নওং য়েংবদগী সুংশত্তনা কাশীগী লাম্দা নঙ্গা নথরায় কনবিখিবদুদগী গৌনা নঙবু ঐনা পোকমিন্নব ঈনাউমুক সুংশ। সুংশিবত্ত নোংম নোংমগী হেন্সংলে। নথান্নবু বিদায় পীরে নরেন।" নরেন্দ্র মমাংগু মপী তরং তর চেল্লে।

গজপতিনা মথা তারকই:—লানক্ষম অমদা ঐনা মহারাজ যশোবন্তসিংহগী উপকার তৌখি। মাহুদা মহাক্না পেনবিন্নবা মুক্ত পরে অম পীবি। মুমাং অদুদগী মুক্তা পরে অত্ত লানফম খুদিংমক্তা ঐগী ওকশমন্না লি। ঙসিগী লান অসদা মহাক্না নংঙ্খোকহৌগনি

মুক্তা পরেং অসি মহারাজ যশোবন্ত সিংহদা থর পীবিয়ু অহুগা দেশতা ঐগী অভাং অনীদং লৈহৌবনি মখোয়দু মমাস্থ লৈজত্রবনি মরাইবক খীরবনি মসিদংগা মাঙোন্দা হায়রিবিয়ু। মখোয়বু থৌজানগী মীয়েংনা য়েংশিনবা মহারাজদা হঙ্গৎলু। নীপামচা রঘুনাথনা নিংথৌগী য়াথং পুহনা লানফমদা মথরায় কচ্চবা ভুম্বা ওইসন্থ, মপা অমগী মাসিদগী হেনবা থর লৈতে।”

নরেন্দ্র না ভাংদনা মমীত্তা ঈরা চেন্দুনা লৈ। গজপতিগী মীত্তদী পি উদে। মীৎ অনীহুদী য়াম্না লংভী।’

ভেংগী (লানবুভ) মখোল ভারে মোগলশিং সিপ্রা তুরেল লানগদৌরক্লে। গজপতি লানফি শেন্ত,না মপান্দা থোরক্লে। শগোলদা চোংথত্তুনা সিপ্রানদী পাংগ্রে। নরেন্দ্রস্থ লান চংগ্রে।

## ১৬
## মোগল শিবির

ওরাং মুমিদাংগী রাজপুতকী লাঙ্গুল উরে, মে গলগী অমুক য়েংসি।

আওরঙ্গজেবতি মফম অসিদা হায়া থুংলে, মোরাদ ভাইহুনা লৈবনী। মুমিৎ নীনী হুম্নী লৈরগা মোরাদস্থ মাগী তেঙ্গোল পুহনা থুংলরে। হায়রিব নীনী হুম্নী অসিদা যশোবন্তনা লানতারক্লবদী আওরঙ্গজেব শোয়দনা মায়থারমগদৌবনী। ইতিহাস থওবশিংনা হায়নৈ-মত্তম অহুদা আওরঙ্গজেবগী লান্মী থরদং মঙায় হায়বসি যশোবন্তনা থওদে অহুমা লান ভাথিদবনী। থর অমনা হায়—পৃকচেল চাওব রাজপুত সেনাপতি মাসি থংভী অহুবু লান্মী থজিত্তুং অহুপা লান থোংনবা

চুম্ফাত্তে হায়রুন। ঙাইরম্বনী। মাসিনা অচুম্বা ওইরবদী রাজা যশোবন্ত সিংহগুম্না ধর্ম্ম লৈব অতাঙ্‌বনী।

ঙসি আওরঙ্গজেবকা মোরাদকা মচিন্মনাউ উনরে, হয়েং লম্নী। রেশমগী ফিডনা লৈতেংলব, থাউমৈ ঙান্না থাল্লবা চাউরব শিবির মখুংদা মচীম্নাউ চাক চারি, অকোয়বদা ফজরবা জগোইশাবী ইশৈশকপী ময়াম্না জগোই-ইশৈনা নি থৌমচা অনীগী মুঙাইনবা হোৎনরি। মোরাদককী লাইবক ভাবা, থবাকঙাবা শাওং শাদা ফজে, কনাবু কিবা লৈতে। আওরঙ্গজেবকী মরাইবক্কাময়ি লৈ, পীগুম শূকঙ্ঈ, মরৌ লৈ, মাগী পূকচেল মীনা খঙব। ঙমদে মতমচুপ্প রাখল তৌহুনভ লৈ। অতুবু ঙসি য়াম্না হয়াউনা, তিংনা নেক্তুনা য়াম্ন। ব্যবহার তৌনা মোরাদকা রারী শাট। ময়াম্বু পেলহনবনা মাগী মরু ওইব থবক ওইনা উৎলী।

চাক চাবা লোইরে, মনাইশিংনা উহৈগা যুগা পুশিল্লকঈ। ঈশৈ অমুক হৌরে, শিবির অতু পূমনীল নীঙ্গে। ঙহাক লৈরগা আওরঙ্গজেবনা ইঙ্গিত তৌতুনা জগোইশাবীশিং থে কথ্রে।

আওরঙ্গজেবনা সনাগী পাএদা যু হাপ্তুনা মোরাত্তা লানশিল্লী অতুগা হায়:—"ঙসি য়ম্মুংবু পেলহনবা ঙম্বাসিদা ঐগী পুনশি মহৈ য়াঙ্গে।"

মোরাদ—"আওরঙ্গজেব। নহাক্তুম্ব ইনাউ ফংলরোই। নহাকম্ব যু সি খিত্তং লো।"

আওরঙ্গজেব—"ঙাকপীয়ু পুনশি অসিদা ঐ মুঙাইবা পামজদে। ঐনা অমত' কম্না নীংজরিব হায়ববু—য়াম্বুংগুম্ব বীর অমনা পাবুংগী সিংহাসন্দা ঙানবহু অমুক উজবা—অসি নত্তব ঐগী অপাম্বা অতৈ

লৈজদে। খোদানা ঐগী নীংবসিদবু থুংহনবীরবদী ঐদী ফকীর ওইহনা মক্কাদা চৎথ্রনী।" অসি হায়রগা যু পাত্র অমগা লানশিল্লী।

মোরাদ—নঙ যাম্না ধর্ম্মলৈব নীপানী। অহু নত্রবদী ঐগীদমক কদাইদগী অস্থক কন্না হোৎনগদগে।

আওরঙ্গজেব—'কনাগিদী হোৎনগনি? তৈমুরগী সিংহাসন্দা ফম্বদা মতীক চাববু অতৈ কনা লৈরিবগে? সুজাদী হরাউ তয়াম্বা পাম্মী, পাওদে, তৈমুরগী সিংহাসন হেন্থগনি। মাহুগী শরুকপুদী হিন্দু-স্থানসি কাফেরশিংগী মথূক্তা লৈসন্নু, তৈমুরগী মিং মাওথ্রসন্নু। মখোয়গী দমক্তী ঐ লান সুকত্তো তৌরোই। মখোনা লৈব, ভারতবর্ষ থুংনা মনিংলৈব, মোগল সিংহাসনগী যুম্ব গুম্ব অমসুং মোগল শাগেগী থাউমৈগুম্ব নীপা অহুগী দমক্তা তৌগনি। ঐনা অসুম যেবদা য়াম্নুংগী লাইবক্তা "সম্রাট" হায়ব মাইকৈ অসি য়েক্নুনা লৈবগুম তৌই, অতুগা থবাক অমসুং পান্থোম অনীত্তুদা লাম্মী হায়ব অসি হক্তুনা লৈবগুম উই।" অসি হায়রগা যু পীকথনব সনাগী পাত্র অমা অমুক লানশীল্লী।

মোরাদ অসি থর পোংথৈ, চারোল নমথাকসু অচৃম্ব ওইনা লৌঙ্গ। ওসিদী য়ুসু থর য়াম্না থকচিল্লবনিনা জ্ঞানসু থর মাংবগুম তৌরে। আওরঙ্গজেবনা থাগৎপত্তুদা হবাউরত্তুনা হায়—"নহাকসু মতমগী মতুং ইন্না লালহৈব নীপা হায়বতু শোয়দনা ওইগনি, হৌজিকমক্তী ঐভোন্দা থর নপখো। অতুগা জগৎ অংসদা ঐনা থানব মীদী লৈতে, ইথন্তুগী থৌনা অমসুং থাওনা ঐগী উপায়নী, মরূপ্পী।" অসি হায়রগা থাওথুমদ-গী থাও শত্তুনা কদম তৌঙ্গ, থাথুমদা হাপচিনগে তৌবদা য়ুগী মরাই অহুনা খুং থর শোয়হনা নীক্তুনা থাও লৈপাক্তা তারে। আওরঙ্গজেবনা

নোকনীবা খাওছনা য় পাত্র অমগা লানশিল্লী, মোরাদনা মাতম্ম লো-
ইশিল্লে।

আওরঙজেবনা হায়—"য়াম্নৎ! অতুদী বিদায়। শ'নকমদা অমুক উনব হায়বম্নী।"

মোরাদ—"চৎলো আওরঙজেব! ঐস্ত নংন্দ্ব য়'ম্না পেল্লে। কোন্নসি লাউ।" কোনগে হায়ত্থনা হৌগৎপদা য় য়ান্না থকমনখিবম্না খুবম শোয়ছনা তুরে।

আওরঙজেবকী মোমোন নোকপ ম'য়থোং অচু লৈখিদ্রে। হৌজিক্তী য়াম্না চীলেনখ্রে, পীওম শুক্লে, লাইবক্তা মরি অম অনী উরে। য়া ভাংদনা হক্তহন্দা চৎলী; অমুক চপ লেপ্পী। মীৎকম হোংদনা অস্তম য়েংলগা শেংল্লপ্প তৌনা হায়—'মনিমুকুট, ময়ুর সিংহাসন, ভারতবর্ষ, পাবুংদগী চৎকদোরে। কনানা লৌগনি। চেকশিল্লু দারা। নহাকম্ন থোনা লৈ পাঙল লৈ। আওরঙজেবস্ত নত্তোন্দগী করিমত্তা তাদে। লম্বী খাদোকই, নত্রবদী থাও অ সনা ঐগী লম্বা শেংদোক্নি। মোরাদ নওস্থ থোনা লৈব বীরনী। সিংহাসন ফম্ন'বরা? লৈথোমদা পুথরব ওকুয়া লৈপাক্তা করিগী ওল্লি? উম! লম্মোকম্ন মথোনাদা কৈ, নওগী নত্তেংস্ত য়াবমখৈ লৌহনা এগী থবক প চথোক, থবক লোইরগা খোঙপাক অসিনা কাওছনা তাম্নোকে। হয়েং লান্নী। লাইবক্তা করি লৈরিগবা। ইশাগী মথুত্তগী রাজদণ্ড মুনগে হায়ত্থনা লেপখ্রে। ইচীল ইনাউগী ঈনা লৈবাক অসি তাউথোকহনগনি। লেলুনা লোইরে, হৌজিক হন্দোককম লৈত্রে অমুক চওশিল্লনি, খাওনা লম্বী হায়দোকনি, ভুডাইকরক্তবদী উজুরিনীদম্মী আগ্রা য়োবা লম্বী মীগী ঈকনা মচু

শণ্ডপনী। মসি ঐগী লেংঙরোইদৌব রাশক্নী। ইবুঙো তৈমুর। নহাক্কী মুকুট অদু ঐগী কোক্তা হাপকে ওমজগা হয়েংমক ঐগী ঈনা সিপ্রাগী ঈশিং মচু শণ্ডগে।”

## ১৭
## উজ্জয়িনীগী লান

খৃষ্টাব্দ ১৬৫৮গী শজিবু থাদা অকিব ফংলব লান শোক্লে। মোর'দ অমস্তুং আওরঙ্গজেবকী তেঙ্গোলনা সিপ্রা লানগী হোৎনখি। অরাইব থবক নত্তে। আওরঙ্গজেবনা অম্মমম্মা শীন্নী—অরাংব মফম অমদা মা'গী নোংমৈ ময়াম লে'তুনা য়েক্লবনা চওকপা পি লগা মাগী তেঙ্গোলবু তু'রেল লান্নবা হোৎনরি। য়েক্লবনস্তু নো'মৈ পায়দুনা মো'গল তেঙ্গোলনা তুরেল লাল্লকপা থিংলি। অস্তুম তৌদুনা নাক অনী মায়োক্লদুনা ওহাক কাপ্লরে। যশোবন্তসিংহনা অণ্ডকপ লৈনা পাঙ্গল পুথোক্লুনা মো'গল থি'ব লাক্লরি। মাগা লোইনব কাসেম খানা অতুক কন্না হোৎনদে। মতম অদুগী লেখকশি'না কাসেম খাঁ আওরঙ্গজেবকী শেল চাদুনা মখোয়গী নো'মৈ মক্ল লোৎশিন্দুনা থম্বমালে হায়না চিংনৈ। অদুনা পখোয়গী নোংমৈ সমস্ত মখোল থোক্লে। য়েক্লবগী নো'মৈগী ম'য়োক্তা লান শোক্লবা ওইখোক্লে। অদুবু যশোবন্ত-সিংহনা নীংহম্বং তৌদনা অশাগী মথৌনা অমস্তুং মপা'ঙ্গম্না য়েক্লনবু থিংঙী। লম অদু চীংয়াংম্না লৈ অদুনা মোগলস্ত ঈনায় লায়না তুরেল লানবা ওমদে। অদুবু খোনা লৈব মোরাদনা পুম্নমক নমথেক্লুনা থাঙ

পায়হনা লাম্মী খর পুহনা জর লাউহনা তুরেল লানখ্রে, মাহ্ উহনা তেঙ্গোল পুয়মক তুরেল লাম্রে। পাওবর কাসেম খাঁদী খুদক অহুদা তেঙ্গোল পুহনা চেনখ্রে। যশোবন্তসিংহগী ফিবম লুরে। অতুবু অথোবা অহু য়েরুবগী লাম্মী মরক্তা থরায় খুবাক্তা হাপ্নুনা মাগী খোদাং তোরম্মী। মাগী তেঙ্গোল অসুম মযেং তারক্রে, নাক অনীদা মুংশিরব মনাইশিং তোপ তোপ তুহনা শিরে। মোগলগী জয়গী খোল্লাউনা থক খা হুনা নীনখ্রে। অতু ফাওবদা রাজপুত তেঙগোল কায়খ্রি। ওহাক শোক্করবা তুংদা মথা তাথবা কাম্বরোই খল্লহনা লাম্মী চমওাগা যশোবন্তসিংহ লাক্ষম থাদোকখ্রে। মুমীৎ অমুদা রাজপুত লীমীং তরেৎ হেম্মা শিখ্রে।

## ১৮
## চিতোর

যশোবন্তসিংহগী লৈহৌরিব লাম্মী খর অহু রাজপুতানা রোমদা লাক্রে। মাগী মুংশিব মরূপ গজপতি লৈখিদবদা নরেন্দ্র হায় মুওাটখিখ্রে, থম্মোই শোকখ্রে। অতুবু অসুম লাকপদা অনৌ অনৌব দেশ উবদা মাগী অরাবা অহু খর শাকে। মুমীৎ কম্যানিমুক চৎলগা রাজপুতানাগী মমুং য়োরে। যশোবন্তসিংহ মাড়ওয়ার দেশগী নিংথৌনী। মাদোমদা লাকে হায়রবদী মেওয়ার দেশ লান্দুনা লাকপা তাই।

মেওয়ারগী চীংয়াম অতুগা মণীংলাকওমদব লানবন ময়াম অহু অয়াম্বা চীংদোন্দনী, হুওনা শাবনী। য়েকনবনা প্যাক চঙবা ওম্বা পোৎ

নত্তে চৌ'শিং অত্তু নোংথক যোগে তমথৎপা ওইনা উই, মখোয়গী কোকতোন্দা লা'নবনশিং অত্তুনা লূত্তপ ওইনা নীংথিজনা লৈ'ত্তেখ্রে লানবন কানব লম্বী লৈত্তে। মায়কৈ অমদা থাক্কুম্বা অমতংলৈ, মাত্তুদা চখোক চংশিন ত্তোই। লানগী মতমদা লানবন মঙু'দা চান থক্কব পৈশিন্দুনা থম্মী। লম্বী অমত্তং লৈবত্তু থিংজিল্লী। অত্তুদগিদী যেক্কবা লাক্কুনম্ভ মঙুংদা লৈবশি অত্তুনা করিম্ভু থৌশাবীদে। মুঙ ত্তুম্মত্তুনা মখোয় লোইনা হা'ত্ত্রোকঈ।

অস্তুম লা'নমনগা চৌ'গা য়ে'ত্তুনা লাকপত্তুনা লাম্মীশিং অত্তু সন্ধ্যাগী মতমদা চিত্তে নগী লানবন যোরে। লাম্মীশিং অত্তু চাবা থকপা' লোইরগা শিবিরদ চদত্তুন পে থাখ্রে নরেন্দ্রদী রাজপুত খরগা অকাযব লানবন অত্তু বেংবা চংলৌ রে'শিল য়ে'শিল্লুবগা চিত্তোরগী মমাংঙগী মতীক-মগুন নৈ শিংঙী ত্তুকপা অস্তুম ত্তেল্লী। রারত্তুনা মুঙপাক অমদা ফমথরে।

মাশায়ুগী মনাক্কা হুম্ভুবা অম লাক্লে। রাজপুত খরদী মাব্র মশক খংঙী, চিত্তোরগী থাইনগী "চারনী" চারনগী অর্থ কবি। মখোয়না রাজপুত্তান'গী মমাংঙগী নিংথৌশিংগী মতীক মগুন শক্কুনা নিংথৌ-মচামগুশিং প্রত'শিংবু পেনতল্লী। হৌজিক কাওবা রাজপুত্তানাদা সম্প্যাগী মত্তমদ মী মরাম তিল্লগা চারনগী ঈশৈ তানরি. ঈশৈ তারগা মখোয়গী পুক্ক' থম্মোত্ত কু কুং কাঈ, মীত্ত' পি ঈবা চেল্লী

মক্কম ঋতু অকিবগী মশক্লি। নো'চপ অমস্ত' মথারে'মদা আরাবলী চীংশাং শংবত্তুন হাংনা লৈ। মনাক্কা উ অমস্ত' জঙ্গলনা কুপশিনব চীমচা মচা মত্তুদগী ঈফুং মচা মচা চেস্তরি। অতিয়াগী অমুগা লোনা চৈ' মরাম অত্ত অমুক হেন্না মুশিনখ্রে, অহি' অমম্বা অত্তুদা

পূমু -মু থ্র। অমম্বত্তুদা নেংখো'বগা চীংগী অনৌব তুরেলশিং অত্তুগী রা ম্না লা'উবা মখোলগা তিন্নত্তুন অ'কব ফংবা মখোল অমা থোকহল্লি। রাজপুতশিং অত্তুনা চান্নবু হুও অমদা ফমহল্লে। মখোয় ময়া'ম্না কোয়শিন্দু-না কম্নগা রান প্রতাপকী মতাকমগুন শকপিযু হায়ত্তুনা চারন্না শকপা হৌগৎলে। ক বনা তুরেল অমম্ব' নো'গী মখোল মত্তু নক্কত্তুনা খে ঙ্গেল হোনা চিত্তোর গী গুন খাবা হোরে। চা'রন্না সুয্যাবংশগী মিংচৎ নীংথিনা ব্যাথ তৌবা হৌঈ। মরমদা মেওয়ারগী মবুত্তে'দা সূয্য বংশনী। অত্তুদগী য়াম্না কন্না লাউঈ—"রাজপুতশা তাও, ঈশৈ অম শক্কে। মাস ঐগী ঈশৈ নত্তে, নোংখো বব্ নক্কৎপ চীন্নামগী ঈশৈনী, নোং-থাকপমুক হৌব জলপ্রপাতকী ঈশৈনী। রাজপুত বীর অমগী শক তাখব লোক্লুং অত্তুদগী থোরকপা ঈশৈনী, মহ কী ঈনা মচু শত্তুব তুরেল অত্তুগী তো'ৰ্ববন্দ' থোকপ ঈশৈনী। প্রতাপসিংহ। জগতা নঙগুম্ব অখোব লৈরিবরা ? নঙবু মীরা, লাইরা? য়েংউ, আকবরগী মত্তীক-মগুম্না ভা'রতবর্ষ অপূম্ব নীক্লে, প্রতাপকী থম্মোইদা নীক্তে। চিত্তোর মাগী ওইত্রে, মপাবুংনা পানবা মতমদ অ'কবরনা মুন্দুনা লৌখ্রে। লানবন অত্তু ডাক্কবগী দমক জয়মল্ল অমস্ত পুত্তনা অয়োবী থৌনা উত্তুনা থরায় থাখি। পুত্তগী মমাগা মুপীগত্ত লাম্ফমদা চোং-থোক্তুনা মথরায় থাখ। রাজপুতকী থবাক লেগায়ত্তুনা চিত্তোর আকবর-না মুন্দুনা লৌখি। মনিমুক্তা মণ হুম্ফুত্তরামারিমথায় মুন্দুনা লৌখি। মাত্তুদগী ৭৪½ অ'সি য়াদব অমস্তুং আখিংবগী অঙ্ক ওইখিবনী। প্রতাপনা নিংখৌ ওইরফপা মতমদদা চিত্তোর লৈত্রে, লাম্মী লৈত্রে শেলস্থ লৈত্রে। মতম অত্তুদা লৈহৌরিব মত্তুবু অখোবগী থম্মোই অত্তুবু

বীরনা ভমদবা করি লৈবগে ? খুংকন পাঙনব রাজপুতকী নিংথৌশিং আকবরগী মথা পোমগে য়ারে, প্রতাপতী য়াদে। অম্বরগী (জয়পুর) ভগবানদাস, মাড়ওয়ারগী মল্লদেব মখোয়গী মচাস্থূপী আকবরদা কংলে। পুকচেল চাউব প্রতাপতী ম্লেচ্ছগা মরী ওইবা পামদে, য়াদে। করিগীম্বু য়াগনী ? মেওয়ারগী নিংথৌশিংদী সূর্য্য বংশদা পোকপনী অচৌব বংশ অদুবু কারিগী চেম্বহনগনী ?

দিল্লীগী লাম্না সমদ্রুগী ঈথকুম্না মেওয়ার থুমখ্রে। কনাগা লাকঈ ? কে তাইনং পানবগী মবুঙে ? অস্থক ঈকাইনীবাহ ওইবা ময়েক অসিবু রাজস্থানগী লাইবক্তা য়েকপিরম্লিবা করিগিনো ? দিল্লীগী ভেঙ্গোলদা য়াওরকঈ রাজপুতশী নিংথৌশিং। মাড়ওয়ার, অম্বর, বিকানির, বুন্দি অসিনচিংবা দেশগী নিংথৌশিংনা আকবরগা অমত্ত ওইখ্রে। অম্বরগী মানসিংহ প্রতাপ উনবা লাকঈ। প্রতাপনা ম্লেচ্ছগী মার মতাগা চামিম্লবা য়াদে, অদুদগী শাউদুনা মানসিংহনা দিল্লী চত্তুনা মশীং লাকতমজব লাম্না মেওয়ারদা থাজীম্লকঈ। মানসিংহ। নঙগী ফজব মিংচং থনম্লে। ম্লেচ্ছগী মানাই ওইদুনা নরৈবাক, নজাতিগী মাঙনবা তৌরম্লে। মানসিংহ! নঙনা কাবুলদগী বঙ্গদেশ ফাওবা লানভম ফিরাল খেত্তুনা য়েক্রুব জয় তৌরবত্ত কনাগীদমক্তো ? ম্লেচ্ছগী মনাই ওইদুনা "রাজপুত হায়ব মিং নমথরিবা। ম্লেচ্ছগী খুয়াগী ভকুলনা রাজপুতকী লাইসক্তা সিন্দুর ওইনা নম্বা নী থিবৈ।

অমম্বা অসিদা জলপ্রপাতকী "অকিব ফংলব শাকু অসি উবরা। নোংখাকপগুম ভংলিবাস তাবরা ? নখোয়দী উরম্লোই। এদী উরি, তারি। মহগী মরক্তা রাংলব মুত্তুম অমা চপম্লংনা লৈরি, জলপ্রপাতনমু

মীকচনবা শুমদে, কম্বিমত্তা মীংঙাইদমা লৈরি। জলপ্রপাতকী হেন্না কল্লব শাকুদা, সমক্রুগী ঈরাউখোলগুম গুছুনা মোগল-তেঙ্গোল হৈথরক্লি। মেওয়ার অপুম্বা থুমখ্রে। প্রতাপনা চাউখোক্লা মুগুম লেঙদনা লেপ্লি। হলদীঘাটকী লানফমদা চীংমুংজক্তুগী অঙ্কিবফংলব লাম্লাউপা লোয়নবা হায়দোবকপ মণী' লাকণ্ডমদ্রব মেরুবগী লাম্নীশিংনা অহুম্লক কোয়'শনখিবা। মন'ই'শিংনা যাম্না রানা লুন' অহুম্লক মহাকপু মপান্দা পুথোকলকখিবা। তগব'না আর্জ্জুনী (অভিমন্যু, অমুক হন্না তাইবঙপান অসিদা হল্লক্লবরা? অরা'বনী। থোনাতনা কৈদৌনি। মোগলগিদা মণী লাকণ্ডমদব তেঙ্গালনি। রাজপুত লীশিংকুম্নীখোরগী মদু দগী লাশী' নীপান্দ পুক্তনা প্রতাপ শেক্লক্লে। অরেম্ব লৈহোবা অহুম্ব হলদীঘাটকী লাম্প ক্তা পুনশীগী অরোইব যাহাপ ত'ংখ্রে

মাসি অমুক্ত নাত্ত চহী থুদাগী লা'ন থকই, চহী' খুদাংগী মহাক্ত, লান্নী, লল লৈবাক মযে তাশিল্লক্ল চহী খুদংগী মহাক্ত পুনশীগী অকাশ মমশিল্লক্লে অতবু এহাক্ত থোন অমস্তং শংজেন্দা হন্দ্রে। দিল্লীগী মীনাই ওইদ্রে

"রাজপুত! নখোয়গী মীংল্লুদ প লৈরন্দী শিন্দু'রা, থম্মোইদা ঈ লেরবাদ চেন্থহল্লে। যেউ, রাজরানীনা লোক্লুদা চেপ্লি,। অতিয়া নোংনা কুপখ্রে, নোং বা রা হৈথরে। প্রতাপ খ'ও পাহদুনা লেপ্লি উনা থৌরা রান্দুনা উপাক মচেক হাপ্লগা নিথোগী অঙাংশিংয়ান্দুনা হাইহুনা থম্লি, মখাদা থম্লবদী শা-কেনা পুখিগনি হায়দুনা। রানীগা মমৌগা উনা থাহুনা চাক থোংলি, তল হৌরি। লোইনা চাথোকপা রাদে, থাইবোক অম চারগা থাইবোক অথ থম্মু। হে'রেল লাম্লকপা

কান্দ কাদাইদগী কংগনি। ওঃ! ওস্থোক্লা থম্মোই শোকপ মকপ্পী। লম হৌদোং অমনা মুপীমচা অমগী মথুন্তগী তল লাক্লুনা পুখ্রে। অড়াং অদু থম্মেই শোক্লা কপহৌরে, কয়া ল'ম্না খাঙহৌরে। হে ভাগবান নঙগী থম্মোই অদু মুভলা? কপ্পিবলিদা অরাবা মু'শিবা করিমত্তা পোক্ত্রবর?" চারনগী মথুন্তগী বিনা ত্তাখ্রে, মীৎ অনী অদু মৈবুলমুক ঙাংখ্রে।

ওহাক লৈরগা চারন্না নোংখোংবগুম ঙংদুনা অমুক লাউরকই:— "রাজপুতশা। প্রতাপকী মগুন শকউ। চহী কুন্নঙা মোগলগা ল'ন শোক্লরে, চীদোন্দা লৈরে। লোক্ল'দ' মুপী অড়াং থাক্লে। অদুবু আকবরগী মথা পোল্লু য়াখিদে। শকউ রাজপুতশা। ঈশৈ অসি হৌনা শকউ। রাজস্থান অপুম্বা, হিমালয়দগী ভারত মহাসাগর ফাওবা নিলহল্ল, হিমালয় লাস্থোক্ল্না পৃথিবী অপুম্বা য়োৎলু।"

চারন্না ঙংন্দু ত্তাবদা ময়াম উ যু বগুম লৈরে। হন্না য়েংখিবদা চারন লৈরমদ্রে। মাগী ঈশৈ অদুদী নাকোংদা অদুম লৈদৌরে।

রাজপুতশিং অদু—খরনা ঙং ঙং ঙ হুনা', খরনা এমীৎপিগী ঈরা চেন্দুনা মাগী মাগী শিবিরদা হয়খ্রে। নরেন্দ্রবী লৈহৌরে। মপান্দ অমুম খল্লকই—"ঐখোয়গী দেশতস্থ মতীক লৈব নিংথো য়াম্না লৈরি। রাজপুতশিংনা ঙসি চহী চাতরাকলোম অসি পাঙল্লব মুসলমানশিংগা লান শোক্লদুনা মখোয়গী স্বধীনতা ঙাকলি। বঙ্গদেশত মুসলমান্ন খোঙ-ফেক তারকপগা হিন্দুরাজ্য মূৎখ্রে। লাস্তনা রাজপুতশিংগী মশিল ওই। অড়াং, অদুল মুপী ফাওবা লান তৌঈ। লল চৎখ্রে, ঐশ্বর্য্য চৎখ্রে। থরায় কংখ্রে অদুবু স্বাধীনতাদী লাম্থোকখিদ্রি। থুঙ্গং উৎ

ওইগ্রে, সহর মথক মথা ওনগ্রে, লানবন য়েক্নবগী মখুৎ চনগ্রে। অদুবু মরৈবাক অমমুং মজাতীগী মায়দী ভাক্লি। রাজপুতকী মতীক মগুনগী ঈশৈ অদু ৬সি ফাওবা আরাবলীগী লোক্ষুংদা, চীংখোঙদা চৌজিক শক্লি, তারি। বাঙ্গলাদেশ! নঙগিদী কাদাই! গঙ্গানদীনস্থু ঈশৈ অদু শক্কে, ব্রহ্মাপুত্রনস্থু নীংতম্বগী ঈশৈ অদু শক্কে। নিংথৌ প্রজা, পুম্নমক মীখাপোম্নুনা মীনাই ওইদুনা মুঙাইনা তুমখুল হুনগ্রে। জগৎতা মখোয়গী মমিং লৈগ্রে, লৈত্তবদী লায়রবুনা জগৎনা হুঙ্গোইনকম ওইরে। রাজস্থান্দী শিগ্রি, বঙ্গদেশতি শিরে।" অসি হায়দুনা নরেন্দ্র মখস্ত মরাইবক্তা খুক্তুম্না শুবদা লাইবক্তগী ঈ চেম্থরকঈ।

## ১৭

## যোধপুর

নোংম লৈরগা অমুক অদুদা নরেন্দ্রনা খিক্ক-হংলুদুনা খংলে—চরন অদু অঙাং ওইরিবৈদা মেওয়ারগী মদুম্বা প্রাতাপসিংহনা য়োকপনী। প্রতাপনা মচানীপা অমরগা চপমাম্ননা চাম্না, লুনা তৌঈ। অদুগা মরক মরক্তস্থু হায়ঃ—"অনক! চায়ম্বা নঙোন্দগী হেনব লাম্নী ওইগদৌরি" অঙাং ওইরিবৈদগী চৌনা চারন অ'স মরিল লৈ অমমুং অচোপ অরেম খংঙী। চীংমান্দা প্রতাপকা লৈমিন্নে। মতম খর অদুদা নিংথৌগী মত্তিক মগুন শক্তুনা কবিগী খুদম-মওং উৎলী।

আকবরগা লান মশীং নাইদনা শোক্ষরব মতুংদা প্রতাপ নোঙাখি। ধুক্তব মতুদ। চায়ন অসি চহী কুম্ব'ম্নক শুরগনি। হায়রিব মতম

অসি হৌজিক্তী চহী হুম্ফুরোম শুরগনি। অদুনা মহাক হৌজিক্তী চহী মরিফুত্তরায়োম শুরগনি। অদুবু পাঙ্গল য়াম্না কল্লী। চাংদোন অম ভাম্না চোংহুনা কোয়চৎচৎলি। ময়াম্না হায়রনৈ চারন অসি লাইগী পাঙ্গল নৈ।

প্রতাপনা শিরমদাইদা মাগী কমুং মনাক্তা অমরবু কৌশিল্লগা মহাকম্না মতম কুইনা মোগলগা লান শোক্কগনি, মখোয়গী মথাপোংগ্রোই হায়না রাশকহল্লী। মপাগী মথ মতু ইন্না আকবরগা অংমুং মচানীপা জাহাঙ্গীরগা মতম কুইন লান শোক্কহনা লৌনা উংলী। লান খুদোংদা চারণসু অমরগী মনাক্তা লৈহনা মাবু পুক্নীং থোগৎলম্মী। ভম্বকহুনা মমৈথংদা জাহাঙ্গীরগী মথা পোনংগ য়াখি—অদুসু এমি তা এথাদ লৈবনী। অমর মাগী লৈবাক্তা নিংথৌ ওইহনা অত্তমক লৈ। মচাক্তা দিল্লীদা থাব কর (খাজনা) অদুগী শরুক অনী জহাঙ্গীরনা মাংথোকহল্লকই। মহাক দিল্লীদা অমুক চত্তে। মচানীপা কর্ণ অমসু মশা জগতসিংহবু জাহাঙ্গীর অমসু মাগী রাণী নুরজাহান্না য়ম্না নাবহংর তৌনা কৌরগা মনিমুক্ত য়াম্না পীহং পেনহল্লী। মাসি থাজনে শেনা মথাপোনবা হায়বদু মতৌক থোক্তে। অদুবু চারম্না শাওহুনা, নিংথোনা খন্দহুনা য়াম্না লৌনা হাংহরম্লগা চংখি।

আকবরনা চিত্তোর থুগায়রবা তুংদা উদয়পুর কৌব অনৌব ফজরব কোম্নুং অম শেম্মী। চারন্দী মাহুদং লৈয়ু য়াদে, শাওহুনা অকায়রব চিত্তোর লামবন্দা অহুম লৈ। নোংমা নীনী মথাদা কুমথরকই। থুঙ্গংদা প্রজানা পীজব অহুদ চঙ্গ অদুগা অমুক কাথক্তুনা লামবন মহুংদা ধ্যান তৌহুনা লৈ। অহুম্না লৈবদগী চাংদোন্দা মাগী লৈকম

ওইগ্রে। নোং শুংশিং ভৌরগা যান্না হুরাউই। মাগী মাগুদা প্রতাপ হৌজিক আকবরগা লান ভৌরি।

রাজপুত লান্মীশিং অছু মুমীৎ থর কোয়রগা আরাবলী লাম্লে। চীংদা কোয়র কাওবুনা হায়—জগত্তা ক্জব হায়রবসি চীংনা ঈহেল হেল্লী। লান্মীশিং অছু চীং মরক্তা চৎনা চৎনা রেংলি। নাক অনীদা লৈরিব বাংলব চীংদোনশিং অছুদগী মশী° নাইদব জলপ্রপাত শিং অছু লুপা চাইথরক্পগুন্না উরি। ঈফুৎকী ঈশিংনা মথাদা চেম্বরক্লুনা তুরেল মচা মচা ওইদুনা চেল্লী, চীংনা কোয়শিন্দুনা চেনবা গুমদ্রগা চীংগী তুদ হায়বদী প্যাং ওইরি। লুরব ঈশিং অছুদা মায়কৈ মরিদা লৈরিব চীংদোনশিংগী মমি ভারি।'

করি করিগুম্বদা লান্মীশিং অছু চী°দোন লান্দুনা চৎপ ভারম্মী। অক্তি°দা চী°দোনশিং অছু থাবন্না ভৌরোক ভৌঈ, থেংজিল্লক্লগা মথোয়গী লেম্বা চীকপা অস্তুম হেল্লকঈ মকোক ভৌরব যোগীশিংনা আকাশতা মঙক থাজত্তুনা ধ্যান তৌব' ম'ল্লী।

চীংশিং অছুগী লোক্লুংদা অমস্তুং থেল মচা মচা লৈরিব অছুদা চাওখৎপগী মঙাল ফ জ্রিব থাইনগী চীংমীশিং লৈ। মথোয় অছু রাজ-পুতানাগী নিংথৌশিংগী মথা পোল্লু যাদে। অছুগা রাজপুতাকা মোগলগা লান শোক্লবা মতমদদী লীক্লং তেল পাগচুনা চীংদা কাখংলগা রাজ পুতশিংগী মতেং পা°ঙী।

চীং কয়া লান্দুনা যশোবন্তসিংহ মাগী মাগুড়য়ার লৈবাক য়োরে। প্রক্লি°তিনা মেওয়ারগা অনী অসি ক্জনা থেন্নরা থনম্মী। মেওয়ারগী চীং, অনোব উ-রানা ক্জবা, মাড়ওয়ারদনা মাছুগী ওন্নবা। মাড়ওয়ারদা

চীং লৈতে, সনাখোংনাং, বটনচিংব অনৌব উ পাম্বী লৈতে, লৈবাকস্থ লৈহাউ লৈতে, চীংগী পাং (ত্রুন) লৈতে, লৈঙোই ভাকুনী। মরক মরক্তা ভিদ্ধং পানব বাবুল অমসুং অতৈ, উ পাম্বী। লাম্বীশিং অদুনা মরুভূমি অসিদা চৎপা মতমদা মেওয়ার দেশগী চারন অমনা মাড়ওয়ারী লাম্বী অমদা লঙনদুনা হায়—

আকরা ঝোপ, ফোক রা বার,
বাজরা রো রোটী, মোঠ রা দার,
দেখো হো রাজা তেরি মাড়ওয়ার।

লাম্বী অদুনা নোক্কুনা পোঙলদুনা হায় —' ঐখোয়গী ইমা-লৈবাক্তী লৈহাউ চেন্দে অদুবু বীর-প্রসবিনী (অথৌব-পোকপী) নী।"

অশেংব মাড়ওয়ারগী রাজপুত্তো য়াম্না অকনব জাতিনী। রাজপুতানাদা মখোয়দগী হেন্না থোনাফবজতি অতৈ লৈতে।

লাম্বীশিং অদু অসুম্না কোয়না কোয়না যোধপুর য়ৌরে। শিবিরদা চঙলে।

মতম অদুদা নরেন্দ্র গজপতিগী বা লৈংশিংলকুনা নিংথৌ উনবা চৎলে। রাজাযশোবন্তসিংহ শিবিরদা মথন্ত মায়থোং মকশিন্না ফমদুনা লৈরম্মী। নরেন্দ্র নিংথৌগী মনাক চঙলে। "জয় ওইবীযু মহারাজ।" নিংশৌনা য়েংথোক্লকপদা চপী নৌরিব লাম্বী অম উরে, হংলকই — "নঙগী করি থবক লৈ?"

নরেন্দ্র—"মহারাজ! ননাই অম সিপ্রামপান্দা শিহৌরে। মমাইঙদা নোংমা ননাইবু পেনবিদুনা, চানবিদুনা মহারাজনা মুক্তা পরেং অম পীবিখিরালে। মহারাজগী মনা অদুগী চপচাব মতীকচাব সন্মান উংলম্নগা

মায়ে ক্লব লান্দা ননাই অত্তু মথরায় খাগ্রে। মুক্তাপরেং অসি স্নাচরক্লা অমুক কৎশিল্লু হায়না ননাইনা ঐঙোন্দ শিন্নরম্মী।"

নিংথৌনা মুক্তাপরেং অত্তু ভাচাক যংলগা স্নংশাম্বব মপী হোন্দুনা হায়—"আঃগজ পক্ষি। মাড ওয়ারগী থাংমৈ। নঙোন্দগী হেন্না থৌ-নাকন কনা অমত্ত ঐগী শিনিক না ওদে। নোংমা লান্দা নঙনা ঐগী থরায় কনখি। মাতুংদমক ঐনা মুক্তাপরেং অসি পীখিবনি চন্দক্লা ঐগীদমক্তা নথরায় কথে ক্লগা মুক্তা পরেং অসি ঐঙোন্দা তল্লাক্ল। নীপা। তুরেলগী ঈচেল অমুক চজংনা চেন্নু থাদনী। নিংথৌনা পীথোকখ্রব পোৎ অমুক লৌশিন্দ। নঙগী মক্বপকী মুক্তাপরেং অত্তু নঙগী ভুকশমদা শিযু অত্তুগা লানগী মতমদা মহাকী থৌনা মরিংজেল অত্তুদী কাউগনু"

নরেন্দ্রনা মহারাজবু থুরুমদনা মুক্তাপরেং অত্তু মহুকশমদ শিজিল্লগা হায—"মহারাজ ননাই ঐনা হঙ্গচগদবা অমতংগা লৈজরি। গজপতি গী অঙাং অনী লৈহৌঈ। মমা লৈত্রে। মহারাজনা ননাইশিংতুবু থর চানবিযু স্নুংশীবু হঙ্গচরম্মী। মতম চারকপদা নীপামচা রাঘুনাথ দত্তন্ত নিংথৌগী স্ন যাথং গক্লোক্তা থোংহনা মপাঙেম্ন লান্দা মথরায় কৎপ ভুমহুনবীযু। অসিদগী হেনবা লাইনী অমম্বং বর মথান্তু থঙজদে।"

নু শিব র ঙৈ অসি তাবদা মীওা পী ঈরা চেন্দুনা নিংথৌনা হায়:—রাগদু ঐনা অঙাংশিং অত্তুগী মপা ওইনা লৈগ'ন যোধপুরগী রাণীনা মথোয়গী মমা ওইগনি। ঐখোয লাকপগী পাউ মাঙোন্দা

হৌজিক কাওবা খুডহল্লি। হৌজিকমক দূত থাগনি। নঙ নশামকস্থু দূতকী লোয়নহনা চৎখো। রাণীদা পজপত্তিনা হায়জরম্বহু তঙ্গীরু অদুগী অঙাংশিং অদুগী মরমদস্থু খর হায়বিরম্মু।"

নিংথৌগী য়ুথং মতু হন্না রাজপুত দূত খরগা যোধপুরগী লানবন কাবা হৌরে। মায়কৈ ম'রমক্তা লৈভোই ভাক্ত ডায়। ক্রোশ তরাণীথোই শাই, ক্রোশ অম পাঙঙ্গ, গঙরাং রাদব চৌশাং অম লৈ। চাং অদুগী চৌংদোন অমদা যোধপুর নগর লেপ্পী। অকোয়বদু মরুভূমিনী। নিংথৌগী শঙ্গাইগা আকবকংলব লানবন অদুগা অনীনা মরুভূমী অদুবু লুবাক্লনা য়েংখরি। নরেন্দ্রনা চৌথক অদুদা পাং অনী উই। নোংপোক লোমদা "রাণীতলাও" মথারোমদা "গোলাপসাগর।" অকোনবগী পাং অদুদগী নগরগী থুপী চাম চাম ঈশিং লোকপা লাক্লি। পাং অদুগী মনক্তা লৈব নীংথিজরবন হৈকোল অদুনা কংলাই পাখী পরেং পরেং হৌরি, মুল্লব, ভাংলব ককোক্তি ভেক নবৈথে পাল্লে। থুপীশিং অদু হৈকোল অদুনা পনী ওয়া কোয়রি। মথক্তা চাউরব নিংথৌগী শঙ্গাই অমম্তুং লানবন। চৌং অদু যুথী চাম চানা অমস্তুং চেকপন্না তাকঙ্গ অদুনা মরুবস্থু তরাই তরাই চঙবা ওমদে। রাণীগী মাথংনা দূতাশিং অদুগা নরেন্দ্রগা মাশঙ্গাই চঙরে।

থুংডোক্তনা মথা চল্লব শঙ্গাই মমুং অদুদা সিংহাসনদা রাণী লেঙশিল্লে। নিংথেম থুবীশিংনা মায়কৈ মরিদা কোয়শিন্দুনা চামর থোংগদ্রোরি। মায়থোং অদু মাপ্রধুম্না হাইকেত্তী কুপশিল্লবস্থু উবা ঈকংকংদবদী নত্তে। ককব শককম অমস্তুং মীৎ অনী অদুদী ককনা উরি। মুপ্পব শম অদুদা মনি মম্নাম্না ঈরং ঈরং লাংডী।

দূতনা খুরুমজনা য়াম্না কিনা তপ্না তপ্না পাউ পুন্নমক লোয়না হঙ্গৎলী। মহারানী অহানবনা করিমত লেঙদনা তুমিন্না লৈয়ম্মী ওহাক লৈরগা মায়থুম হায়দোক্কুনা মীৎ কোরী কানা দূতপু য়েংলগা হায়রকঈ:—"পাণ্ডব অয়াম্ব দূত! সিপ্রা ভুংরন্দা নথরায় মচাঙ্গু কৎলম্বা ওমদে? ঐগী মাণ্ডদগী লাপ্ন চখোকখো। অদুগা নঙগী নবুঙো পাণ্ডব অদুনা হায়রু' লানকমদগী চেল্লকুনা মশাগী অমস্তুং লৈবাকী শুন পুন্নমক মাণ্ডহল্লে অদুনা ঐগী অশেংব লানবন অসি চঙবা য়া'দে " মতু'দা নোংশা অমোমগুম্ন অয়াকপ অমস্তুং তমথীব খোনকমদা হায়রকঈ: – মহাক ক্ষত্রি নত্তে, ঐগী ইপুয়োইবা নত্তে। যশোবন্ত'সংহবু ঐ অমুক য়ে লয়োই। ঐহাক মেওয়ারগী রানাগী মচানুপীনী। প্রতাপসিংহগী শাংগেগী নিঙোল লোব মহাক্ন অদুক পাণ্ডবদী কায়গিনো? লান ওমদ্রবদী লানকমদা কৱিগী শিরক্কবগে?" "পাণ্ডব হৌজিক কাওবা ঐগী মাণ্ডদা লেপ্তুন লৈরি? ঐগী লাম্মীশিং কদা'ইদা লৈরে? দূতশিং অসে চীংথক্কদগী লোকথাদা লংথখো। লানবনগী থোঙ থিজিন্‌র, " রাণীগী মশা অচু থক থক নীকঈ, শ উবনা স্বর ফুল্লে, বা ঙ'ংবা থোক্কে। মীৎ-মায় ঙা'শং ঙাংখ্রে।

নরেন্দ্র চোংথোক্কুনা য'ম্না তপ্না লেম্না হায়রকঈ:—ঐথোয়গী মরমদা তাকপীব মহারানীগী স্নায়াথংদী ঈকোক থোংনা পুজপনী। অদুগা মহারাজ যশো'বন্ত সিংহবুদী পাণ্ডব হায়বিগনু। মশামক থৃৎলাই পায়দুনা লানকমদা চোংশিন্দুনা য়ান্নবা ঈশীৎমক্না উজরক্লবনী। অদুক কনবা লাম্জী অমুক উরয়োই, মহাকনু বীরস্থ অতৈ অম উরকথিগনি নীংঙ্গে।"

রাণীনা ওহাক নরেন্দ্রবু য়ুম্না য়েংলগা হায়—"ঐগী যশোবন্তসিংহবু থ ক্লৈশোংনা মাহোক্কী লান তৌরবা ? নহাক্কী মীরৈবাক মচানী । করিম্নু কিকম লৈতে, চিংমগনু । হাঙু অশোংবা অমুত্তা নীংথিনা তমম্নু ।

নরেন্দ্রনা লানগী মরম অদু নীংথিনা তয়ে । রাজপুতকী থৌনা অমসুং মহারাজ যশোবন্ত সিংহনা অয়োইবী পাঙল অমসুং থৌনা ফুদোক্কুনা করম্না মোগলগা থেংনবা, হানা অউবমখৈ লোইহনা তয়ে । মখৈদা অমুক হায়ঃ—"মোগল লান্মীনা য়াউ শরু লাকপদৌনা মরাম ফুক্কীল্লকুনা মহারাজবু কোয়শিন্দুনা ঊকুপ্পা। মৈথুগনা লানকম অদু পুম্মক শমূব মতম অদুদা অয়দ্ব কাসেম খাঁ চেনখ্রে । মহারাজকী থরায় থুবাক্তা হাপ্পুনা য়েক্নব তকথায়বা হৌরকই । রাজপুত লীশাং লীশাং শবয় থাহুনা তুরে । চাং, থেঙ, সিপ্রা'তুরেল ঈনা পুমভাং ওংখ্রে মহারাজগী নাক্কী লান্মী থরদনক মভায়রে । আওরঙ্গজেব গোরদ অনা চত্তুনা মোগল লান্মী লীশাং লীশাং অনগা মহারাজ তম্না ফুক্কীল্লকুনা শংত্তরে । অদুবু মহ রাজনা শক্তিব ন চুংনা লৈতনা য়েক্নবা শরে । অকোয়বদা রাজপুত চম চাম তুরে । ঐথোয়রোমগী ভেঙ্গোল য়াওশল্লক্কে । মোগলগী জয়ধ্বনিনা থক খা নীক্লে, নিল্লে । অদু ফাওবা মহারাজ কুডগী যুদ্ধীগুম লেভদনা লৈরি । রাজপুত লীশাং লীপানগী মনুংদা চানীপাল ফাওবা শুরক্কে । অদুসু মহারাজ লানফম থাদোক্কে । সিপ্রানদী অমসুং বিন্ধ্য চীংজাউনা মহারাজগী থৌনা অমসুং লিংজেনগী সাক্ষীনী ।

অসুম ভারয়দগী রাণীগী মীৎ অনী অদু ঈরা তরং তরং চেল্লহুনা হায়ঃ— "অদুদী মহারাজ যশোবন্তসিংহ রাজপুতকী গুন্দী চেল্লহল্লেদনা । মীরৈবকী দৃস্ত । মথা করি তৌবা তমখো ।"

নরেন্দ্রঃ—মীনা ওক্ষম থোকপা, লাইনা ওক্ষম থোকপা যশোবন্ত লোইনা তৌগ্রবনী। লাম্নী চামণ্ডাত ভায়ররক্কব অতুদা তন্ডাইকরক্কতুনা চেনবনী।"

"চেল্লে! রাজপুতনা চেল্লবা। রানাগী মক্কাকনীপা চেল্লে?" মথবাক্তা খুত্তুম্না কন্না শুত্নুনা র'স্থখরে।

নিংথেমমুবীশিং চেনশিন্দুনা ঈশিং চাইত্নুনা লাক্লবদগী ওহাক লৈরগা জ্ঞান ভারে, য়াম্ন' মু'শিনা হায়রকঈ—"ইত'খা। এগী মীং শেম্মো! ইবুঙো লানকমদা থরায় থারে স্বর্গদা এবু ভায়ত্নুনা লৈরে, এ চৎলগে। যশোবন্তনী হায়ত্নুনা লাক্লিবনে, যশোবন্ত নত্তে শাশিন্নবনী। অতুগা দূত নহাক্কী চৌজিকমক নপা শিংগা মাডওয়ার থাদোক্তুনা চৎল্লো, নত্ত্রবদী নঙ শোযদনা শিরগনি।"

নরেন্দ্রগা দূতশিং অতুগ লানবন্দগী থোকল্লে। মথোযনা য়েৌরকপ মতমদা যোধপুরগী রাজা’ন্নীনা চিঠি অম পীরগা হায়ঃ—"মহারাজগা মথোযগা অমুক উনক্রবগী কান্ননা লৈতে ১ঠি অসি পুত্নুনা থুনমক মেওয়ারগী কোম্নং উদয়পুর ত ম চৎলো। ঠি অসি রানা রাজসিংহদা পীযু। মহাক্তা নথোয়বু কঁয়স্থীনা ভারোই, চত্নহনগনি। মহারাণীগী স্নায়াথদী হাক্তোকপা য়ারাই, নথোয় মাড়ওয়ারদা লৈবদী যাররোই। মহারাণীগী মমা ইবেম্মা লৈবনী চিঠি ফবগা মহাক শায়দনা যোধপুরদা লেওংকনী। মহাক নত্তনা চৌজিক কনানস্ম মহারাণীবু শে ফিনবা ওস্মরোই।"

দূতকা লোয়ননা নরেন্দ্র মেওয়ারগী কোম্নং উদয়পুর চত্তুনা চিঠি অদু নিংথৌদা পীরে। অদুগা নরেন্দ্রবুস্ থাম্না লুনা চান্না তৌবিত্নুনা অতুদা লৈরে।

ইতিহাসনা হায়বদী ফুমীৎ নীপান মাপন্নীয়োম মহারাণী অঙাও-বিদৌনা লৈয়ে। উদয়পুরদগী মমাইবেম্মা লাক্তুনা খেমজিল্লে মাহুদতা রাণী যশোবন্তসিংহগা উনগে য়াই। অমুক লাম্মী খোমহুনা যশোবন্ত-সিংহ আওরঙ্গজেবকা লান থেংনবা চৎপা লেপ্লে।

## ২০
# উদয়পুর

মাড়ওয়ার দেশগী অখোইব সহর যোধপুরনী; মমাঙৈদা চিতোরনা মেওয়ার দেশগী অখোইব সহর ওইরম্মী, হৌজিক্তী উদয়পুরনা ওইরে। মাড়ওয়ারগী লৈঙোইমপৈ অমসুং মরুভূমিদগী চীং মন্না নঞ্চ মেওয়ার দেশতা অমুক লাকপদা নরেন্দ্র য়াম্না মুঙাইরে। আরাবলীগী অরাংব চীংদোন অমুক লাল্লে, চীংগী তুরেল অমসু ইকুংকী ফজবহু অমুক উরে। ফজরব পাং মযাম অহু উবদা য়াম্না মুঙাইরে। মুমীৎ থর অমুম্না চৎলগা উদয়পুর য়ৌবে।

চিত্তোর ফজে, যোধপুর ফজে, উদয়পুরসু মতীকচানা অহুম মফজরম্মী। মথাগী পাক্লব পাং অহুদা লুরব আকাশ, মায়কৈ মরিদা লৈব চীংশাংগী মমি তাবা অহু তাযনীঙাই লৈতনা নীংথিজে। মায়কৈ মরিমকা য়াংলব চীদোন মরোল মরোল লৈপ্রিবহু প্রকৃতিনা শেম্মীরম্ব লৈপন ওইনা নগর অসিবু কোয়শিল্পী। পাৎকী মনাক্তা লৈব চীংশাং অমগী মথক্তা নীংথিজব নিংথৌগী শঙাই, অমসুং দলাল পরেং অহুনা মোমোন নোক্নুনা লুরব মিংশেন্দা মথোয়গী মমি (মশক) য়েংবওম উরি।

অদুগা চীংশাং পরেং অসি রাজপুতকী মিংচৎ অমসুং সম্মানগী লেঙত্রব অমসুং শেংলব লৈকম ওইনা লৈরি।

সূর্য্যদ্বার য়োমদা যোধপুরগী দূত নগরদা চঙলক্লে। মতম অদুদদী যোধপুরগা উদয়পুরগা মরূপ ওইনা লৈরম্মী অদুনা যোধপুর দূতশিংদুবু ওকুনবা হায়দুনা নাগারকশিংনা জয়ধ্বনি তৌবা হৌগৎলে। পাক্লব লম্বী অদুদা নরেন্দ্রগা মাগী কাণ্ডবু অদুগা নিংশৌগী শন্নাই পাংলক্লে। চারনশিংনা "টপ্পা" হায়বদী মঙলগী ঈশৈ শকৎলক্লে। নাক অনীদা ক্লুপীশিংনা ঈশিংপুল চপ্তুন লেপ্লি অদুগা "সুহেলিয়া" হায়বদী গুণ্ডাইবগী ঈশৈ শক্তুনা যোধপুরগী দূতশিংবু ওকঈ। দূতশিংনা মখোয়বু পৈশা অম অনী য়েন্দুনা পেলহল্লী। অদুগী মতুংদা রাণীগী য়াথং মতু ইন্না স্নাকোন্সুং চঙলে। সুংঙৌনা থাব থাক অদুদা কাখত্তুনা সূর্য্যমহল চঙলে। কা অসিদা রানা নরেব কা নিংথোশিং অমসুং রাজদূতশিংগা উনৈ। বংশগী ক্লেকলেন। সুর্য। (সূর্য্যৎ) কী মূর্ত্তি অমা ফক্লাংগী খুত্তনা হক্তুনা, য়েক্তুনা থম্মী। অসিদগী কা অসিগী মিং সূর্য্যমহল কোই।

মমলয় মুল মাননা শাব সিংহ সন্দা বাপ্পা রওগী বংশ মহারানা রাজসিংহ লেঙশিল্ল সনানা থাম্নব লুপাগী যুম্বা মরিগী মথক্তা মনিমুক্তানা ঈশং লংব থাকন অম থল্লি। খিত্তং লাপ্লক্লা অন্তম-অথোশিং ফম্ল। চারনশিংনা অমরাবতীগা মান্নরব রাজসভা অসিগী মগুন থাগত্তুনা ঈশৈ শাক্লি। মতম অসিদা যোধপুরগী দূত চঙকঈ।

দূত অদুনা খোগল্লোন কায়দনা পাউ পুন্নমক হঙ্গৎলে। যশোবন্ত-সিংনা মায়থীবা দেশতা হল্লকপা, মহারাণীনা শাউবা অমসুং নিংথোগী অরুব ফিবম পুন্নমক অসি মচা থায়না হঙ্গংলগা যোধপুরগী রাজমন্ত্রীনা পীরকপা চিঠি অদু রানাগী স্নাথুত্তা কৎশিল্লে। রানা রাজসিংহনা

মরম পুম্নমক নীংথিনা থঙলহনা মশোনত্তগী দমক অরাবা ফোংদোক্লগা থঙলহনা দূতশিং অহুবু বিদায় তৌরে অদুগা মখোয়গী মতীকচাব লৈকম শেন্নবা মস্তাদা য়াথং পী। য়ুমীৎ থরগী তুংদা যোধপুর রাণীগী মমা ইবেম্মা যোধপুর যাত্রা তৌগ্রে।

নরেন্দ্রনাথ উদয়পুরদা য়াম্না ফুজাহনা লৈরে। হেমলতাগী মূর্ত্তি মাগী থম্মোইদা নীংথিনা য়েকপ্রে, মাগী রাথল কাউনীঙাই ওইদে। অহুবু কজব লমদম অতুদা লৈব মতমদা চিন্তা অহুম্ন থরদং হন্থে, য়াংঙী। উদয়পুরদগী থর চংলগা লানফম, কীর্ত্তিস্তম্ভ পুজাগী মফম য়াম্না লৈ। নরেন্দ্রনাথনা মাত্থ পুম্নমক মথং মথং য়েংঙী। করি করিগুম্বদা অযুক্তগী য়ুমীৎয়ু'বা ফাওবা, য়ুমীৎ য়ুংবদগী সন্ধ্য' ফাওবা থেল অমদা কোয়হনা লৈ, নত্রগা কীর্ত্তিস্ত অমগী মখোংদা ফংহনা লেম্লী। অমুক অঙনবদা রাজাপুত অঙাংশিংনা থুদোম্বী থিন্দুনা মহাকপু য়েংনৈ। য়াচঙব মতমদা রাজপুত মুপীশিংনা ঈশিং পুল য়েপ্পুনা পাওগী হম্লকপা মতমদা চারন ওইরবোই নীংহুনা মাবু থুকম্লম্মা। অঙাওবা তাভার অহুম্ন তুমিন্না মবুঙোগী মতুং ইল্লী। মনাক্তা হৌব হৈ পাম্বীদগী হে হেক্লুরগা পুরকঈ। য়াচঙব মতমদা হি লৌরুংগা মশানা হোন্দুনা মবুঙোব উদয়পুরদা অমুক পুরকঈ। হি অত্তু ওপ্পা ওপ্পা চংলি। য়াচঙব মত-গী আকাশ, লূরব, মখোল থোক্তুব পাংকী ঈশিং অহু য়েংলগা য়াম্না ঈথনা য়াম্না মুগ্ধ রাখল তৌহনা প্রকৃতিগী কজবা য়েংঙী অমম্নং অঙীংবা অতপ্পা অহু মত্তৌ তমপে লাক্লে। করিগুম্বদম্ন মাগী থম্মোইদা অনৌব ভাব পোক্লক্লগা তাভার অঙাং অহুম্ন ঈশৈ মুংশিনা শক্লকঈ। নরেন্দ্র তুমিন্না মাগী ঈশৈহু তাঙী

নীংথিজরে। রাজপুতানাদদী মতম অসি লান তৌবা মতম্নী। অতুনা রাজস্থান্দদী অম্বিকাগী পূজাগা লোয়ননা খ'ডগী পূজাসু তৌই। সুমীৎ তরানি য়াম্না লাংডী। অহল লমম্না লান্দা শীজিন্নরম্ব খুংগু-খুংলাই অতু খুংল'ই থক্ষমদগী লোথোক্না পূজা তৌই। দেবীগী মন্দিরদা নিত্তগী ইরোই হামেং বলি তৌই। লান্মী ময়াম পৈন্থনা মাগী মাগী মহৈ উৎলী, য়াম্না হরাউ তয়াম্না মতম লেপ্লী। তরানি শুব সুমীত্ত য়'ম্না চাউনা পূজা তৌঈ। মথংগী সুমীৎ অতুদা মহারাণা ল ম্না', বীর পুম্নমক কুমৈ মকমদা তিল্লী। মাতু য়েংবদা নরেন্দ্র ঈগুক ঙকপ্রে। উদযপুর অপুম্বা ফজরে। বাজার, দোকান, লম্বী ঘাট পুম্নমক লৈপরেং অমম্ভং উশানা লেতেংঈ, ঢাকন থল্লী। থোঙ্গান থূদী দা হোজঙ শার্ত। যুম থূদীংদা ল'নঙম ফিরাল থেংলী। রাজ-পুতকী অথৌব, অমম্ভং লাণ্মী পুম্নমক ফিজোল ফজব শেত্তুনা কুমৈ-মকমদ ১২লী উদয়পুরগী মথাদা লৈব মফমশিদগী অথৌব ময়ামসু মাগী মাগী থোঙমী লান্মী পুরকতুনা তিল্লে। শগোল মথল মথল, পোষাক মথল মথল, ফিরাল, ঈশৈগী যন্ত্র, লালগী পৃংলাই মথল উদযপুরদা লোইনা তিল্লরে। অকল-অথৌ লীশিং তরামঙানা মহারা-না'বু কোয়শিল্লী। মহারাণাগী য়াথংনা মরৈবাক্কীদমক থরাব খাবা কিদনা শেম শাতুনা লৈ। উদয়পুরগী লান্মীগী খোঙ্থাংনা ভারত জপুম্ব নীকঈ।

সুংখিলগী যুথক অমদগী লানফমদা পুম্নমক তিল্লে। মশা মশাগী থোনা, ল'ন হৈবা, শগোল থৌবা হৈবা, থাঙ হাইবা হৈবা লোইনা উৎনৈ। অথৌব লীশীং তরামঙাগী খোঙথাংনা পৃথিবী নীক্লে। মথোয়গী জয়ধ্বনিনা অভিয়া শেগাক কায়রে। মথোয়গী মরক্তা চারণ

ময়ামম্ন পাকতুনা মখোয়গী বিদ্যা উৎলম্রি। সমরসিংহনা মতৌ করয়া রাজপুত লৈশীং ভরাছমদোইগা লোয়নবা মরৈবাক কয়বগী কাগা তুরেল মপান্দা থরায় থাখিবা, কুম্ভনা মপাম্বোম পাঙয়া দিগিজয় তৌরম্বা, সাংগ্রামসিংহনা বাবরগা থেংনরম্বা, মতৌ করয়া প্রতাপসিংহন চহী কুন চুপনা লোকমুংদা লৈহনা থৃংকম পাঙনব আকবরগা শোক্ক-রম্বা অসিনচিংবা লোইব নাইদ্রব ঈশৈ অসি উদয়পুরগী হরাউ পুঙদা শক্লম্মী। চারণগী ঈশৈ লোইবগা রাণা শগোন্দা হঙংতুনা থাঙ্ শংলী, থাঙ লৈশীং ভরামন্ডাগী জয়ধ্বনিনা অতিয়া শীন থুংলে। অহুদগী রাজপুত্রশিং অহু লান চঙ্‌খ্রে। নরেন্দ্রনাথস্ম মখোয়গী মরক্তা য়াওখ্রে।

নরেন্দ্রনাথম্ভ শগোল তা হুনা রঙস্থলদা চঙলে। মনাই অমতং লোয়রৈ। মহাক তা অমা পায়হুনা শগোলগী মভু ইল্লী। মাত্তগী লান অতুদা নরেন্দ্রস্ম ম'ন' গৈজব মহৈ উৎলী। রাজপুত খরম্ম মায়থীবা পী, খরগী মখুত্তস্ম মায়খাবা ফঙ্‌ঙী। মমৈদা শগোল অহু ঙাক্তহ'ক পাংখ হূনগে হায়হুনা শগোন্দগী কুমথহনা উকমদা ফম্মী, মনাই অহুনা শগোল উখোঙদা পুনাশিল্লি।

মতু দা মনাই অহুনা ঈফুত্তগী ঈশং শোকপা চংখ। য়াম্মা থুনা হল্লকুনা মবুংঙোগা মক্ষমদা হৈম্লে "শগোল ভোংবা অমনা এরবু ঈফুৎ অসিদগী ঈশিং লৌহম্রে। কারি মরমগীনো হংএদা মানা হায়:– বীর পুরুষ নত্তনা অমৃত অসি থকপা য়াদে। বঙ্গবাসী অহুনা বীরনী হায়বা খুদম উৎলগা ঈশিং থকপা য়াগনী।"

মাহু ভাবদা নরেন্দ্র শাউবনা মমায় ঙাংশঙ ঙাংহুনা শগোন্দা চোংখৎলে, জলপ্রপাত অহুগী নাক্ত চংখ্রে। চাউরব অমুব শগোল

অমগী মথক্তা অমুব কিজোল শেৎপা চাউরবা লান্মী অমা লৈরম্মী। খোঙদগী কোক কাওবা অমুব কিনা কূপশিল্লী, কোক্তস্থ কোয়েৎ। চহীদী য়'ল্লবা জাৎনী অহুবু হকচাং করি, পাঙ্গল য়াম্না কল্লা উই।

নরেন্দ্রনা কল্লপ্পা হংই,— "ঐগী অকনবগী খুদম, প্রমাণ য়েংবীনীঙভী হায়য়ে?"

লান্মীনা পাউখুম পীদনা চৈ অনী লৌহুনা পায়রগা হায়,— "অসি অমা খনবিয়ু।" নরেন্দ্রনা অমা খল্লে।

শগোল তোংবা অনীহু শগোলদগী কুাথহুনা লান কল্লা শোক্লরে। ওহাক্তী মথোয় কনানা ময়বগে খঙদে। থিক্তং কুইরগ নরেন্দ্র মায়থীরে। লান্মী অহুনা কম্না কুপ্দ, নরেন্দ্রগী চুঙ্গোয় কাইরে। নরেন্দ্রগী মথক্তুগী চৈ লৈপাক্তা তাথ্রে, মশাস্থ লৈপাক্তা তুরে। মায়কৈ মরিদগী লান্মী'শিংমা হৌহুনা নোক্লে।

নরেন্দ্র মপোক্তী খুর শাউগল্লী। হুন্দক্তী শাউমনবদগী মমৈৎ-কক্তা উত্রে। মায়কৈ শলাই থঙদনা থাঙখুমদগী থাঙ শৎহুনা পোযাক সুবা লান্মীহুদা য়ানগদোনগী হোৎনরে। রাজপুত্ত অহুনা ঊলায় লায়না মাগী চুঙ্গোয়না ঙাকথোক্লে। ময়াম অমুক্তা হৌহুনা নোক্লে।

রাজপুত্ত অহুনা হাইকেৎ নোক্লগা নরেন্দ্র কৌহুনা হায়,— "ঐদী চৈদমক পায়, নহাক্না লালগী থাঙ অহু পায়বদী চুমদে। অহুবু মুপী অমদি বঙ্গদেশগী মীনা তৌবদি ঙাকপিনীঙঙাইনী, য়েংবিবা ঙাই।"

অস্নুম্না লঙনবহুদা নরেন্দ্র তীঙ শোক্তুনা শাউনা য়াম্না কম্না

হায়,— "হৌজিক নঙ্‌নবগী মতম নত্তে, নহাকসু লালগী থাঙ পুখোক-লকউ।"

অমুব লাম্মা অহুনা খুম্মী,— "নীপামচা, নখরায় মাঙ্‌হনা তোকনি। চৈ পাইখৎলু, মাহুনা নঙগী চপ চাঞ্জৈ পকচৈ। থাঙ্গ-শেংবা লালমক্তি পকচদে।"

নরেন্দ্র থাঙবা য়ারক্লহুনা রাজপুততা হেক্তা হোল্চিল্লক্লে। রাজপুতসু মাগী খুহ্‌প অহুম শাংবা লালগী থাঙ্‌ অহু পুখোরক্লে। মমীৎ মঙাল য়ৈবদা থাঙ্‌, অহু পূমলং লংভী। কুইনা থেংনদে। লাম্মী অহুনা ঈলায় লায়না কাবক কাবক অমুক্তা থাবদা নরেন্দ্রগী থাঙ মত্তেক মত্তেক তেক্লে। মাগী থাঙ অহু অমুক্তা হায়গৎলক্লে, নরেন্দ্র শিবা তারে হায়হুনা লৈরে। খুদক অমুদা মায়কৈ শমরোম-দঙ্গী খংলাউ লাউরক্কই। মায়কৈ অদোমদা য়েংউরগা রাজপুতনা থাঙথুমদা থ ও হাঞ্জল্লে নরেন্দ্রনা হম্মা য়ে শিবদা উরে মাগী তুংইনবা তংতার খঙাং অহুনা লউরম্ম। মানা লাকপদগী মহাক হিংহৌবনী হায়বংস নরেন্দ্র খ[illegible]। অহুগা তাতার নহা অহুনা লাউবা তারগা রাজপুত অহুনা মহাকপু লাংকে তৌরম্বা তোক্তাপ্রবাস কার-ননৌ হায়বহুদী মহাক খণ্ডদ্রি। মানা রাজপুত লোমদা য়েংখবদা উই—মহাক চপলেপ্তুনা লৈরম্মী, মায়কম অহু ঈংনা তপ্পা উই। হৌজিক্তা মহাক মী খৎনরুই অমদী লান তৌরুই হায়বা মান্দে।

নরেন্দ্রনা য়াম্না চগম্মনা হায়—"রাজপুত! ঐ নঙগী নকমদা থরায় নিদে। নঙনা তৌনীংবত তৌ, ঐ মঙগী থৌজাল পাম্মদে।"

কিমুশেংপ লাম্মী অহুনা চৌংলেম্না হায়—হৌজিক ঐ করেম্বা

নত্তে। নহাক থাজৈশেংব যীরনী। নহাকী থৌনা উবদা ঐ পেল্লে। ঐস্থ লান্দা তৌঘনা লৈবা মী অমনী। লাল্মী অমনা লাল্মী অমগী মকমদা করিস্থ চোপ্পা লৈতে। হুমিৎ হুম্নি লৈরগা অমুক উনসি। মাহুদা ঐস্থ অদোমদগী করিগুম্ব অম নিগদৌব লৈ। ঐগী মিং শৈলেশ্বর।"

নরেন্দ্রবু পাউথুম পীনব মতম পীদনা শৈলেশ্বর অহুম চৎপ্লে। নরেন্দ্র ঙক্ক্ুনা লৈহোরে। তাতারবু মনাক্তা কৌশিল্লগা মহাক করম্ব মতমদা লাকই, করিগী লাক্লিবনো, ফিমু শেংপ লাল্মী অহুবু মহাক হাল্লা থঙব্রা, মানা লাউবা তাবদা লাম্মা অহুনা হনথিবা করিগীনো অসিনচিংব রাহং য়াম্না হঙভী। নহা অহুদা জ্ঞান তাদে। পাউ-থুম অমত পীবা ঙমদে। মাঙোম্মা রা হংবা অরেম্বনী হায়বা নরেন্দ্র ভাব তারে। সন্ধ্যা রাচঙবদা তপ্না তপ্না মযুমদা হল্লক্ল।

## ২২

## লাইশঙ্।

রাজপুতানদা অনৌ অনৌব ফিজেৎ অনৌ অনৌব লমচৎ উবদগী নরেন্দ্রনাথ থপ্মোই অহু খিঙ্কং ঈংবঙম তৌই। অহুবু মুঙদা হকথ্রব অক্ক ঈশিংনা চামহুনা কোক্কে, মৈনা চাক্ক্ুনা মাঙদে। বঙ্গদেশতগী উদয়পুর ফাওবা ক্রোশ চাম চাম অসিগী মহুংদা ভুরেল কয়া, চীং কয়া, মরুভূমি লাম্নুনা ভারতবর্ষগী ঙমথৈ অমদগী ঙমথৈ অমফাওবা লাক্লে। অহুবু অয়ুক্তা নোংপোক থংব আকাশগী ঙাঙ্ানবা অহু

উবদা নোংপোক থংব দেশতা লৈবী নীংথিজবী মণ্ডাল অদু থম্মোইদা কাওরকঈ। অহিং অথেঙবদা নরেন্দ্রনা মথন্ত অমম্বদা হুন্‌ৎহন্দা চংপা মতমদস্থু মুংশিব মূর্ত্তি অহুনা মাঙোন্দা মুংশিনা য়েংলিবোই নীংঈ। বীরনগরগী য়ুম্না কদাইদা, ভাগীরথীনা কদাইদা, নরেন্দ্রনাথনা কদাইদা লৈরি ? মরৈবাক্তগী চেল্লগবু চিন্তাদগীসু চেনবা য়াত্রা। শিত্রিঙৈদা হেমলতাবু অমুক্ত'দী উথিনি। অয়ুক্তা য়াচঙবদা, মুমীৎ-য়ু'বদা অহি'দা মহাক্না চিন্তা তৌরিবা পুম্নমক অসি হেমলতাগী মফমদা অমুক্তং রারী শাখিগনি অসিনী নরেন্দ্রনাথনা ভাল্লিবা। শিত্রি-ঙৈদা মাগা অমুক্ত উনররোইত্রা ? তান্তারগী অঙাং অহুগী মফমদগী মানা ভাঈ—"ভগবান একলিঙ্গগী মন্দিরগী কনা কনাগুম্ব গোসাইদী ভু'দা ওইগদৌবা হায়ন ঙম্মী।" নোংমা নরেন্দ্রনাথ মন্দির অহুদা চংলে।

অহিংগী যুথক অমগী মতু দা ম'ন্দর অদু য়ৌরে। মন্দিরগী নীংখিজবা অদু অতকপগী মশক্না। আকাশ নোং'ন পূম্নম মমথ্রে। মরক মরক্তা ঈংপ্রব মুংশিৎ কন্না শীংলী। মন্দিরগী মায়'ক মরিদা মন্নব চীংশিং অহুগা আকাশকা অমম্বগা ত্তিন্নথ্রে। অকিবগী মশক ওইরব চীংয়াখ অহুনা চেকপন ওইনা লৈরবা, অকিবগী মশক ওইরব রুদ্রগী (শিবগী) মন্দিরনী। চেকপন অহুগী মথক্তা মুশল মুরব নোংগী মপৈ অহুনা রুদ্রেগী ঢাকন ওইথ্রে। আকাশকী ভমথৈ অমদগী ভমখৈ অমকাওবা পূনতাল ভান্না নোংথাং অমুক অমুক কুম্মী। অমুক অমুক ভাঙ্খোরকপা অহুদা মায়কৈ মরিগী পোৎ পুম্নমক উই। মন্দির মনাক্তা অমম্বনা কূপ্পব হৈনোগী উমং উক্ত অহুগা মুঙেঙৌনা শাখ ঙৌরব রাংলব মন্দির অহুগা উই। মুং-

শিংস্থ কয়া লীৎপা হৌরক্লে। ওহাক লৈরগা নোংথাং অদুগী মতুংইন্না নোং থারক্লে। মখোল অদুনা আকাশ, চীং পুম্নমক নীঙ্খায়রকদো-বগুম মাল্লী। রুদ্রগী হেজ কোংদোক্লক্লে।

নরেন্দ্রনাথ ওহাক মন্দিরগী মমাঙদা লেপ্তুনা অকিবগা ককং-বগা পুমবা অসি য়েঙঙী। প্রকৃতিগী মতীক মগুণ অসি উবদা য়ুম্বীগুম য়ুংহনা লৈ।

অদিংগী য়ুথক অনী ওইরকপা মতমদা নরেন্দ্রনাথ মন্দির অচৌব অদুদা চঙলে। হৌজিকস্থ মুংশিং লেপক্রি, নোংথাং কুপ্পা তোক্তি। মুঙ অঙৌবগী য়ুম্বী পক্নেং লৈরিব অদুগী মরক্তা চঙহনা মন্দির চঙলে। মতুঙদা মহাদেবগী যগুং অমম্ভুং নন্দগী মূর্ত্তি লৈরে। মনম মুংশিব থাইমৈনা হুঙাদ ঙাল্লী। মনুদা ভোলানাথগী মুঙনা শান্ত মূর্ত্তি লৈ। হান্না রাংনা জটাপুনব গোস্বামী অম নাকুল অমদা কমহনা মীৎ উইশিন্দুনা জপ তৌরি। লাইংক্তা থামহেং নাদব চন্দন লেংবান্দা যজ্ঞোপবীত (লগুণ) শাংনা হাপ্তুরি। গোস্বামী অদুম মারম্ভ হঙ্গৎ-হন্দা চংলি। ওসিদা মোং-ম্লাশিং তৌরদুনা যাত্রী কয়া লাক্তে। মন্দির অসিগী মকোক ওইব গোস্বামী ম্নপী খিদে। মহাক শিরব তুংদা মাগী শিষ্যশিং অদুগী মচুংদগী অম মাগী মহুৎ হাপ্পী। মন্দিরগী সেবাগী মতেং পাংনব থুল ময়ামম লৈ। অসিদম্মু নত্তনা যাত্রীশিংনা কৎপস্থ খজিক-থরাক নক্তে।

য়ুথক অনীগী শরীক য়ৈরকপদা ধ্যান তৌহুনা। লৈরম্ব গোস্বামী মীৎ পাংথোক্তুনা ইঙ্গিত তৌই। বম-বম হর-হর হায়না মন্দির অদু ঈনিল নিল্লে। অদুদগী যম্নুনা কোমব ঈশৈনা ভোলানথগী

স্তব হোরে। অপ্সরাগ মান্নবা জগোইশাবীশিংনা তাল চানা জগোই শাবা হোঁরক্লে। ঈশৈ শকপশিংনা সপ্তস্বরদা মহাদেবগী ঈশৈ শকপা হোরে। ঈশৈ অদু অকনব মুংশিংনা পুদুনা জগত্তা শন্দোরক্লে।

ওহাক লৈরগা ঈশৈ অদু লোইরে। গোস্বামীনা ইঙ্গিত অমুক তৌই। জগোইশাবীশিং লোইনা খোঙখ্রে ইশৈশকপশিং অদুসু তুঁমন্না লৈরে মন্দিরগী থাউমৈ ময়াম অদুসু মুংখ্রে। নরেন্দ্রনাথ অমম্বা অদুদা তৌকম খঙদদুনা চপ লেপ্লুনা লৈরে।

ওহাক লৈরগা গোস্বামী অদুন ইঙ্গিত তৌরক্নুনা নরেন্দ্রনাথনা মনাক্তা চঙ শন্নগা হঙ্গী :— 'মহাশয়দু মন্দির অসিগী গোস্বামী ওইরবনা ?" গোস্বামী কারি ত খুমদনা চৈস্বন্না খুদোম্বী থম্মী। নরেন্দ্রনাথন অমুক হঙ্গী : 'ত্রৈলোক্য কারিগুম্ব ভাকশিনীবা লৈব্রা ? হন্দকসু মখোম্না খুদোম্বীদমক থম্মী। অমম্বাসিদা লৈপা আসগী মতম- অদু হায়দা নরেন্দ্রনাথ ইহুক্ক হাক্লে। অমক হঙ্গী :— "অদুদা ত্রৈলোক্যনা ইঙ্গিত তৌবীরব করিগিনো ?' খুমদনা গোস্বামী লাপ্পা খুদোম্বী থম্মী। নরেন্দ্রনা অদোমদ য়েংশিনবা অমম্বদুদা কারসু উদে। অমুক য়েংবদা অমম্বদুদা থাউমৈ অম উবগুম তৌই। গোস্বামীনা ইঙ্গিত তৌরমলগা মাঙ থাদুনা চংলী নরেন্দ্র করিমত্ত ভাব ভাব্রদুনা মতুং ইল্লুনা চংলে।

অমম্বদুদা মখোয় অনী য়াম্না শাংনা চংলে। নোংসু কন্না তারে, লম্বী অদুসু মী চত্তে পুমচৌক চৌকই। গোস্বামী অদু করিম্ব খোঙাদনা থাউমৈ মৈঙাল অদোমদা অদুম চংলী, নরেন্দ্রসু চংলী।

মহাক্কী পূনওক ওক্লে। রাওাংদব যোগী অসিনা তৌরিবসি করিনো ? করি তৌপদৌরিবনো ? শৈবশিংদী মী হাত্তুনা পূজা তৌই, মহাকন্থু মাঙ্গ তৌগে হায়রিবরা ? থাঙ পায়দুনা লেপ্লগা অমুক খল্লী। 'ঐবু য়াম্না পাওত্রবরা ? যোগী অসিগা চৎমিন্নবদা করিগী কিরি ?" অমুক গোস্বামী অহুগা অহুম চৎমিন্নরে।

খর চৎলগা গোস্বামী অহু লোক্কুং অয়দা চওথ্রে। নরেন্দ্রস্থু চওলে মন্নুংগী অহু উবদা অমুক হেন্না ওকথ্রে।

মাঙদা অকিবগী মশক ফংলব কালীগী মূর্ত্তি। মনাক্তা উতৃপ খর চাক্লি, মঙাল অহুনা লোকন্থুং অহু ঈওাল ওাল্লী। মথক্কুগীন্থু ঈশিং মরীক মরীক তাই। মৈ মনাক্তা লাইরিক খর, ঈ তৈব থাঙ অম তারি। মরক মরক্তা ঈস্থু খর তারি। ঈশিং চেনবগী মখোলগুম অমমু তাঙ্গই।

গোস্বামীগী ঙৌরেক ঙৌব মথদাংগী কোই অহু থবাক য়োঙ্গই, শম অঙৌবগী জটানা শন্দা প্রোপ প্রোপ তাই। য়াম্না রাওঙা, মপাঙ্গলন্থু য়াম্না কল্লি। মমিৎ অনি অহু পূমলং লওঙী। মরাইবক্তা থা মচেৎ শাব চন্দন। অহুগুম্ব শকফম নরেন্দ্রনাথ অমুক্ত উন্দ্রি।

গোস্বামীনা মখোঙনা কাওহুনা চাক্লিব শীং অহু মুথংলে। ঈ তৈব থাংশাং অহুম্নু পায়থংলে। মৈ মুথংপগী মৈরিকশিং অহুনা শকফম অহু অমুক হেন্না অকিবগী মশক ফংলে। মহাক তুংলোমদা খর হন্দোক্কুনা মুওদা ওাহুনা লেপ্তুনা লৈরে, থাঙ শত্তুনা লৈরে। মাগী থম্মোই নীকপহুদা ফত্তে।

গোস্বামীনা য়াম্না লেম্না কৌরকই—"নরেন্দ্রনাথ।"

নরেন্দ্রনাথ ওক্তুনা য়েংঈ, শৈব (গোস্বামী) অমো। উদয়-পুরগী কিমু শেংপ লাম্মী শৈলেশ্বর নী।

## (২৩)

## লোকনুং।

নরেন্দ্রগী ওকপা থেংলে। "খঙনদব যোগী অসিনা ঐগী মিং করম্না খঙলিবা। ঐবু অসুক অকিব ফংলব খোনকম্মদা কৌরিবা অসিনা করিগীনো?" অদুবু রাখল থম্নব, কিনব মতম লৈহৌদে, শৈলেশ্বরনা অমুক কৌরকই:—

"নরেন্দ্রনাথ! ভগবান একলিঙ্গগী মন্দিরদা লৈরিব গোস্বামীশিং অসিদি যোগগী পাঙ্গল্লা মীগী পূর্ণোং খঙবা ঙম্মী। নহাক পাপকী রাখন্দা শেংলব মন্দির অসিদা লাকএ।"

নরেন্দ্র মরু লূকথত্তুনা লৈরে। শৈলেশ্বরনা অমুক হন্না অম্রাকপা খোনকম্না হঙ্ঙী:—"করিগী খুপত্রে। পাপকী নচাল অদুনা পাপকী রা অদু শন্দোক্লা হায়্রু। পাপকী প্রায়শ্চিত্ত কুইত্রে।"

অকিব রাহৈশিং অসি তাবদা নরেন্দ্র ঙহাক ওক্তুনা লৈরম্মী। অদুবু মহাক কিগদবা পাঙদবা মী নত্তে। য়াক্লপা খুম্নকই:—"অদোম কনানো ঐ খঙদে। অদোম্না হংব পুম্নমক খুমদব য়াদে হায়বা লৈত্তে।"

শৈলেশ্বর—"ঐ ভগবান একলিঙ্গগী মন্দিরগী গোস্বামীনী। মন্দির মাংহনব অমদী চেস্থহনবা মীশক্তা রা হংবা ঐগী হক্কী। খঙনীংবমথৈ হংবা ঐগী অধিকারনী।"

নরেন্দ্র—"ঐনা গোস্বামীদা অসিমতমক খুমগনি মাহুদী—গোস্বামীশিংদী মুপীগী প্রেম ফংজবস্তু, মুপীগী প্রেম ফংগে তানবদী প্যাপ নত্তে; শূলপানি ( মহাদেব ) মশামক অপর্ণাগী ( দূর্গাগী ) প্রেম ফংগে তান্নী।"

গোস্বামীনা নোং থাকপগুম খুম্মী—"নরেন্দ্র। মফম অসিদা লৌনম তৌবা য়ারোই। নহাক মুপীগী প্রেমত্ত তান্নব নত্তে, পাপীনী। নগুদী মীগী মুপীগী প্রেম ত'ম্নে। পাপ অসিগী প্রায়শ্চিত্ত ওইনবা জগত্তা করম্বা অরাবা লৈ, নরক্তা করম্বা মৈ লৈ?"

নরেন্দ্র তু'মম্না লৈ।

শৈলেশ্বর—নরেন্দ্রনাথ নশাবু নমথাক তৌগনু জগৎপু মীনমগনু। অমথীবক পাপ্পা নগুনা লু'প্লবদে। মুম্না থজো। যমুনা মপানগী ফজরব দলান নীংশিংগু। শ্রীশচন্দ্রগী অত্মাদী শ খ্রবনী, হকলত্ত শ লবী মুপীনি। পাপী। নগুনা নীংলব করিনো? মাখ'ংগী দসব অহু চাইথায়হুনা মাঙ্গনবা! শ্রীশচন্দ্রবু মাঙ্গহনবা। ভস্তোকপান! হেমলত্তা অত্তাং ওহারবৈদা নত্তগা শ ঙ্গাংঅম্বরন্মী, হৌজবস্ত্র মচল পোকমিন্নবগুম্না মানা নগুবু মুংশিরি, নগুগী রাখল তৌর। অসুগুম্বী শেংলবী মপুরোইবগী সেবা তৌরিবী সত্তী অহুনা ওক্কবী মুপী ওইহুনা নহগী সেবা তৌবা! পাপী নগুগীদমক সত্তী অহুবু মাঙ্গহনবা। মীগী য়ুম থুগাইবা। মাহু ফাওবদী নগু থল্লমদবা য়াই অহুবু নগুনা নীংলিবহু থুংলবদী মাহু নগুনা করি ওইফম থোকই। অনকপ পুক্নীং অহুনা শেংলব মন্দির অসিদা লাক্লি?"

য়া লোইশিন্নক্লে। নরেন্দ্র মরলুকথহুনা লৈরে, মশা নীক্লে।

মমীত্তসু পি-ঈরা চেক্লী, গুংশাশোর শাংনা হোল্লগা হায় —"লোকমুং অহুদা ঈশা কম্নবগীদমকত থাঙ পারজরম্মী, থাঙ অসি লৌবিরো, ঐগী খম্মোই অসি ককথংপিরগা মৈমুংদা লংশিনবীয়। ঐগুম্ব পাপীগী প্রায়শ্চিত্ত লৈররোই।"

শৈলেশ্বর—"নিপা! সংসার অসিদা হীদাক লৈত্তব অনাব লৈত্তবনি; প্রায়শ্চিত্ত লৈত্তব পাপ লৈত্তবনি। ঐদি নঙবু শেং-দোকপা, চুমপোকপা পাম্বনি, ঐ নঙবু হাংকে নীংয়ে।"

নরেন্দ্র—"ঐ থৌজাল অহুগী মতীক চাজদে। থম্বাল-লৈকাওম শেংলপী হেমলতা মাঙহনগে খন্দূনা লাইশঙ অসিদা লাক্লিবা! মপোক্ক অসিদা ঐগী প্রায়শ্চিত্ত লৈত্রে।"

শৈলেশ্বর—নরেন্দ্র! নঙগী পাপসি নঙনা খল্লিবত্নক্কী য়োদ্রে। ঐনা খঙদব করিস্ত লৈত্তে। নঙ হেমলতাবু ফংগে হায়নম্ব তাঞ্জি। নঙনা তাল্লিবদী মাগা অমুক্তং উনবা! নঙনা লাইশঙ অসিদা লাক্লিবা রাখল অহুদনি।

যোগগী পাঙ্গলনা গোস্বামীনা অসি ফাওবা খঙবা ওম্মী হায়বসি উবদা নরেন্দ্র পূমঙক ঙকঈ। অহুগা মাগী পূক্নীংস্থ খিত্তং ঈংলে।

নরেন্দ্র—প্রভু! তাকপিরিবা অহু অচুম্বমক্লী। হেমলতাগী মাঙনবা তৌবদি থম্বীখো! মাগী মশাদা লৈব ত্তিথ্যং অম হনবদা ঐগী খরায় ফাওবা থাদোকপা ঙমজগনি। ভগবাম্না খঙবীরিগনি।

শৈলেশ্বর—অহুদী মাগী খম্মোইদা নঙনা থনম্লিবা ত্তিথ্যং অহু লৌথোকপিনবদী করিগী তৌদে, করিগী শীন্দে?

নরেন্দ্র—কমদৌনা? অমুক্তা মুম্না তাকপিয়।

শৈলেশ্বর—অভাং ওইরিবৈদা নহাক্না মাগী থম্মোইদা প্রেমগী তিঙ্খং থাগ্রে, মাহু নঙ্না ফুক্তোকউ। নহাক্না নত্রবদি ফুক্তোকপা য়াররোই, হেমলতা অশীবগা মান্নবা অহুম লৈগ্রনি। হেমলতানী হৌজিক লমচৎ ফজরব ধর্ম্ম লৈব মপুরোইবা ফংলে, মুম পানবী মুপী হায়বহু ওইরে। হৌজিক নঙ্ কদাইদা লৈম্নিগদগে, করি তৌরিগদগে হায়বগিতনা মাগী চিন্তা ওইগ্রে, মাহু হেক থল্লকপ মতমদা মপুরোইবগী মকদা ধর্ম্ম কায়বী হায়বহু ওইরে। চিন্তা অহু কোকহন্ন।

নরেন্দ্র—কমদোনা চিন্তা অহু কোকহনগনী প্রভু? ঐনা মাগী মনাক্তা লৈরবদী কোকক্রা?

শৈলেশ্বর—কোকপদী য়াই। অহুদা নঙ্না মনাক্তা লৈরবদী নঙ্না খোয়রাংবা অহু উরগা মাগী হান্নগী মুঙাইজবা অহু অমুক ঈনৌ নৌবা য়াই।

নরেন্দ্র—অহুদী করি তৌবা ত'রে প্রভু? ঐন লাপ্পা লৈরবসু মাগী চিন্তা, মন ক্তা লৈরগনা মমাংঙৈগী য়া লৌহুনা নীংশিংবা অহুদী উপায় লৈত্রবরা?

শৈলেশ্বর—উপায় লৈ। মনাক্তা লৈগনী। অহুগা হেমলতাগা নঙ্গগী মরীদী মপোক অসিমগী লৈহন্দবা তাই। নহাক্না মাবু তশেনা মুংশিরবা অহুগা মাগী তিঙ্খং অহু হন্দোক্লবগীদমক থরায় ফাওবা প'স্মুদ্রবদী ঐনা তাকপা লৌ। ধর্ম্ম থারো, মুসলমান ধর্ম্ম চৎলো মুসলমান মুপী মুহোঙ্গো। নঙ্গী হান্নগী নবুঙো মুজাগী মথাদা থবক অমুক তৌরো। অভাং ওইরিবৈদা চান্নবা মুংশিনবহু কাউথোক্নো মুপী অম লৌগ্রে, অহুগা মুসলমান ওন্দুনা মুসলমান

সুখাদারগী অচানব মী ওইগ্রে হায়বত্তু হেমলতানা তারবদী, মাগী থম্মোই শোয়দনা ওলকনি। মীওইবগী থম্মোইদী উরীগুম্মা অকংব উদা য়েন্তে। ঐবু কাউগ্রব, মাগী আশা, প্রেম, রাখল ঈতোপ তোপগ্রব মী অদুবু মতম কুইনা নীংসুবা য়ারোই। নরেন্দ্র! নঙগী তমথীব পাপ অদুগী তমথীব প্রায়শ্চিত্ত অসিনি।

নরেন্দ্রগী মকোক্তা বজ্র তাবগা মাংখ্রে। ওহাক তুমিয়া রাখল তৌরগা য়াম্না তপ্না হায়—"ভগবন! ঐবু তাকপিয়ু। অসিগুম্ব তমথীরব প্রায়শ্চিত অসি ওমজররোই। ঈশিংদা চোংথজগে, মৈদুংদা চঙজগে। সুপী অম লৌবদী ওমজরোই।"

শৈলেশ্বর—নঙ নশাগীদ য়েংব মীনী। মৈদুংদা চঙলগা নশাগী অরা-অনাদী লোইগনি, হেমদী করি ওইগনি? মাগীদমক মহাক মৈদুংদা চোংশিনখ্রে হায়বা হেমলতানা তারবদী মাগী হান্নগী সুংশিবা, অরাবা শরূক চাম হেনগনী, পুন্শী চুপ্পা মরাইবক থীদুনা অদুম লৈগনী। নরেন্দ্রনাথ হেমগী উপকার তৌবদা নঙগী অশাবা লৈরোই হায়বত্তু অসিরা?

নরেন্দ্র— ভগবান্না সাক্ষীনী। ঐ মাগীদমক অরাবা পুম্নমক খাঙ্বা ওম্মী। নহাক তাকপ'রিবত্তুদী পুবা ওমদব র'নী। প্রভু! হীদাক অসি খামল্লী, অতোপ্প হীদাক অম তৌরীয়ু।

শৈলেশ্বর—অকনব অনাবদদী অকনব হীদাক থাবা তাই।

নরেন্দ্র—প্রভু! নহাক ধর্ম্মলৈব শৈবনী। অদুগা ননাইবু মুসলমান ধর্ম্ম লৌ তাকপিরি?

শৈলেশ্বর—পাপ তৌরুবনা মীওইবনা শল ওইনা ফাওবা পোকঈ, নহাক্কিদী জাতি ওনবতনী, করিগী কিরি ?

অনীমক ওহাক ৱাঙাংদনা লৈরে। শৈলেশ্বরনা অমুক হায়—নরেন্দ্রনাথ! নঙ ঐবুদী থাজবরা ?

নরেন্দ্র—থাজত্রবদী ঈশ্বাগী থঙ, প্রভুনা কংথে ক্রম্মোইদবনী।

শৈলেশ্বর—অদুদ রা অম হায়গে ঙাও। প্রেম পায়বসি মুপী গিদী থরায়নী, মুপীদী লৈ ওইনা প্রেম পৃথীদা শাৎলবনী। প্রেম অদুনা কংলবদ মথোয়গু কলে। নীপাগিদী মতু নত্তে। নীপাগীদী আশা, অপুম্বা, অজ্ঞানবা য়াম্না লৈ। পক্রন জগৎসিদা থঙ্গী মতেং লৌদুনা মিংচৎ ভাঙ্গব লম্বী শেম্বা যাদত্রা ? মুপীগুম্ন নপ্রুনা পাঙ্তুম লল্লগত্রা ? নখোয়গী বঙ্গদেশদী বীর লৈত্রে, মিংচৎ লৈত্রে কায়ন ভাঙ্গ বঙ্গদেশতা চৎলো মিংচৎকী যুম্বী থিল্লু, নরৈবাক্কী মায়পাক্লবা সন্মান কেমবা থবক তৌরু। নোংশাগী লংম্নাউ লাউতুনা, নোংশাগী খোনা উত্তুনা নশাগী মিংচৎ ভাল্লু অসিগুম্ব অতৌবা উদ্দেশ্য অসিদা নথরায় বংথোকউ। থবক অসিদ নঙ্গী নকং শীরোইদৌব লাই লৈতে। বজ্র পাযব ইন্দ্র, ত্রিশূল পাযব মহাদেবনা শোয়দনা নঙ্গী নীংবা থুংহনগনী। জগৎ থুংনা কেংযরিব বায়ুদেবনা নঙ্গী মিংচৎ শন্দোক্কনী।

নরেন্দ্রনা—শৈব অহুবু মীৎকম হোংদনা য়েংদুনা লৈরে। নোংমা লান্দা য়াম্না হৈ-শিংব লাক্মী অম ওইথিবত্থুমুক মীওইবগী থম্মোইগী জ্ঞানদস্থ হৈ শিংঈ হায়বা উরে। হায়বদী মীওইবগী পূক্নীং থম্মোই মুম্না থঙলব শৈবনী।

শৈলেশ্বর—নোং-মুংশিংকী মখোল অদি তাও, নোং খাক্লিবসি তাও। অসিগুম্ব অহিং অসিদা নঙ্না ভগবান একলিঙ্গগী পুজা তৌব লাক্লি করিগীদমক? দেশগী থবক তৌগে হায়বগীদমক্লা? কয়ম্ব বীরগী রাশক্তা লাক্লিবনো? অচৌব থবক অম পাঙথোকে লাক্লিবরা? তোক্লী! নহাকুম্ব বীর অমনা কুপীমচা অম উনবগী-দমক অচৌব উদ্দেশ্য কাউথোক্লে? প্রেমগী চিন্তা থাদোকউ। থাদোকপা ঙমদ্রবদী প্রেমগী অসিগুম্ব কোঙ্গোইদা চঙঙ্ মাহুমা অচৌব থবক পাঙথোকপা য়াবা। নঙ্ নোংশানি নোংশা অমোমলো।

নরেন্দ্র—তাকপিয়ু প্রভু।

শৈলেশ্বর—থিয়ু। মাগী থরাইদগী নঙ্বু হেন্না মুংশিবা, অনা অয়েক্তী মতমদা সাবিত্রীগুম্না মঙগী সেবা তৌবা, লানগী মতমদা ভৈরবীগুম্না থাঙ পায়দুনা ননাক্তা লেপ্পা, মঙাই-য়াইফব মতমদা মুংশি-মীৎয়েংনা নঙবু পেলহনবা ঙম্বা অরাব মতমদা থোগৎ য়াহৈনা নপুক্লীং তেকথৎহনব ঙম্বা মুপী থিয়ু, থেংনরবদী যাবু লো।

নরেন্দ্র—জগৎ অসিদা অহুগুম্ব মুপী লৈরমগদ্রা?

শৈলেশ্বর—শোয়দনা থেংনগনি, উবা ফংগনী। নরেন্দ্র! ঐগী যোগ অরেম্ব ওইরোই। মুপী অহু কৈন্দ্রবদী ঐনা নঙবু লোকমুং অসিদা কৌবা অরেম্বনী। য়া অমগ তাখো। ঐনা হ'য়রিব মুপী অসিদী হেমলতাদগী হেন্না যানা নঙ্বু মুংশি। ঐ অহল ওইরবনি অহুবু মীওইবগী থম্মোইদা অমুক চেংপা প্রেম লৈ হায়বসি মমাঙদা থঙঙমদে। মুপী অসিদী নঙ্ উগ্রবরা?

নরেন্দ্র—ঐ নাংশিংদ্রে।

শৈলেশ্বর—ঙসি মতৌ্দা উগনী। ঐ চৎলে, চক্কু অসিদা মু ঙৈরবনী, মাহ্ থক্লগা ঙসি লোকহুং অসিদা তুম্মু। মুৎলি মুৎলি তৌব থাউমৈ অসি য়েঙু। অসিনা চাকপা পুমলোই হেক লোই-বদা নঙ মঙ মঙ্গনি। নঙনা উগদোয়িবী মুপী অহু জগৎ অসিদা খ্বাইদগী নঙবু নীংবীনি। নঙশুম্না থোইবী, চাউথোকপীনী। নঙগী মতৌকচাবী বীরনারীনা।

নরেন্দ্র—ঐদী পুমঙক ঙকখ্রে।

শৈলেশ্বর—বা অমগ লৈরি। য়ুম্না তাও। মঙ অহু মঙলপা মঙ হুয়েং অমুক লোকহুং আমদগী মপান থোকখ্রে। হুমিং হুম্নিগী মতম পীগে। হুম্নি অসিগী মহুংদা হুপী অসি লৌগনি লোয়োই অম লেপকদৌবনি। ঐনা হায়রবা য়ারবদি হুমিং হুম্নিগী মতুদা লাইবক্তা চন্দন অঙৌব হিন্নগা আমাবস্যাগী য়াচঙবদা লেকহুং অনিদা ঐগা উনগদৌবনী। কম্না অদু কংনবা উপায় ঐ হায়গে। লুহোংবা অসি য়ানিংগ্রবসু চন্দন অঙাংব হিন্নগা হায়রিব মুমীৎ অসিদা ঐগা উনগদৌবনী। নঙগী মতৌক চাব দতি পীরগা ঈ পাম্বী কালীমাতাবু পেলহনগনি। মাসিদা রাশকউ নজ্রবদী কালীনা নঙবু মঙ মঙহন্নোই।

নরেন্দ্র চঙক্লরে, অহুবু ইকাইহুনা অকিবগী মওংদী উত্তে। য়াম্না ঈংথনা হায়—"ঐ রাশকচয়ে। মুমীৎ হুম্নি লৈরগ। অমা-বস্যাগী সন্ধ্যাদা ঐ শোরদনা লাকচগনি। মাহুদা হায়বিবা অপুম্বা ঐ য়াজয়ে।"

শৈলেশ্বর—নহাক বীরপুরুষনী। রাশকপা হায়রবু নঙনা হায়রিবহুনা লোইয়ে। অহিংগী মুথক অহুম চৎগ্রে। ঐ চৎলে।

# বীণা পায়দুনা।

নরেন্দ্রনাথ ফনা ফুইনা অমম্বা লোকচুং অচুদা হৃদং হন্দা চত্তুনা লৈরে। মীরৈবাক্তা মথন্ত ওহোৎপ শৈথ অমগী মথুত্তো ত্তারে। অভাং ওইরিবৈঙ্গী চাম্বা, চুংশিনবা, যৌবনগী প্রেম লোইনা থাদোক্লগে লেপ্লে। নত্রবদী কালীগী মাঙদা থরায় ফৎপা। য়ায়া ফুইনা হৃদং-হন্দা চৎলে। শাথীরব চিত্তানা মাগী থম্মোই অচু অথকমথা ওল্লে।

থাঙৈম মৃৎকদোবচু উরদুনা শৈবনা হায়রম্ব অচু নীংশিংলক্লে, চফুদগী য়ু অচু লোইনা থক্তোক্লে। মকোক ঙাওরদুনা মৈ মনাক্তা তুমথল্লে।

শীং অচু মত্তোল অম থর চাকঈ, অমুক মৃৎলী, লোইনা মৈতাল ওইশিল্লক্লে। মৈতাম্না থর থর ঙানবদা মুঙগী মন্দির অমচুং মথা অচু শকওঙ অম ওল্লক্লে। নাচুদা অঙকপ জগোই উরে। নরেন্দ্রবু তুম্লিবরা, মীকপ থেক্লবরা থঙদে।

ঙহাক্তী মনুংদা মৈ পুম্মুং মৃৎল্লে। অমাম্লদগী ঈশিংগী মখোল ত্তাঈ। মখোল অচু ইশৈশুম্না ত্তাঈ অমমম্ব অচুদা মঙাল অম থোরক্লে। লোকচুং অচুগী মথাদগী চুঙজাও অমা কীম্বখিদুনা মচুংদগী অঙকপ ঈশৈগী স্থর অম অমুক থোরক্লে। নোংনা কুপ্লম্ব চুমীং থোরকপঙম্না মঙাল অমনা মকম অচু পুমঙাল ঙাল্লে, মথকতু পুমহাঙ হাংল্লে। মঙাল অচুদা কমচুনা বীণা পায়দুনা মুগী অমনা ফজনা

খোংলকই। নরেন্দ্র মঙ্ মঙ্লি। মুপী অমু ওম্হোক্না ফজগ্রে। অসিবু মীরা? নরেন্দ্রনাথ মুম্না য়েঙ্। শক অসি নঙ্ অমুক্তা ঊখিদ্রিবরা?

অরাপ্পদগী তাব ঈশৈশঙুম্না নরেন্দ্রগী নীংশিংবগী শক্তিমু অমুম খর খর হেন্গৎলক্রে।

কাশীগী লান, দিল্লী, দিল্লীদা অপ্সরাগী মঙ্, মুসলমান মুপী। বীণা খোংলিবী মুপী অসিবু লাইবকথীবী জেলেখারা? দিল্লীগী অপ্সরাগী অমুম্মু মঙ্ মত্রবরা? দিল্লীদা ঊখিবা মুপী মরাম অমুগী মরক্তা খ্যাইদগী অথোইবী অমু ওসি রাজস্থানগী লোকমুংদা শাংলবে। অনীমক মঙ্লা? দিল্লীদা মঙ্দা ঊখিবা অপ্সরা অমু ওসি রাজ-স্থান্দা অমুক উরে। অপ্সরানা মীগী প্রেম তাম্নরিবরা? শৈলেশ্বরনা হায়রম্বমু মীগী প্রেমগী রারা!

নরেন্দ্রগী চিন্তা তৌনব মতম ফংদে। অপ্সরাগী খোনাঙদগী খোরকপ ঈশৈ অমুনা লোকমুং অমু পূমনিদ নিনগ্রে। নরেন্দ্রগী থম্মোই ইরাং হোরে। জেলেখাগী বীণাগা ঈশৈ অমুগা তিম্নগ্রে। করাদ মুংশিগ্রব, থম্মোইশোকপ, তাবনা থল্লব ঈশৈনো? নরেন্দ্র মীৎকম হোৎদনা জেলেখাবু য়েংচনা লৈরে। ঈশৈ শক্না শক্না জেলেখাগী স্বর অমুক অমুক ফুল্লী, মমীত্তগী পি মতুম মতুম থজাইদনা চেম্থরকঈ।

মপুরোইবা নীংবী মুপীনা মপুরোইবগীদমক করি তৌবা ওম্বগে হায়বমু জেলেখানা ঈশৈ ওইনা শক্লি। থম্মোইগা থম্মোইগা তিমহনা, মীৎকা মীৎকা চায়হনা, মুংশি ঈয়া থীক্না মুংশি-ঈখৌদাংবা

কোকহল্লী। মুণ্ডাই—য়াইক মতমদা হনাউ-মুণ্ডাই মায়খোংনা লম্মীগী মশক লৌহনা মপুরোইবগী মুণ্ডাইবা হেক্তহল্লী। মাদগী মতমদা মীয়নায়ী ওইহনা মপুরোইবগী থম্মোইদা অশাব ঈ চেলহল্লি মপুরোইবগী পুক্লীং থৌগৎলী, অনৌব থৌনা হাম্মী। অরাব মতমদা অরাবা শরুক য়াহনা মপুরোইবগী সেবা তৌই, অরাবা কোদায় কোকহল্লী। মপুরোইবনা পুনশিগী অরোইব য়াহীপ্তা য়াতাগ্রবদা চিত্তাদা চোংশিন্দুনা মবুঙোগী ভুংইল্লী।

ঈশৈ লোইখ্রে, অদুবু নরেন্দ্রগী নাকোঙদদী লোইবা লৈত্রে। অমুক মুংশিব সুরদা অমুল্লা নোং থাকপগী খোনকমদা মাগী না-কোঙ্দা অদুমক লৈরে। জেলেখা মীয়া লাইরা? অমনু অমনু ওইরবসু নরেন্দ্রনা মাগী মশক অদু হল্লা হল্লা য়েংহনা লৈরে। হাল্লা উথিবদুগদী চপ মান্নত্রে, খর হেন্না কজরবা, খর থীবরা মাহুদী হায়বা ঙমদে। কুচু তাইরে রাবনগী। পাম্বোম্ খুৎ-মশা খর কং-শিল্লে, মীৎ অনীচু অরাবা উৎলী। কুইনা য়েংলব মতম লৈত্তে। অঙকপ ঈশৈ অদুনা লোকমুং অদু নীকখ্রে। নরেন্দ্রগী থম্মোই ঈয়াঙ লাঙখ্রে।

মপুরোইবা নীংবী মুপ্রীনা মপুরোইবগী মকমদগী করি পাম্বগে হায়বদু জেলেখানা ঈশৈ ওইনা অমুক শরুক্লে। প্রেমভিক্ষা নত্তনা ননাইগী থত্তোপ্প করি ভিক্ষা লৈরি? প্রেমগী উরী ওইনা নখোঙদা ভুজরি, মুংশি-ঈয়া থীকপিহনা ভেকথৎহনবীয়ু, লৈপাক্কা তাহনা লৈহনবীগনু। শাগৈ-মাতৈ মরূপ-মপাং অরাম্ম লৈবাক্কা হুন্দোক্লমহনা এনাক্কা লাকএ। মঙগী মুণ্ডাইবদা মুণ্ডাইজগে অরাবদা রাজগে অসি ঐগী পুনশিগী আশাদী। নংগী নরুমদা লৈজগে হিংলিউৈদ।

মাসি নত্তব তিক্কা অতৈ লৈজদে। পুনশিগী থাউটৈ মুৎলব মত্তমগনা মখোঙ্ কোন্দুনা মুংশিব মশক য়েংদুনা থরায় থাজগে। অসি নত্তব সতীগী করম্ব তিক্কা অম লৈরিবগে ?

ঈশৈ লোইখ্রে। মীংকী শিনা মায় অমত্ থবাক চামথোকখ্রে। নোংমা মুমিংকী মঙাল থুমজিনখিবঙম্লে। মঙাল লাকপ থোঙ্ অহু থিংখ্রে। স্বর্গগী মূর্ত্তি অহু থনজিনখ্রে। বীণাগী মখোল লেপখ্রে। হান্না তারম্ব ঈশিং মখোল নত্তনা অতৈ করিমু তাখিদ্রে। নরেন্দ্র তুমথুল হৃমখ্রে। অতৈ করি মঙ্ মঙখিবগে হায়বা অযুক্তা নীংশিংখ্রে। মীকপ থোক্‌ুনা হৌগৎলে, মুগী ময়াই লৈত্রে। মীং লোইর নোইরদুনা হৌগৎলে। থাঙ্ পায়দুনা মপান থোক্লে। নোংমা চামথোকপ্রব উরী-রারী অমম্নুং তিংখৌ অনৌব মুমীংকী মঙাম্না ঈরুং লংলে। উপাদা উচেকশিংনা ঈশৈ শক্লি অরাপ্পদা একলিঙ্গগী মুংঙৌনা শাব মন্দির মুমীৎ মঙ'ন্দা হায়নীঙাই লৈত্তনা নীংখিজরে। মন্দির মীনা শিক থল্লে।

## ২৫

## থাঙ্ পায়দুনা।

মুমীৎ হৃমি অহু রাথম্না নরেন্দ্র পোথাকম থঙদে। চিন্তানা হাকমন্দুনা মকোক অহু পুবা ওম্লক্তে।

শৈলেশ্বরনা হায়খিব অহু মহাক অমত কাউদে। হেমলতা অতোপ্পা মীগী মুপীনী। মাগী রাথল, মাবু থম্লবা, নীংলুবা হৌনব

থবক্লা ? নরেন্দ্রনাথ মহাক লাপ্পীনী। শৈলেশ্বরগী থাখং ইন্নু। থাঙ্ পাম্লছনা চোংখোকউ, অরেম্ব প্রেমগী চিন্তা থাদোকউ। মিচং তান্নু দেশগী কননবা তৌ। মহাক শৈলেশ্বর থাখং ওাকে হায়না লেপ্লে।

চহী অহমগী মতুংদা বাঙ্গলা দেশ রোমদা হুমা য়েংলকপদা মমাঙ্গী না মথং মথং নীংশিংলক্লে। হেমলতাগী না লোইনা নীংশিংলে। অঙাং ওইরিঙৈদা মাগা শাম্নমিনন্নম্বা। মহাক্না যূম থাদোকপা পুমীত্তা অংম্বদা মথত্ত লেপ্তুনা লৈহৌবা। অঙাং ওই'রঙৈদা হেমলতানা নরেন্দ্র নত্তনা কনা অম থঙদে। মাগী মনিপরেং অহু লংথোক্তুনা নরেন্দ্রনা পীব লৌক্লীগী লীক পয়েং অছুত মানা পাম্লা শিবা। নোংম নরেন্দ্রনা মাবু তাক্লমদনা হি ত্তোংছনা খুল অমদা চংলুবগী হল্লকপদা মানা লাইরিক ককা অমত্ত ত্তোদনা, চাকস্থ চাদনা মাগী কাদা মথন্দ চিন্তা ত্তৌছনা লৈরম্বা। অছুগা নোংমনা মপা তাক্লমদনা নরেন্দ্রগা মাগা তুরেল রাংম চংলুবদগী হল্লকপদা নবকুমারনা হেমবু চৈবা কুবা। নরেন্দ্রনা পুবনী হায়বদি হেমনা মপাদা তাকথোক্তে। পুম্নমক অসি নীংশিংলুবদগী থাঙ্বা ঙমলক্তুনা মন্দিরগী মাকন্দা মথন্দ বপ্তুনা লৈরে।

নরেন্দগী চিন্তা লোয়বা লৈতে। মাগী য়ূম লৈতে, দেশ লৈতে, মরূপ-মপাং অমত্ত লৈতে। হেমগী রাথত্তনা মহাক হিংলি, কোম্লনা চংলি। অছুবু শৈলেশ্বরনা মাগী রাথল থাদোকউ হায়রি। জগত্তা লৈরিব অরাবা পুম্নমক মহাক থাঙবা ঙম্মী। অছুদগী হোন্দাক্তুনা নারক্তা জঙ্গলদা শা কৈ মরক্ত চঙ্ছনা লৈবস্থ ঙম্মী। পুম্নমক ঙমলবদা মানা অমুক থল্লী—হেমলতা মীগী মুদি ওইরে। অছুবু নরেনগী রাথন্দা হেমগী শককম অছু অম ওইরে। নরেনবু

মামা কাউবা ওমদ্রি। অসিদা নরেন্দ্রনা হেমবু কাউবা ওমগদ্রা? নরেন্দ্র মুসলমান ওন্দুনা মুসলমান মুপী লৌথ্রে হায়বসি হেমনা. ভাখিবা! মাসিগী য়াখল অসি নরেন্দ্র পুবা ওমদে, থাঙ্বা ওমদে। মুপীগুম কণ্ডুনা পুনশি লেনগে। নরেন্দ্র বীর ওইনীংদ্রে। দেশগী চাওখৎপা! মুসলমান ওইরগা গিংচৎ কংলবয়ু, মুসলমান লৈবাকী, মুসলমান জাতিগী চাওখৎপনী। ঐগী ঈরৈবাকী ইজাতিগীদী করি ওইরে? লৌনম চাউব শৈব। নরেন্দ্রনা নঙ্গী পাউভাক লৌকম থোকপ্রা? হিন্দু নঙনা মুসলমান মুপী লূহোঙছ্ হায়না পাউভাক পীবা। নহাক বিধর্ম্মীনী।

অহুদগী শৈলেশ্বরগী য়া অম অমুক নীংশিংলে।

"নরেন্দ্রনাথ। নশা নথস্তবু মীনমগন্থ। জগৎকী মীত্তা উকুল চাইগনু। নঙনা ভানশিল্লীব পাপ অহু অমুক্তা মুয়া খনু।" শৈব অসিবু মীনম্বা ঙাংব্রা? মীগী মুপীবু নীংলুবসি পাপ নত্রা? শৈবদী অশেংব মরুপনী, নরেন্দ্র! নঙগী পাপ, নঙগী দোষ ভাকপিবনী। মাবু নিন্দা তৌরুগনু। নরেন্দ্র কারিমত্ত মেন তাবা ওমদ্রে।

ফুমীৎ ছুম্নি গুরে। হায়নব মত্তমগী মাঙজোননা হুম্মিত্তব অহিংদা লোক অহুগী মচীন্দা নরেন্দ্র লেপ্পুনা লৈরে। ওহাক হৃদৎ-হৃন্দা চৎলী, অমুক লেপ্পুনা লৈ। খুত্তা থাঙদী পায়রি।

ওহাক লৈরগ। শৈলেশ্বর লাক্লে, নরেন্দ্রনাথবু আশীর্ব্বাদ তৌই।

শৈলেশ্বর—"য়াশক্লেদনা?" নরেন্দ্রনাথত্ত খর চীংলেয়া খোন-কমদী য়াক্লপা খুম্মী "য়াশক্লে।" অনীমক লোকহুংদা চঙখরে।

নহালদৌনা লোকহুং অহু থাউমৈ ঈভাল ওাম্না থালম্মী।

মৈঙাল অহুদা নরেন্দ্রবু উবদা শৈলেশ্বর ইঙক ওক্লে। নরেন্দ্রনাথগী, লাইবক, খজাই, লেংবান, পাম্বোম, থবাক মরক চন্দমা পুমঙাং ঙাংখ্রে।

শৈলেশ্বর—"পাপী! মীগী চুপীগী রাখল থাদোকপা ওমথ্রে?"

নরেন্দ্র—"মীগী চুপীগী রাখল তৌদে।"

শৈলেশ্বর—পুনশি অসিদা হেমলতাবু অমুক য়েঙঙরোইগ্রা?

নরেন্দ্র—মাহু রাজয়ে, য়েঙঙরোই।

শৈলেশ্বর—অদুদী পাঙল চুপী অহুবু লুহোঙবা য়'রেদনা?

নরেন্দ্র—মপোক অসিগী ওম্মোই।

শৈলেশ্বর—ওহাক ফুমিন্না কৈরগা হায়ইরকই—অদুদী রাশক ঙাকও, থাঙ থাদোকউ, কালীগী মাওদা নথরায় থারগদৌবনী।

নরেন্দ্র—ঐগী রাশক্তী ঙাক্লেনা। ওসি উনসি হায়দুনা লাকলিবসিনী।

শৈলেশ্বর - মূর্খ! নোংশাগী মকোন্দা লাক্লগা হিংগনি নীংলি-বরা? হৌজিক নঙবু কনানা কনগনি?

নরেন্দ্র - থাঙ অসিনা।

শৈলেশ্বর না ঙাংদনা লোকচুংগী কাচিন অমদগী মহাক্তী থাঙ লৌথোকলুরে। উদয়শ্বরদা তৌখিব অহুগুম্না মবানী লান তৌনরে। নরেন্দ্র নহান্নুক্তগী ওসিনা য়াম্না চেকশিন্না কম্না হোৎনৈ অহুবু কায়দে। শৈলেশ্বরনা মীকুপ অমগী মচুংদা মাবু ওমহনা থাঙ যুক্লে; নোকনা হায়—"ঐগী কোক অসি পুজাদদা তৌখিবা নত্তে। রাজস্থান হায়ব লম অসি অকনব পোকপীনী। অহুবু লানগী

মতমদা শৈব গোস্বামীশিং অসি মতীক-মথৌনাদা রাজস্থানস্থ শীংথানরিবমী।

নরেন্দ্র—ঐ কন্নিমত্ত কিদে। নঙন তৌনীংবা তৌ।

শৈলেশ্বরনা থৌরাং অম পুথোরকুনা নরেন্দ্রগী মথুং অনী অদু কয়া পুনশিল্লে। কয়া পুনবদুনা মথুংকী শিংলি চোংথোকই। নরেন্দ্র কন্নিমত্ত ওাংদে। মহাক তৌখিবা অদুগুম্না মচানবান মনাক্তা চদু অম থমদুনা মু থকউ হায়। নরেন্দ্রসু থকই। গোস্বামী মপান থোকখ্রে।

মুগী নেশানা নরেন্দ্র লৈপাক্তা তুরে। মমীং অদু ঈমম্ মমখ্রে। মী অনী মা ওাংনবগুম-কন্নিগুম হাইকেং তারম্মী। তানা তানা অদুম তুমথখরে, অদুদগী ক্ষরি তৌবা কন্নিসু মীংশিংদ্রে।

নীংখিনা তুমদে। অহিংচুপ্পা মঙ মঙী। অদুপা অমুকস্থ মীকপ থোকই। তুমগুম তুমদবগুম তৌদুনা কন্নিমত্তা মেন তাদে।

ওকাক লৈরগা নহান্নুক তৌবগুম্না মঙাল অম ফাওরকপগুম তৌই। মঙাল অদুদা মুপী অদো চংওক্লে। অদুবু ওসিদি জেলেখা ঈশৈ শক্কে, বীণা পায়দে থাঙ পায়।

অকিব শককম্নী, মমীং অনী অদুদগী মৈরি থোকপগুম তৌই, মচানবান চীকই। শাউবনা মমায় অদু ঈমুক ওাওঙী। খুত্তা শৈবগী থাঙশাং, থবাক্তা ছুরি অথৌবা অমা। নরেন্দ্র ঈওক ওকখ্রে। লাইবক্তা হুমাং অর-অর চেল্লী। হৌগংকে হেংবৈ। মঙদা হুরগা হৌগংপা ওমদবগুম্না চেনবস্থ ওমদে। হৌগংপস্থ ওমদে।

মুপীদু থাঙ পাদুনা মদুংদা চওক্লে। অমুক লেপ্পী, অমুক নরেন্দ্রদা মুম্না য়েঙী। খুত্তগী থাঙ অদু তাখ্রে। জেলেখা মক

লুকখহুনা রাখল ত্তৌঈ। অহুদগী ছুরি অহু পাররে; নরেন্দ্রগী মথবাক মপাদা থম্মী। অহুদগী রাখল অমুক ত্তৌঈ। ছুরি অহু মথুক্তগী ত্তাখ্রে। সুগী অহু তপ্পা তপ্পা চৎখ্রে।

নরেন্দ্র লৈবা ওমখ্রে। লাউছনা হৌগৎলগা কমলে। মশা অপুম্বা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে। কোক ত্তাওরমম্ম করে। মান্না তপ্পা লোরুংদগী মপান খোরক্লে। মোংম্ম ত্তানগদৌরে। নোং-পোকলোমদা ত্তাংলি ত্তাংলি ত্তৌরক্লে। মুৎলি মুৎলি ত্তৌব থাউ-মৈগুম্না থরাম্বিচাক অমনীদং উই। অমুকী মুংশিং অঙৈংবা শীংলি। হৈনম-লৈনম কাওরক্লে। নিকুঞ্জবন্দগী উচেক অম অনী ঈশৈ শক্লি। নরেন্দ্রম্ম মন্দিররোমদা চৎখ্রে।

## ২৬

## শ্যামনগরগী লান।

হায়ব্রিব খৌদোক অসিদগী কয়া কুইদনা রাজা নশোবন্তসিংহ মাগী খোঙমী লাম্মী পুহুনা আওরঙ্গজেবকা অমুক হন্না থেংনগে হায়রহুনা আগ্র'রোমদা যাত্রা ত্তৌরে। নরেন্দ্রনাথম্ম তেজোল অহুগা লোয়ননা রাজস্থান থাদোক্লে।

নরেন্দ্রনাথনা মতম থর উদয়পুরদা লৈরিঙৈ অসিদা আগ্রাদা লানগী খৌদোক অম খোকখি। আগ্রাদা সম্র'ট লৈত্রে নিংথৌ পাত্রে। মাতুগী রাকম অহু শয়পা হায়কম খোকঈ। ইতিহাস থংব কাওবগী থাদোকপিবম্ম রাই।

মচীনমনাওশিংগী লানগী অহানবদা বারানসীদা সুলতান সুজা অহুগী তুংদা উজ্জয়িনীদা যশোবন্তসিংহ মায়থীরে। মাসি ভাবদা সম্রাট সাজাহানগী মচানীপা অহল দারা য়ায়া শাউহুনা লাম্মী লক্ষা অম হেয়া পুহুনা লান যাত্রা তৌরে। চম্বল তুরেনগী মপান্দা শিবিরি শাহুনা মোরাদ অমসুং আওরঙ্গজেব ঙাইহুনা লৈরে। মথোয়না তুরেল য়াংমদা থুংলরে। মোরাদনা তুরেল লাম্থোক্তুনা লাম থেং নসি হায়রে। হৈশিংব আওরঙ্গজেবনা মাহু তৌদহুনা দারাবু ঙাও-হনগে হায়হুনা মকম অহুদা শিবির হন্দোক্লম্লগা লোয়া তুরেনগী অতোপ্পা মকম অমদা তেঙ্গোল অপুম্বা লান্থোংক্লে। আগ্রাদগী ক্রোশ ৭।৮ লাপ্পা যমুনা মপান্দা শ্যামনগর কৌব খুন্দা শিবির শারে। য়েক্রবনা চম্বল লাল্লক্তুনা আগ্রা মনাক্তা যমুনা মপান্দা শিবির শারে ভাবদা দায়া ঙকপা থেংলে। খুদক অহুদা মাগী তেঙ্গোল পুহুনা যমুনা মপান্দা হায়রিব খুল অহুগী মনাক্তা শিবির শারে।

শ্যামনগরগী লানগী ফলনী ভারতবর্ষগী সিংহাসন। পক্ষ অনীমক লান তৌব হঙ্গোইহুনা সুমীৎ মরিনী মায়োক্লহুনা অহুম লৈরে। সুমীৎ মঙানি শুবদা লান হৌরে। দারাগী ওইঁদা রাজপুত রাজা রামসিংহ অমসুং ছত্তরশাল নীপাথোকপা উৎলমলগা থরায় থাগ্রে। দারাগী য়েংলোমদা কালীউল্লা কৌব মুসলমান সেনাপতি। মাদী আওরঙ্গজেবকী শেলচাব মীনী। মাদী লান চণ্ডে। মমৈদা আওরঙ্গজেবনা জয় ওইরে।

হৈশিংব আওরঙ্গজেবনা লানফমদা কালীউল্লাবু মতীকচাব সন্মান উৎলে। মোরাদপু ভারতবর্ষগী সম্রাটনী হায়হুনা মথরায় হয়াউহল্লে।

দারাগী মচানাপা সুলৈমাননা বারাণসীগী লানকমদা সুজাবু মায়থীবা। পীরগা হন্নকপদা মপা মায়থীবগী পাউ তারে। মাগী ইমুং পুহনা কাশ্মিরদা চেনখ্রে। থুনমক আওরঙ্গজেবনা লৌশিংনা পাঙ্গলনা ছলনা আগ্রা মখুৎ চনশিল্লে, মপাবু বন্দী তৌরে। সাজাহানগী মচানুপী অনৌগী মনুংদা রোশন আরানা হীরম পুন্নমক্তা পাউ পীদুনা আওরঙ্গজেবকী মতেং পাঙগী। মচানুপী অম জাহানারানা শক্তা গুন্দা হৈশিংবদা রোশনগী হেল্লী। সম্রাটনসু মাবু হেন্না চাল্লী। মহাক্কী দারাগী ফননবত্তমক হোৎনৈ। অদুবু আওরঙ্গজেবকী লৌ-শিংদা পুন্নমক মায়াথীবা কংলে।

আগ্রা লৌরব তুদা আওরঙ্গজেব দিল্লী যাত্রা তৌরে। লম্বীদা মথুরাদা মোরাদপু বার্তোন তৌরে। য়ু থকচিন্নগা জগোইশাবী ঈশৈ শকপী ফজবীশিং অদু উবদা মোরাদ গাওরে। ময়াম অদুনা মাবু ময়াঈদা থমলগা কোয়শিল্লে। মোরাদ গাওবা হেক্তিন্নক্তনা ফজবী অমবু কোনবদা জ্ঞান তাদনা তুরে। মাসি থোক্লবা আওরঙ্গজেবনা শীল্লিবনী। অহিং অদুদা মোরাদ কৈগুমশঙদা থম্লে।

অদুগী মতুংদা আওরঙ্গজেবনা নিংথোগী শেকপিন মকোক্তা খানগৎলে। দারা সিন্ধু তুরেলোমদা চেনখ্রে। বঙ্গদেশতগী সুলতান সুজা তেন্দোল পুহনা অমুকহন্না লানগী ফিজোন্দা থোরক্লে। রাজ-স্থানগা যশোবন্তসিংহ চোপথিবনু কাউত্রি। মহাকসু তেঙ্গোল পুহনা চোংথোরক্লে।

---

## আগ্রা।

সুমীৎ কয়ানিরোম কোয়রগা যশোবন্তশিংহগী ভেলোল আগ্রা য়ৌরে। আওরঙ্গজেবগী মতীক মথৌনা মপা লৈত্তে। মহাকা মায়োক্নরুনা লান ভৌবা যশোবন্তগী মতীক নত্তে। অদুনা মহাক তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈরকই। আওরঙ্গজেবকী মরূপ শাদুনা মাগী য়েক্লব অচৌব অম আগ্রা নগর চঙ্‌ঙ্খ্রে।

যমুনাগী নীংথিজবা অমস্তুং আগ্রা সহরগী ফজবদী হায়দুনা লায়দে। হুঙ্‌ অঙৌবনা শাব, নীংথিজনা য়েকথোংলব জগত্তা ফাও-রব তাজমহল। মনাক্তা শংবায়ব যমুনা। আগ্রাগী অচৌব লানবন। মাদুগী মনুংদা নীংথিজরব মতি মসজীদ, দেওয়ান খাস, দেওয়ান আম, রংমহল, শিশমহল। হায়রিবশিং অসিগী মরক্তা অমত য়েংবদসু ওক্লবনী। আগ্রাগী কজব করম্না থাগনি? আগ্রাদ অমুক্ত চত্তুনা য়েংনীঙাই ওইব পোংশকশিংছু য়েংলুবা চুম্মী।

মমিংচংলব ময়ূরসিংহাসন্দা ওসি সম্রাট আওরঙ্গজেব ফম্মে। দলানগী য়ুম্বী পরেংদু অঙাংব ফিনা লৈত্তেংলে। অঙাংব ঢাকন, লৈপরেংগা লোয়ননা য়াম্হুরি। থোরকপদা ঙায়রিব সুমীংকী মঙাল্লা য়ৈবদা ওস্থোক্লা নীংথিজরে। মায়কৈ মরিদা মহারাজা, রাজা, ওমরাহ, মনসবদারনচিংব ভারতকী শীথাব য়াব মীয়াম, ইনাকখুনব, মতীকচারব মীয়াম মাগী মাগী মতীকচাব মফমদা ফমদুনা স্নাকোমুংবু ইন্দ্রপুরীগা মান্নহল্লে।

দলাল (শঙ্কাই) গী মমাঙদা পাক-চাউরবা শিবির অম লৈ। শিবিরগী মায়কৈ মরিদা লুপাগী যুহীনা ঈরং-লংলি। মথক্তা খি অহু লংনা ঙাক্তৌ, মসুংদা মসলীপত্তনগী ছিট অয়াংবা। মাহুদা ঊরী অমসুং লৈ ফজনা য়েকই। অয়েংবশিংনা শিবিরগী মাকতা লৈ শাংলিমাল্লে খল্লী। লৈপাক্তা ফজরব লৈ লোনব গালিচা। লৈশিং অহু চাৱব লৈ ওইরবোই নীংহুনা খোঙনা নেৎকদৌবা হুদোইরে।

মাহুগী মপান্দা লানবনগী লৈপম (চেকপম) ফাওবা কিরাল, মখোঙ অমসুং লৈ পরেংনা লৈতেংঈ। লান্মীশিংনা পরেং নাইনা লেপ্তুনা লানঙম্-ঈশৈনা পুন্নমকী পুক্নীং থৌগৎলি। চুমীৎ মঙান্না মখোয়গী নোংমৈ মমাম ইরং লঙঙৌ। থর লাপথোক্লগা ইংরাজ, ফরাসি অমসুং ওলন্দাজগী লান্মীশিংনা য়াম্না তোঙ্গনা নোংমৈ থারি। অরাপ্প দেশতগী ভারতবর্ষদগী মনি খোমলুয়গনী হায়বদী পৈশা তাল-লুরগনি হায়হুনা লাকপ মখোয় অহু সম্রাটকী তলব চাহুনা নোংমৈ মখোল্লা সম্রাটকী জয় শন্দোক্লি। লানবনগী মপান্দা নগরগী মসুংদা অমসুং মায়কৈ মরিদা লম্বীদা, ঘাট্টা থোঙ্গান্দা যমুনা মপান্দা মী মপৈ মপৈ নীংথিব ফীজোল শেত্তুনা লাক্লরি।

মমাঙৈগী চংনবী মতুংইন্না আওরঙ্গজেব সনাগা খল ওল্লে। মকোক ওইব ওমরাহশিংসু অহুন্না ওল্লে। ওমরাহ, নিংথৌ মনসব-দার খুদীংমক সনা, মুক্তা অমসুং হীরা নজর পীহুনা সম্রাটপু পেল-হল্লে। জগোইশাবী ঈশৈশকপীশিংনা জগোই ঈশৈনা অঙম-অখো পুন্নমকপু পেলহল্লী। সাজাহান্দী মখোয় অসিবু মতম পুন্নমক্তা

মনাক্তা থম্বা পাম্মী, ঙম্মী। অতুগা বেগমমশিংগী ময়ুমদম্ম পুই। হয়াউ কুম্মৈ পামদব অওরঙ্গজেবতা মাতু কয়া পামদে। মুঙাইব মুমীত্তদা মখোয়বু কৌঈ।

অতুগী মথংদা লানবনগী নোংপোক্তা ছায়বদী যমুনা মপান্দা মঙ্গবুদ্ধ অমম্মুং থাঙ্. ছাইনবনচিংবা মখল মথা অয়াম্বা লানগী কুম্মৈ হৌঈ। শঙ্গাই মথক্তগী বেগমশিংনা উননবা মকম অসিদা তৌ-রিবনী। মবৈদা ময়াই কারব শামু অনীগী লান হৌরে। মরক্তা খুম্হপ অনী রাংব লৈপল অম থম্নগা নাক অনীদগী শামু অনী মাহুত্তনা খৌমুনা শোক্লহল্লে। যমুনাগী নাক অনীদগী মীয়াম লাম অসি য়েঙঙী। মনাতোনগা ময়াগনা ফুনবদা শামু অনীমক্তা মকোক অমম্মুং মশা ঈহো হোপায়রে, ঈতৎ তংনরে শামু খুদোংগী মাহুত অনী অনী লৈ। শামু অমগী মাহুত অম তারে, শামু অতুনা মখোঙনা নেক্তুনা হাত্তোক্লে। অত্তোপ্প পক্ষগী মহুত্তকিম্ম অম্মম তৌনা মথুং থুদেক্লে। ময়াইবকথীবশিংনা পুনশী অসিদা থাশা লৈত্রহুনা শামুগী লান তৌরম্মী। শেল পাম্বদগী মতু-মচাদগী বিদায় লৌরগা লাকঈ। কনা কুইনা লান তৌনরবা তুংদা শামু অমনা শামু অমতুবু ওমম্মুনা লৈপল অতু নমথেক্তুনা মাবু তাম্নে। মখোয় অনী অতু থাই-দোক্লব ছায়বদী তোকহম্নবা মৈ থাতুনা হোংলৈ। অতুবু শামু অতুনা তোকপা লেপ্পা তৌদনা শামু অমতুবু তাম্নে। মমৈথংদা মায়থীবা অচেনবা শামু অত ঈয়োইহুনা যমুনা লানথ্রে। লম্বীদা থেংনব মী অম অমীম্ম হাংলম্মী।

অসিগুম্ম অঙাংনা তৌগদৌব মুশিংহৈত্রব কুম্মৈ অসি উবদা মুঙাইত্রহুনা নরেন্দ্র মকম অতু থাদোক্তুনা যমুনা মপান্দা চংথিহুনা

মীৎ-মায় তাখোক্লে, মখোঙ-মথুং হামদোক্লে। অহুগা ফজরবা উ অমগী মখোঙদা তুমলুরে। মফম অহু য়াম্না ফজে। চাউরব তম্যাল প্যাম্বী অমনা মুংশা মঙাল খজিল্লী, উথক্তা উচেক অমনীন মুংশাগী মৈশামা য়ারক্ননা য়াম্না নৌথনা মুংশিনা খোংলি। ঙ অহুগী মনাক্তা ফবর অনেৱ অম লৈ, অয়াম্ব মফমদা মুঙ্ অহুম্ব ঈকাট কাঙ্গীরে। ফবরগী নাকল অমদা পারস্য লোন্দা য়াকৈ খর ইরি, মাতুগী অর্থনা —"মরূপ। ঐগী মিং খঙঙ্বা কায়দে। জগত্তা ঐ অসি লাইবক থীব, য়ারব অমনী। নঙস্থ নরাইবকথীব, য়ারব অমনী। মঙস্থ মরাইবক থীব অম ওইরবদী ঐগীদমক পি মরীক অমত্তং শিঙ্গো।" লিরি লিরি শীৎপ যমুনাগী মুংশিৎনা মফম অহু ঈংহল্লি। যমুনানা য়ারা লাইনা চেল্লি। নরেন্দ্রনাথ তুমথক্লে।

নরেন্দ্রনা মঙ্ অম মঙী। মঙ্ অহুদা মথক্তা হায়ল্লিবা মোংফম অহুদগী অশিব মী অহু অমুক হিজৎলে হায়না তৌঈ—মাহু মুসলমান মুপীনী। মমায় অহু অশিব মীগী তাইকেৎ তাইব কুচুনী। মশীৎম্ব য়াম্না কূৎলী, ময়াঙস্থ কংঈ। ফবরদা ইরিব মরেক-শিং অহু ঈশৈ ওইনা শক্লে। অরাবগী ঈশৈ অহুদা নরেন্দ্রগী মীত্তগী পি তাই। পাঙল মুপী অহু ঈশৈ অম অমুক শক্লে। খোনফম অহু নরেন্দ্রনা হায় খঙব খোনফম ওইনা তৌঈ। জেলে-খাগী মখোল মাল্লী। জেলেখা মথামক ফবর অহুগী মথক্তা ফমহুনা ঈশৈ শক্লি।

নরেন্দ্র মীকপ খোক্লে, য়েংবদা ফনা অমত্ত লৈতে। জেলেখাগী ঈশৈদী অজিগী মমাঙ্দা মানা তুম্লিঃওদ। অহুম মশ্লিরক তাক্লে। নরেন্দ্রগী থম্মোই জেলেখানা চিংশ্রবরা? নরেন্দ্রনা শিহুনা য়েংবদা

থেংনরে খম্মোইদী হেমলতাগী ওইহৃনা লৈ। জেলেখাসিবু মী নত্রবরা ? অহৃদী মীগী প্রেম পাম্লবদী কল্পিগীনো ? অস্তুম থম্না থম্না কবর মনাক্তা চঙশিন্নক্লে। কবরগী নাকল অমদা জেলেখা মশামক লেপ্তুনা লৈরম্বা উবদা নয়েন্দ্র ঈঙক ওকখ্রে। ময়াঙ কঙঙী, কুচু তাইবন্থ উবদা কবর মন্নুংদগী অশিবহু হিঙংলক্লবোই নীংঙৈ। কুচুদী তাইরে হায়ববু লিংজেন্দী থানা উই। শাউনা মচীথান চীক্তুনা নরেন্দ্রদা মীংচিনা য়েঙঙী। থবাক্তা থৌরব ছুরি অমন্থ য়াওরি। অবাবগী ঈশৈ শক্লম্ব মুপী অহুবু অসিরা ? মাঙ্গে।

জেলেখানা নরেন্দ্রবু লাকউ হায়দুনা ইঙ্গিত তৌবমগা মাঙ থাখ্রে। খর চৎলগা লানবনগী মন্থুংদা চঙদুনা নিংথৌগী শঙ্গাইগী অমম্ব কা অমদা চঙলে নরেন্দ্রস্থ তৌকম খঙদহৃনা মতুং অহুম ইল্লী। ইমুংগী অমদা অহুদা মুপী অহুগী ওস্থোকপ মূর্ত্তি অহুগা থবাক্তা ছুরি য়েপ্পহু উংদা হায়—“নঙ কনানো ঐ খঙদে, ঐদী নিংথৌগী শঙ্গাই চঙনব য়াথং ফংদে।”

শঙ্গাই চঙবগী য়াথং লৈত্রবদী ঐনা নঙবু লাকউ হায়দুনা কৌরম্মোইদৌবনী হায়না জেলেখানা খুম্মী।

নরেন্দ্র— অহুস্থ নঙ কনানো হায়বা ঐ খঙদে। নঙগা চৎমিন্নয়রোই।

জেলেখানা কল্লপ্না হায়—শিবা কিত্রা ? ঐনবু হাৎকে মীং-লবদী ঐ তাতার মুপীনী। নহাক্না ছুরি অসি শীজিন্নবা য়াবনী। হৌজিকস্থ নোংমৈ অসি শীজিন্নবা য়াত্রা ? অসি হায়রপা কিন্থুংদগী নোংমৈ পুথোক্তুনা নরেন্দ্রগী থম্মোই মপাদা থম্নগা অমূক হায়— নোংমৈ অসি য়াত্রব নোমৈ নত্তে, ঐনা খুদোম্বীদ থংপদা নঙ

শিবা শোয়দরবনী। অহুবু, ছুরিস্ন নোংমৈস্ন থাদোক্লবনী। মথুন্তা করিস্ন য়াওঅব ছুপীগা চৎমিন্নবদী বঙ্গদেশগী বীর অমগী থোইনা কাঈদ্রেদনা।

জেলেখানা থাক্লা মোকপদা ইমুং অহু পুমনিল মিন্নী। শাউবনা নরেন্দ্রগী মমায় ভাঈ, য়া ভাংদন জেলেখাগী মতুং হন্নী। থর চৎলগা জেলেখানা কি থর পুখোরক্লগা হায়—"মাসি শেংচিন্নু।" নরেন্দ্রনা লৌহ্নুনা য়েংবদা ভাতারদেশগী ছুপীগী কিজোল ওইরম্মে। জেলেখাদা মুন্না য়েংহুনা লৈ। জেলেখানা অমুক হায়— থীনগন্নু, ঐখোয়না চঙকপ থোঙ্ অহু লোনশ্রে, মায়কৈ মারদা খোজাশিংনা থাঙ্ শন্তুনা লেপ্তুনা লৈরে? মাসি বেগমশিংগী শঙ্গাইনী, নীপানী হায়ব হেক থঙ্বদা নঙ্ হৌজিকমক হেক্তা হাংপ্রগদোবনী। জেলেখানা হায়বহু অচুম্বনী। অহুনা মহাক ভাতারদেশ ছুপীগী কিজোল অহু শেংচিন্নে। জেলেখানা মশম অহু শেম্বীনগা মায়থুম কৃপশিনবীরে।

নরেন্দ্র জেলেখাগী মতুং ইন্দুনা য়ুম লম্বী য়াম্না শমহুনা লাক্লে। থোঙ্ খুদীংদা খোজা অমমম থাঙ্ পায়হুনা লেপ্লি। নীংথেমগুবী ময়াম হঙ্গৎহন্দা চৎলি। জেলেখা উবদা লোইনা থোঙ্ থাদোকঈ।

বেগমশিংগী কোন্নুপ অহুদা লাকপদা নরেন্দ্রনাথ ফজ-ফজব পোৎ মশীং নাইদনা উরে। মুঙ্ অঙৌবনা চনব কা, য়ুম্বী, মাঙ্গোন চেকপন অহুদা য়েক খোৎলিবহু অঙকপা ফঙী। বেগম খরনা হঙ্গৎহন্দা চৎলি, খরনা লৈ হেক্লি, খরনা ঈশৈ শক্লি। ভসিদি মুঙাইব মুমীৎমীনা কোন্নুং অহু জগোই-ঈশৈনা নিন্নী।

ময়াম অসি হেন্দোক্লুমা নরেন্দ্র অতোপ্প মফম অমদা লাক্লে। মাহুদা সম্রাট অওরঙ্গজেব বেগমশিংগা পচিশী শান্নরি। পচিশীগী কা অহু হুঙেন্ডৌনা চঙ্লী, য়াম্না প্‌াকঈ। কজরবী হুপী অমময়া পো অমমম ওই। পোদী তোঙান তোঙানব মচুগী ওইবা ভাই অহুনা হুপীশিং অহু তোঙান তোঙানব মচুগী ফিজোন শেংলী।

অহুদগী য়াম্না কজরব বায়ান্দা অমদা লাক্লে। মাহুদা শরৎকী থাবলনা পুক্লী'হুনা কজরি, মথক্তা শংগ্রিক শবে অতিয়া, মথাদা যমুনানা ত্রোং ত্রোং লাউনা চেল্লি, মথক্তা হি অম অনী ভাউরি। মথায়োম থংবদা তাজমহলনা থাবল অহুদা পুক্লীংহুনা নীংথিজরি। বারান্দাদা মী লৈতে বেগম অমতং বীনা পায়হুনা ঈশৈ শক্লল্মী, বায়হুমা হুঙতৌ অমদা যোন থাঙ্‌হুনা তূম্নল্মী। যমুনাগী নামিব হুংশিংনা মনিমুক্তা য়াওরব, থাগী মঙালনা লংলব বেগমগী শম অহু চিংহুনা শান্নবগুম উই। বারান্দাদা লেপ্লুনা নরেন্দ্রনাথ মফম অহুগী কয়বা ময়াম অহু উরগা নরেন্দ্রগী থম্মোইদা অনৌ অনৌব ভাব পোক্লকঈ। লাপ্পা লৈহৌরব বাঙ্গালা লৈবাক অমস্তুং হেমন্ন নীং-শিংলকঈ। আকাশতা য়েংহুনা হেমলতাগী রাখল তৌনা তৌনা মায়কৈ অমরোমদা চৎখ্রে।

অহুদগী নীংথিনা লৈতেংলব মফম অমদা লাক্লে। মাফোল অমদা কৈথেল কাগ্নি। অরৈবগা অয়োনবগা মপৈ মপৈ হুদংহুন্দা চংলি। কৈথেল অতৈগা মাসিগা থেম্নবদী মানিদদী হুপী ভাক্তনী। য়োল্লিবনা ভারতবর্ষগী মকোক ওইব মহারাজা, রাজা অমস্তুং ওমরাহ-শিংগী ইবেম্মশিং—অরৈবনা সম্রাটকী বেগম।

চহী খুদিংগী নয়োজা মুমিত্তা দিল্লীগী সম্রাটশিংনা বেগমগী কোমুত্তা বাজার অমুক অমুক ফমহল্লী। ভারতবর্ষগী অচৌ অচৌব মুপীশিংমা বাজার অসিদা পোৎ লৈবা লাকঈ। মচাম্নুপী ফজবী অমম্নুং মখোয়গী মুপী-ফজবী লৈব ওমরাহ অমম্নুং নিংথৌশিংমা বেগমশিংগা খঙ্নহন্নবা মখোয়বু থারকই। নীপাগী মঙ্গুংদগী সম্রাট মশাত্তমক য়াওঈ। চৎনবী মঙ্গুং ইম্না মুমীৎ অসিদা আওরঙ্গজেবন্থ অসিগুম্ব বাজার অসি ফমহল্লী। মশ.মকন্থু বেগম অম অমী লোয়নজুনা দোকানশিং অছু কোয়েং, য়েঙ্ঙী। মচীনমনাউশিংগী মান্দা অওরঙ্গজেবকী মচদ রোশানারা আওরঙ্গজেবকী মতেং য়াম্না পাংখি, আগ্রাগী অরোনব পাউ মথৈ মাম। আওরঙ্গজেবতা খঙহল্লী। হৌজিক্কী আওরঙ্গজেবনা জয় ওইরবনীনা বাজার অদুগী মঙ্গুংদা রোশানারানা মচাউরে। মচল জাহানারাদী দারাগী মীওনী, অদুনা ঙসিগী কুম্মৈ অসি য়াওদে।

নরেন্দ্রনাথনা কুম্মৈ অসিদা য়াম্না নোক্নীংব মতাং অমম্থু উরম্মী। সম্রাটনা য়াম্না মশক মতৌ ফজবী মোগল কন্যা অমগী মফমদা লেপ্লেং অমম্নুং সনা হৃৎপ কি থয় মমল হুম্নরম্মী। মমল ভা'নবদদী অমীছু শিংবা চপমান্নগ্রে, অমনা অমবু লাকচরে। পৈশা অম হেন্দোকনা হোঙ্গনগী দমকন্থু য়াম্না লাউনরে। আওরঙ্গজেবনা হায়—"নঙ্গী পোৎ অসি ফত্তে, নঙ্ মরামদা উৎ চাইবা লাক্লিবনী।" মোগল লৈশাবী অদুনা হায়—"নঙ্দী অসিগুম্ব পোৎ অসিদী অমুক্তম্থু উরিরোই, অসিগী মমল নঙ্ করম্না খঙগনি?" নহাক পোৎ অসিগী মতীক চাদে, মকম অমদা চৎলু, নঙগা চপচাবা মমল য়ামদব পোৎ

ফংগনী।" অস্মুনা য়াম্না য়েংননরব তুংদা মমল তুপ্লে। অরেবনা পোৎ অচুম্বা মমল পীরিবনী হায়দুনা শোয়দুনা লুপাসী মহুক্তা সনা পীথোক্লম্মে। অস্মুম তৌদুনা পোৎয়োনবা লোইয়ে।

অঙকপ কৈথেল অসি কন কুইনা য়েংলে। অচুদগী জেলখানা হায়রবা মতুংইন্না নরেন্দ্র "শিশমহল" চঙ্লে। মাদুদা অমুক অঙকপ ওাক্তা উরে। মহল অসি সম্রাট অমস্তুং বেগমশিংগী ইরুজনবা শাবনী। মুঙ অঙৌব মপাক্তা ঈশিং চেল্লি। মাদুদা য়েকলিব অচু য়েংবদা ঈশিং মথাদা ওা ময়াম শাগ্নরিবগুম উই। মায়কৈ মরিদা ঈশিং পেরেশিং অচু কম্না কাপথংলি, অচুদগী মুক্তা মপৈ তারক-পদৌনা মুঙ মথক্তা তারি। মথক্কী থাউমৈ পরেং য়াম্বরি। মচু মথল মথলগী থাউমৈ ময়াম অচুনা য়ৈবদা ঈশিং অচু ওস্থোক্লা ফজরে। মায়কৈ মরিদা মিংশেলচনব ফক্লাং লৈ, মাদুদা ইরুজব কাওবুনা মখোয়গী শকফম অমস্তুং মঙং-মতৌ উই। সম্রাটনা বেগম-শিংগা ইরোইবা অমস্তুং শান্নবা য়াই।

অতোপ অতোপ্প লৈবাক্কী রানী অমস্তুং অচৌ অশাং মুপী ময়াম ফিল্লী। মখোয় অয়াম্বনা শিশমহলগী ফজব অচু য়েংলম্মী। জেলখানা নরেন্দ্রগী মথুৎ পায়দুনা মিংশেল অমগী মনাক্তা পুশিল্লগা অচুদা য়েংউ হায়। নরেন্দ্রসু অহায়বচুদ তৌই। হেক য়েংউবগা মহাক মুঙগী মূর্ত্তিগুম লেওথিল্লে, মনীৎ কুপ্লে। নরেন্দ্রনাথ অনাব হৌবরা, মঙ. মঙলিবরা? অনীমক নত্তে। উদব কুইপ্রব, থম্মোইদা ইয়াংলিব মুংশিরবগী মকশিল্লব মায়থোং অচু উরে। নরেন্দ্র কদাইদা লৈরিবনো থঙজ্রে, মশা মথন্ত মকম থঙজদ্রে। নরেন্দ্রগী

মীৎ, নরেন্দ্রগী অ্যান পুময়ক মিংশেল্দা উস্লিব মুর্ত্তি অহূদা চঙ্কখ্রে। মাগী জীবন মঙ্‌গুমখ্রে। হেমলতাগী মূর্ত্তি, শককম অহূদী মীংশেল্দগী চখোকখ্রে। অ্যান তারকুনা য়েংবদা মূর্ত্তি অহু উবা ফংজে, মায়কৈ মরি পুম্নম মমখ্রে। হেমলাতাগী প্রেম অহূন্ন মমিত এইহোৌরে। মহাক্না মমি অহুবু তামরি।

অহুদগী মায়খুম খুম্বী রাজপুতকী ফিজেৎ-শেৎপী মুপী অমা খংউ উরে। রাজপুত মুপী কয়ামকমগা লোয়নহুনা শিশমহলদগী মপান খোরকঈ। নরেন্দ্র মাগী মহূং অহুম ইল্লে। মুপী অসিবু হেমলতার'? নরেন্দ্র খঙদ্রে। অহুবু মাগী থম্মে'ইনা চিংব মায়কৈদা অহুম চংলে। মুপী অহুগী মায়কৈদা য়াম্না তোঈনা যেঙত্তী, মনাক্তা অমুম চঙশিল্লী। অহুবু মাগী খুদোম্বীগা শাওং-শাদাদগী হেম্না উবা ফংদে। মায়খুম্না খুমজিন্দুনা মায়থোং অহুম্ন উরে। নরেন্দ্রন' লৌশিং তোহ্নুনা মাহুগী খুদোম্বী অমুক্তং শোকে লাক্লে। অহুবু মানা হোৎনবা মহৈ য়াত্রে, মথুং অহু নীক্লে। থম্মোইদা থুতূম্না তুই। লাইবক্তগী হখাং তাই। মাগী থুং অহুবু অমুক্তং শোকহৌরবদী স্বর্গ কাবমুক মুংঙাইপনি খনবনী।

মুপী অহুগী মমিং হংগে নীংবনী, অহুবু নরেন্দ্রগী খৌনাউ ফুল্লে। ম'গা লাক'মমবী রাজপুত মুপীশিং অহুগা লোয়ননা মুপী অহু বাজার অহু থাদোকখ্রে। নরেন্দ্রনা মতুং অম্নম ইল্লী। মপান্দা দোলায় ময়াম লৈরম্মী। মুপী ময়াম অহু মাগী মাগী দোলায়দা কাখৎখ্রে। মুপী অহুম্নু দোলায় কাখৎকে তৌরে। মহাক যমুনা অমম্নুং অ'গ্রাগী কোম্নুং অমুক্ত উ'ত্রমাল্লে। দোলায় কাখ'ত্রিবৈওদা তুরেল অমম্নুং কোম্নু'লোমদা য়াম্না মুম্না য়েংভী। যমুনাগী মুংশিংনা মাগী মায়খুম অহু কর কয় হায়দোকপহুদা নরেন্দ্র মুম্না য়েংশিল্লী,

নিংদোন পীং পীং চোওঙী অহবু মমাম অছু উবা কংহোৎল্রে। রাজ-পুত-ফিজেৎ-শেৎপী অহ দোলায়দা অহুম চংঙ্গে।

অসিবু হেমলতারা? শাও-শাদা, শাজৎ, খুদোম্বী অছু মুমা য়েংচুনা নরেন্দ্র মথক থঙলে। খুৎ অনী অহু অমুক্তং পাম্বগা মাগী থবাক্তা থমগে হাবচুনা নরেন্দ্র পাইখংলুরে। মহাক শোয়দে হেমলতানী। অহুদী আগ্রাগী বেগম মহলদদী কমদৌনা মৌবক্রিবা? কন্নিগীদমক রাজপুত্তকী ফিজেৎ শেৎলিবা? প্রেম্না মীৎ তাওচুনা কনাবু হেমলতানী খম্ভায়বনো? নরেন্দ্র কোয়চৎ চত্তুনা মাম অহু কারিগী তাম্বরি?

হেমলতাবু ঐখোয়না বীরনগরদা থনমগা মতম খায় শানা নরেন্দ্রগা কোয়করে, বীরনগরদা অমুক্তং চত্তুনা হেমগা উনকাস।

## ২৮

## মচীম্মনাউ অমদী মবুং-মপা নুংশিবা।

বীরনগরগী জমিদারগী চাউরবা দলান অহুগী নাপন্দা ফজরবা, পাক্লবা বন মচা অম লৈ। মাসি লান্দুনা তোর্ষাম্ব চংদী। বম মচা অসিদা নরেন্দ্রগা হেমলতাগা অডাং ওইরিবৈওনা কোম্বচেন চেংম্দুনা শামরম্মী। তুরেল মপাল অসিদা মখোয় অনী শামৈ নোকচী কপ্পী। অমুক হৌনা নোক্তুনা বন অসি লুডাইবনা র রা লাউ-রম্মী। ও'সদী মী ওইবগী লুখলব চিত্তানা অমম্বুং য়ুম্বানবগী থবক্না অডাং ওইরিবৈগী হরাউবগী অমম্বুং নোকপগী খোজেল অহু মাঙ্গে।

নরেন্দ্রনাথ পাইখ লৈরে. মাগী কনম্থ লৈজরে, লৈবাক খুদীংদা কোয়না চৎলি। মকুবোক শিঙ্গেলগী শ্রীশচন্দ্র জমিদার ওইরে, হেমলতা ও মগী মুগী মচা মরে, জমিদার অনৌবগী যুবপুবী মুগী ওইরে।

মাচওব মতমদা বন মচা অহু শমত্থনা মুপী অনী খাট্টা চৎলি। অমনা হেমলতানী, অমনা শ্রীশচন্দ্রগী মচে লুপ্রাবী শৈবলিনীনী।

হেমলতাগী চহী তরামতা ওইরনী, মশা প্যাম, নোঙ্গ বাশী লৈ। মমীৎ অনীমু কজে, পীগুম অনী মুংশি, চীম্বাল পিশক পীকঙ্গ, খজাই অনীচু ভঙাং ভঙা ঙ মায়খোং লাভঙী কদে। অহুবু মশাদা অমমুং মায়খোংদদী যৌবনগী কজবা অমমুং খম্মোই মকালাম্বা উদে। কজরব লাইবক অহুদা, হুম্বনা লৈবা মমীৎ অনীচুদা, চীম্বাল্দা, মতম চাদনা চিন্তাগী মযি লৈবগুম উই। যৌবন হোরকপগী নীংথিজরব মঙাল অহুগা মথক্তা পুনশীগী সন্ধ্যাগী মাম তাপে। হেমলতা অরাব-নংবগী নত্তে অহুবু চিন্তা পুবীনী। যৌবনগী নীংথিজব অহুদী লৈ, অহুবু যৌবনগী মক্ক শীংবা, খর য়-হকচাং মকালাম্বা অহুদী উদে লৈতে মাহুবু লৈরবদী নীপা য়'ওদবা, মুপী মমামবী ভাকগী মরক্তা অহুক য়ম্না হুম্বন মকলুক্কা চৎলে যৌবনী। হেমলতাগী পূক্নীংদা অরাবদী লেতে, খম্মোইদী য়াথম্বা লুম্ম তপী খাঙবা হে। পোমালব লেদা ভীল চঙবদী নত্তে, কৈহাউ বাৎপনা পাম্বা অহু খয় মরাও কওঙী, য়াম্না তদেক তদেক উদে হেমলতাগী পুনশী আস মুমাংখোকপগী অরংবদা লৌচল থাংবগুম তৌই।

শৈবলিনীগী চহী কুম্মঙা তারে। শৈবালনী লুপ্রবীনী। মশাদা যৌবনগী মতৌদী লৈরে। মরেপ য়াংঙ, মগুণ লৈ। মকোকী

অমুব শম অহু মনজন্দা ভাই, লাইবক তাবা কৈ মায়খোং অহু কজে, লেপ্পী; নুঞ্জবীগী অভৌব কি শেংলী। হেমলতাবু মনাউ অতোম্বীগুম চান্নী, লুনা তৌই, মুংশিনা রারি শাহুনা থাট্রা চংলম্মী। শৈবলিনীগী পুনশী নোং লৈতব মুংশিং শীঙব রাংঙবনী, ঈঙঙী, ভম্পী।

অঙাং ওইরিঙৈদা নরেন্দ্রনাথকী মশক উরগা হেমলতাগী মথরায় মুঙাই। যৌবনগী হৌরকপদা হেমলতাগী থম্মোইদা নরেন্দ্রগী মকম লৈরম্মী, মাহু হেমলতাদী খঙদে। অহুবু মাগী পুনশীদা নরেন্দ্রনাথ অহুম য়েঙ্গনা লৈত্রে। নরেন্দ্রগা মাগা কায়নব মতমদা, মাগী মপা শিবা মতমদা অহুগা অতোপ্পা নীপা অমত্তী সহধর্ম্মিনী ওইহুনা নরেন্দ্রগী শককম মাগী থম্মোইদগী ঈস্থাকপা তাবা মতম অহুদতা মুংশিবা (প্রেম) হায়বসি করি পোংলো হায়বহু মহাক খঙঙী। মতম অহুদদী মাগী থম্মোইদা তীং শোকপ অরাবা ক'ও'থ। য়ান্না চম্ম মুপীমচানী, লুহোঙবদা ঙায়রি, মাগী অরাবা অহু কনাদা হায়রুপনি, কনানা মাহু উনগনি। অহিংচুপ্প তুমদনা হেমনা নরেন্দ্রগী মমক কপ্পী। মাহু কনানা উগনি, কনানা ভাগনি! অম্মা থা করামরুম রানা লেপ্লে, পুনশীগী থাংমৈ মূংথিগদোবগুম তৌরে, ফজরব জগৎ অসিদা হেমলাতাগী থোযদানা লৈকম লৈত্রে।

শৈবলিনী চহী মঙাদা লুপ্রা ওই। মকুবোকী ময়ুমদা লৈ: মরক মরক্তা মপ্ন ঙেংবা লাকই। মহাক য়ান্না শিংই। বীরম-গরদা অমী অহুমলক লাকপদা হেমলতাগী পুক্লীংগী ভাব থর থর খঙলে। মানা ভশেংনা খঙলে মাহুদী "মুপীমচা অসি ঐনা চেক-

শিন্না শেম্নত্রবদী ঐগী ইপ্‌াগী য়ুং অসি নীংথিনা পান্নরোই” অহুদগী মহাক বীরনগরদা অহুম লৈগ্রে।

শৈবলিনীগী সুংশিব লমচৎ ব্যবহার অমসুং থেমজিনবগী রাঙাং অহুনা হেমলতাগী অরাবা থরগী মথৈ কোক্লে, য়াংলে। মহাক মী-ওইবগী লীচৎ, পুন্নীং নীংথিনা খঙজী। মহাক হেমবু অমুক কাওবা চৈদে। মনাউহুগীগুম থেম্বদা থঙজী। মাগী সুংশিব রাঙাং অহুদা কনাগী থম্মোই পেৎলোইদগে কনাগী অরাবা কোক্লোইদগে ? শৈব-লিনী অসি রারী লীবা য়াম্না হৈ। ইত্তত্তনা হেমলতাদা পুরাণগী রারী লীবি। শেংলব পাপ লৈত্রব মচান অহুদগী শেংলব রারী অহু তাবদা হেম তুম্বা কাউঈ। থেঙলব অহিংনি, শূক্রব বন্নী। মায়ৈক মরিদা উ পাম্বীনা ঈমম মন্না উগ্রে। অকনব নোংসুংশিংকী মথোল, অমসুং শা-কৈগী তমথীব মথোল নত্তনা অতৈ অম তাদে। নিংথৌগী মচানুপী দময়ন্তীনা ওসি লাইবকথীবীগী ফিজোন্দা মপু-রোইবগী প্রেমনত্তনা মাগী পুনশীগী লাইনীং ওইহুনা লন, মান মর্য্যাদা পুন্নমক লাঈনা থাদোক্কুনা চাক্কিবীগী ফিজেত্তা কোয়না চৎলি। মবুঙোনা থৌরাংলব মতমদা খুজোক্কা ইশিং শোক্লুরগা পুরকঈ, মবুঙোগী ফি লৈত্রগা মাগী ফি অহু পী; মবুঙোনা রাম্নব চোক-থরব মতমদা মতম্পাক্ত মবুঙোগী কোক থাজৎলগা মানা তুমদনা কমহুনা লেল্লী। মপুরোইবনা মায়াগী লাংনা কুপথিহুনা লাইবক-থীবী অসিবু হুন্দোক্কুনা চৎপ্রব মতমদস্ত মপুরোইবগী রাখল নত্তনা অতোপ্প রাখল অম থল্লুবা লৈতে। মপুরোইবগা অমুক উনথিনি হায়ব আশাত্তনা মাগী পুনশীগী থাংমৈ মূৎথিদে। মহর্ষি বাল্মীকিগী থাংপোক্তা পুনশীচুপ্পা অন্নাবত্ত শক্সক ওইরবী জানকীনা চুবা মেত্তুনা

মবুক্তোগী রাখল তৌরি। মমাঙদা মচা অনী শাম্লরি, মচা অনীবু অমুক য়েঙ্তৌ, শ্রীরামচন্দ্রগী রাখল অমুক তৌঈ। মাগী লমচত্তা অমকপা লৈত্রবী নিংথৌগী মচানুপী, নিংথৌগী রানী অহুবু পাম্বে লৈত্রবী অম ওইহন্দুনা মপা রাইশংত্রিংঙদা তান্থোকপিরক্লব মুংশি হৈত্রব মপুরোইবা অচুগী শককন্থু থম্মোইদা চেৎনা কোন্দুনা থম্মী। মপুরোইব নীংবগী কয়া লংঙ্গ্রব থুদক্লো ?

আহংগী য়ুথক অহমক্কাওবা হেমলতানা ধর্ম্মচেনবী মনম্মগী মাক্তা কমচুনা পুন্যগী মশক ওইরব রারীশিং অসি তাই। অরাবগী রারী তারপা থম্মোই মথকমথা ওন্দুনা মনম্মগী থম্মোইদা মমায় পকশিন্দুনা মপি অর-অর তানা কপ্পী। অমুক মমায় চাইগত্তুনা রারী তাই অমুক কপ্পী। মামা থল্লী—"সংসার অসিদা পুন্নমক রাব তাক্লী, পুন্যচেন্নবী সাতা রাঙ্গী ধর্ম্ম চেন্নবী লাকিত্রী রাঙ্গী। ঐনা রারিবসিনা করিগীনো কনাগীদমক্লো ? ঈশা ইথত্ত রাজবনি। মথোয়দি পুন্যচেল শেংলবীনি, মপুরোইবনা মথোয়গী লায়নীং কইরবী তাক্লী। হেমলতাদি ওসি কাওবা নরেন্দ্রগী রাখল তৌরি, লাইগুম্বব মপুরোইববু কাউথোক্লে। ঐদী পাঙ্গল লেজত্রবীনী। ভগবান ; ননাইগী সহায় ওইবীয়ু। পাপকী রাখল থম্মোইদগী লৌথোকপিয়ু।" অসি থনবদগী মমীত্তগী মপি চঞ্চল চহুম তারে। শৈবলিনীমা মাবু মতম্পা কলোমদা অমুক কোনশিল্লী।

শৈবলনীনা মুংশিনা লুনা তৌগা, থেঙ্গা, অমস্তুং পুক্লীং কাজিনবীবদগী হেমলতাগী মপুক্লীং নোংম মোংমগী ঈংবা হেল্লক্লে প্রেমগী ওমথীবা তাশোল অহু মাগী থম্মোইদগী চৎখ্রে। মাসি য়োক্ল-ক্লিবসি য়াম্না রানা হোৎনজরকপদগিনী। হোৎনজমদী কংলে অহুবু

যৌবনগী পুক্নীং অমস্তুং থন্নায় মকালাম্বা, অকিব লৈত্তবা হায়বচুমদী লৈত্রে অচুবু চিন্তাগী মশক-মমিদী অচুম্মক লৈহৌরে। ঙসিদী মহাক য়াম্না য়াব মীশক হায়বচুদী নত্রে, অচুবু মশাগী কোম্নরকপা ওইনা পুংশুক হুংজানৈ, মোল্লী অমস্তুং মমায় হাইগত্তে।

হেমলতাগা শৈবলিনীগা মখোয় অনী মতম লৈব খিবিক্তা নরেন্দ্রগী য়ারী শাই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা শৈবলিনীনা নরেন্দ্রবু ইপ্‌বা কৌই, হৌজিক্তী হেমন্ত মাবু মবুং ওইনা থত্রে। মবুং উদবদা, মবুংগী অয়াবদা মচম্না চিন্তা তৌবা হায়বসি মরেক্না ভাবনী ঃ হেমন্ত নরেন্দ্রগী দমক থল্লী অচুগা মাগী থম্মোই হায়ওম্না য়ামনা লাঙবচুদি তৌত্রে। করি করিওম্বদা য়াচঙব মত্তমদা হেমনা বন মচা অচুদা মথম্তা চম্বনা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী য়া নীংশিংলবা, ভাগী-রথীগী তেরোং তেরোং লাউব মখোল তারগা লৈচিল থাংজব শংবায়ব অতিয়াদা থোক্লিব মপুং ফাব থা উরগা, কুপ্পবম অচুদা কমচুনা মানা অঙাং ওইরিঙৈদা হায়খিব ময়াম অসিগা লোয়ননা উথিব সুংশিব পোৎশক নত্রগা মীশক অচু নীংশিংলক্লবা অচুগা মমীত্তা ঊরা চেম্লক্লবদী লাইরিক পারিব কাওবুনা, মাসি মবুং-মপ্‌বা হুংশিবগী থুদম্নী হায়না থনবীয়ু অমস্তুং ভাকপিয়ু। ওইরিমোইত্রা হায়বচুদী থওত্রে, হেমলতা মশাম্ব থংজত্রে। অতোপ্প ভাব মচেৎ অমত্তং য়াও-রবস্ত মন্নাইবকথীবী হেমবু ভাকপিয়ু। ভাব অচু মাগী থম্মোইহুংদগী ভকথোকখিনবা হেম য়াম্না হোৎনজরে, য়াম্না থাওজরে য়াম্না কপচরে। মানা হোৎনজবনা ভাব অচু লৈখিত্রে। মাগী থম্মোইগী কাচিন্দা থজিক্তং লোত্তনা লৈহৌবা থোক্লবস্ত মন্নাইবকথীবী হেমবু ভাকপিয়ু।

২৯

# পুরাণগী ৱা।

ঘাউগী হন্নক্লগা হেমলতাগা শৈবলিনীগা ইমুংগী থবক উখ্যাং পুম্নমক লোইথোক্লে। মখোয় অনী কা অমদা ফম্মিন্নরগা হেমনা হায়—"ইনন্মা ৱরী তাদবা য়াম্না কুইরে, ঙসিদি থবক খিত্তং হাং-লিত্তে অসিদা ৱারী অম তাসিনা লীবিগেরা?"

শৈবলিনীনা হংশিনা হায়—লীদবদিকো, করি ৱারী লীয়ুগে?"

হেম—হরিশ্চন্দ্রগী ৱারী লীবিয়ু।

শৈবলিনীনা মহারাজ হরিশ্চন্দ্রগী ৱারী লীবা হৌরে। মহা-ভারতকী হংশিরবা, থুন্নব, অমৃতগা মান্নরব থম্মোইদা তং তং পানব ৱারীনি। নিংথৌ অসিগী লৈবাক চৎখ্রে, লম, মান লোইনা চৎখ্রে। হুপীপা মচাগা পুন্না বন থুদোংদা কোয়চৎ চৎলে। হৌজিক নিংথৌগী লৈহৌরিব লল হায়রবু মহারানী শৈব্যাত মতাম্নরে, মমল নাইত্রব মনিনী। হুতাইব মতমদসু অরাব মতমদসু লেংদবনী। করা কম্না হায় কয়াম্নু শাউঈ। জীবনগী আকাশ অসি মোংনা হুপশিন্নকুনা হুতাইব পুম্নমক কোজোলওমা তাকখিহনা মরূপ মপাং পুম্নমক্না ঐখোয়বু থাদোকপা মতমদা লক্ষ্মীনা ফাওবা মায়ওনথোকপ্রব মতমদা পুক্নীং অনী লোঙদনা কনানা ঐখোয়গী সেবা তৌবী? মমা মতনা কনানা লাইববথীবশিং অচুগী কমুং-কাম্নুং শেঙ্বী? মচানুপী নত্তনা কনানা অনাব মপাবু ঊশিং ইনবগে? সুপী (মতু) নত্তনা

কমানা তুষদ চাংপুনা, চাদ-থকুনা, মতং পুম্নমক্তা মনাক্তা ফমহুনা সেবা তৌবীবগে ? মপুরোইববু গুড্ডাইহন্নবগীদমক মথৱায় কাওবা কংথোকই। হুপীগী প্রেম মপান নাইদে। অমাব খুদো থীব মত্তমদা মশাগী কৰিগুপ্ত অমত্ত থন্দনা, য়েংদনা হরিচন্দ্রগী সেবা তৌঈ। অরাবগী য়ারী অসি ভাবদা হেমলতাগী মনীত্তা পে তরং-তরং চেন্নে। অরাবসি অমুক হাপকংলক্নে। নিংথৌনা শৈব্যাগ মচাগ য়োল্লে, মশামকন্থু চন্দাল অমদা য়োল্লে। লাইবকথীবী শৈব্যা মবুঙো কায়নবগী অরাবা পুহনা য়ায়া য়ানা মমামচাগী মপুক থম্বা হোৎনৈ। অরাবগী মথক্তা অরাবা। মতম চাদনা মচাসু শিরে, শৈব্যা খাওবা ওম্মক্তে। মনম্নগী থম্মোইদা মকোক থমহুনা হেম হীক্রা হীক্রা কপ্লক্নে।

য়াম্নী লোইরে, নিংথৌনা মাগী রানীগা মচাগ অমুক ফংলে, লৈবাক সিংহাসন লোইনা অমুক ফংলে। হেমলতাসু ঈংথরে, পোথ রে। ওহাক মথোয় অমীমক তুমিম্না লৈরে। হেমলতানা মীহুখোঙ হাংদোক্নুনা য়েংবদা থাবম্না পুংবা থোক্নে, নামিব হুংশিং হুম্বদা উ-য়া পুম্নমক থর থর নোম্নি নোম্নি তৌরি। গঙ্গাগী ঈশিংগী য়া-য়া লাউব মথোল তাঈ।

শৈবলিনীনা তপ্না তপ্না হেমলতাগী মনাক্তা চওহুনা মখুৎ অনী অহু পায়শিল্লী। হেমলতানা থল্লৌ—উগী উনাশিং অসিদা তন্দল ময়াম তোংলি, মথোয় অসিসু থমায়-পানবা জীবনী। হরিশ্চন্দ্রবু অরাবদগী কনবিব ভাগবান অহুনা অহিং অসিদসু তৌলশিং অসিগী মচৌজাক হুল্লি, মথোয়গী নীংবা থুংহল্লি। পাক্লব সংসার অসিদা মহাক্না পুম্নমকপু ঙাকপিরি, কনবিরি। মহাকপু পূজা তৌসি, এইথোয়বুসু মানা কনবিগনি।

হেমলতানা চুপীমচা ওইবগী ঊতিংতিংবা ভাবতা হ ঊ :—
ইমম্মা ! অছুক খোঁজাল হৈব ইবুঙো মহাক্না ইমম্মবু অমুক নহা ওইনা লুপ্পা ওইহল্লিবসি কারননো ?

শৈবলিনী—মী পুম্নমক চপ মান্নবা হুডাইবা য়াবা নত্তে। ঈশ্বরনা এবু লুপ্পা ওইহল্লে, অদুবু য়াবদী য়াহন্দে। লাংগুম ইপ্পা পীবি, নঙগুম্ মরম ওকপী অমা ঈচল ওইনা পীবিয়ে। এগী অবাংপা, অমাবা করিস্ন লৈতে, নীংবা থুদবা করিস্ন লৈতে। এনা হৌজিক নীংলিবা হায়ববু অমুক্তং তীর্থ কোয়রুনা পূজা তৌজবা অসিতগী।

হেমলতা—এখোয় কাশী বৃন্দাবন চৎপগী য়াম্ন লেপত্রিবরনে ?

শৈবলিনী—লেপ্লে, এনা হায়বদা শ্রীশম্ভু য়ায়বনি। য়াম্না থুনা চৎলগনি।

হেমলতা—ইমম্মগা তীর্থ চৎমিন্নগনি খনবদা এ ওম্মোক্কনা হুডাইগ্রে। লৈবাক কয়া তীর্থ কয়া ঊগনিদো। নরেন্দ্রনাথম্ন নোং-চুপলোমদা লৈ হায়না ভাঙ্গ, মাম্ন ঊনবা য়াই।

শৈবলিনী—"ঊনবা য়াই" হায়রম্নগা খিস্তং খঙ্গানৈ। অমুম ভৌরিদৌদা কা অদুদা শ্রীশংন্দ্র চঙকই। শৈবলিনী মাবল অম-য়োমদা চক্ষুনা মপাল থোকখ্রে।

শৈবলিনীনা খল্লিবছু করিনো ? শৈবলিনীনা খল্লী— হেম ! মঙনা এবুদী লুপ্পাবীনি লাইবকথীবীনি হায়রি অছুপ' ছপী ওইবী অমনা খাঙবা ওমন্ত্রবদুদী নঙদী খাঙলি। মাছুগী চৈন্নানা নঙগী থম্মোই কায়রে, পুনগী কংলে। চহী অছুক নৌরিব নহাক্না অমুক কংশিন্না অমুক কিবম হুন্নুনা শূকখনা লৈব ঊবদা এগী থম্মোই

কায়রবনী। নঙ্গী খঙ্খোইদা চিন্তা লৈখদো মায়খোংদগী কাওই। মাসি নঙ্গী মবুঙো অসিদী অঙদে। নঙ্গু অঙাংনীনা চিন্তা অদু লৈগদ্রে থঙ্গ। মরেপ্পগা উনরগা করি ওইপদগে থংদ্রে। ভগবান। নঙ্গা শিল্লিব ওাকনী।

## ৩০

## তীর্থ চৎপা।

হেমলতা হরিশ্চন্দ্রগী বারী তাবদা রায়বদগী মবুঙোগী মায়খোং উবদা পুম্নমক কোকত্ত্রে, চিন্তা লৈতরে। শ্রীশচন্দ্রনা হুংশিনা হেমগী মথুং পায়দুনা হংঙি:—নঙবু "নথরায় হুডাইতবরা?"

হেমনা—"করিনু তৌদে হুডাই" হায়না খুম্মী।

বা মথা ভানত্রিতৈদা শৈবলিনী ইমুং চঙরে, কিদা থাদুনা মৌপয়াবু চাক পিজরগা মনাক্তা কমদুনা হুমাই হুম্মী। হেমলতা মপান থোকপ্রগা থোংজীন মরুমদা মবুঙোনা চাবা য়েঙলী।

মচীন-মপরা বারী কুইনা শারে, শ্রীশচন্দ্র চাকচাবা লোইরে। অহিং খেঙজিল্লরুদুনা মাসু তুম্নবা থৌমাং তৌরে, শৈবলিনীসু চৎত্রে।

অদুদগী হেমলতা তপ্পা তপ্পা মবুঙোগী নাক্তা চঙ্কখা য়াম্না কোইনা পান পীরে। ওসি শ্রীশচন্দ্র মথবাম খয় হুডাইদুনা কাপি তৌরকই:—"ঐ পান চারোই।"

য়াম্না লাওতরবা হেমনা হঙলী—"করিগিনো?"

শ্রীশচন্দ্র—নঙবু মীনাইনা অদুক কিনা পান পীরিবদে?

হেমলতা মমার লুকথম্বগা খুম্মী—অহুদী কমদৌ হায়রবগে ?

শ্রীশচন্দ্র মথুং পায়শিল্লগা হায়—নওব্রু অত্থম অরাব ফিবমদা তুকথহুনতা লৈরগদ্রাও ? করম্বা মতমদা হরাউ-হরাউ লৈবা উপদগে ?

হেম খুঙ্কম থঙজে। মবুত্তোদা অমুক য়েংঙ্গৈ অহুদগী মমার অমুক হৈহু। শোল্পা হায়—ঐগী হকচাংদী করিম্ব তৌদেমা।

শ্রীশচন্দ্র—হোয়, ঈশ্বরগী কৃপাদগী নশাদী থম্ব কনা উয়ে। পূঙ্গীং মুত্তাইনা উদে। নওব্রু করম্ব হুমীত্তা মুত্তাইনা উপদগে ?

হেমনা মবুত্তোদা য়েংলমলগা মমার অমুক দূকথহুনা য়ান্না তথা হায়—"পূঙ্গীংদদী অরাবা করিম্ব লৈতেনা" হেমলতানা হায়রিবহু অচুম্বনী, মাগী অরাবদী করিম্ব লৈতে। থরায় মুত্তাইবা হায়বহুদী মাগী মন্নাইক্তা থোক্তে।

হেমবু তাকপা অরাঈব থবক মত্তে হায়বদি শ্রীশচন্দ্র উয়ে। মমৈথক্না চঙঙী—নওনা মোমোন নোকপা হায়বহু কৈদৌঙৈ উপদগে ?

হেম—খুম্বা ঙমজে। লৈথাদা য়েংহুনা লৈরে। অহুদগী মা অম থংনীং নীংশিংলক্তুনা হন্দকী হাইকেঙ্গং থোক্লপা হায়—"মহাক্না য়াশকপা তাকপা হুমীং অহুদা।"

শ্রীশচন্দ্র—করিগী য়াশকপা ?

হেম—তীর্থ চৎপগী।

শ্রীশচন্দ্র ঈকাইয়প তৌই। হেমলতাগ শৈবজিনীপমা হায়জবদগী তীর্থ চৎকনি হায়হুনা মানা হায়খিবসি কম য়ামলে। হৌজিক কাওবা মাহুগী করি অমত্ত লাঙত্রি। ঙহাক হুমিন্না লৈরগা হায়—তীর্থ চৎলগা নওগী নশা কগনি, মনবু মুত্তাইগনি হায়রবদি ঐ থোয়দনা চৎকনী। হয়েংদগী লাওবা হৌরনি।"

হেম য়াম্না হয়াউরে, মহৌশানা থর ইকাইথীবনীনা য়াদী অমত খুম্বা ভমহৌত্রে। হেমলতা য়াম্না হয়াউরে শ্রীশচন্দ্রনা মশক য়েংবদা অহুম থওদে। মাহু য়াম্না থুডাইরম্বনা হেমবু মনাক্তা চিং-শিন্নগা চুম্নী। অহুগা অমুক হায়—হয়েংমক তীর্থযাত্রাগী থৌরাং তৌরগনি, থেঙেঙ, নওহু চাক-ঈশিং চানবা তৌরুরো।

হেম থোকখ্রে, চাকচাবা চৎখ্রে। শৈবলিনী হেমবু ভাইরম্মী। মথোয় অনী চানিররে। চাবা লোইরম্বনা মথুং-মথা হাযদোক্লগা মবুত্তোগী কাদা চওখ্রে।

অহিংগী য়ুবক অনী য়ৌবন মতমদা হেমলতা মবুত্তোগী ভূকম কাদা চওদি। যৌবন হৌরকপদা ভায়রিবনী। অহবু যৌবনগী ঈরাং, যৌবনগী ঈহৌদো কদাই! মবুত্তোগী কাদা চওবিহুনা ভুম্নিব মবু-ত্তোগী মনাক্তা হীমুরে। ভুমীৎচুম্না নোম-থোংদুবনীনা হেক্তমক ভুমখ্রে।

অসিগী মতুংতুইদনা শ্রীশচন্দ্র মাগী ইমুংগা লোংচুপ লোম্বদা যাত্রা তৌরে। গয়া মপাল্দা লৈরিব তীর্থ পুম্নমক দর্শন তৌরবা তুংদা মথুরা অমসুং বৃন্দাবন য়োগে থন্দুনা আগ্রাদা থুংলে। মখম অহুদা অচৌ অচৌব হিন্দু নিংথৌশিংগা য়ারী য়াতাই কয়া শাম্রে। নিংথৌ অমনা তকপদগী নিংথৌ অহুগী ইমুংগা শ্রীশচন্দ্রগী ইমুংগা নয়োজা থুমীত্তা কোম্বুংদা থাম্রে। তৌদব য়াদহুবা হেমলতাবু য়াজপুত-দুগীগী কিশোল শেম্বুনা য়াজপুত-দুগীশিংগা লোয়ননা আগ্রাগী বেগম মহল চওলুই।

---

# ৩১

## জেলেখাগী চিঠি।

আগ্রাগী লাম্লবন মছুংদা নরেন্দ্রনা হেমলতাগী খককম উরুবদগী আন তাকত্রে হায়বসি মমাঙদা হায়রে। কনা ফুইনা লৈরব ছুংদা আকাশ অমমুং ফুরেল য়েংছুনা ময়ুমদা চলক্লে।

ইমুং চঙলে, খাউটৈ অমত্তং থাল্লম্মী, মী কনা অমত্তা লৈরমদে। খোঙ লোনশিল্লগা চুপীগী কিজোল অছু লৌথোকই। মাগী থবাক্তগী চিঠি অম পোপ তায়কই। নরেন্দ্রনা লৌখত্তুনা য়েংই চিঠি অছু উর্দ্ধ্ লোন্দা ই। খাউটৈ মনাক্তা পুংশিন্দুনা পাই। থর পাবা হৌবদা জেলেখাগী চিঠিনী হায়বা মহাক থঙলে। চিঠি অছুদা অস্নুম্না ইরি—

নরেন্দ্র,

ঐ অঙাওবীনী, লাইবকথীবীনী অছুনা চিঠি অসি ইরিবনী। ঐগী মীং অসি করিমত্ত উত্রে, কোকমু ত্তাওরে। অছুবু শিজ্জিনৈদা ঐগী পুক্কীংগী রা অসি নঙোন্দা অমুক্তং হায়রমগে। নঙনা চিঠি অসি পাব মতমদদী লাইবকথীবী অসি অগৎ অসিদা লৈররোই।

ঐহাক সাজাহানগী মচানুপী অহল জাহানারা বেগমগী মনাই-চুপীনী। বারানসীগী লাল চুমীতা থবক লৈদুনা ঐগা মসকম কৌব খোজা অছুগা রাজা জয়সিংহগী শিবিরদা লৈরম্মী। চুমীৎ অছুদা নহাক খুংলাইনা শোক্তুনা আন তাদনা শিবির অছুদা পুরকই। নত্তু উরুবদগী লিন অমুব অম খল্লোইদা লৈখে; চু থকখো।

তুমীৎ থুদোংগী চয়োল খুদোংগী হু অহু অহুম থর থর থকচিল্লে। পোখাকম খঙদহুনা অনাবগী কমুংমনাক্তা অহুম লৈরে, তুম্লিব অনাব অহু য়েঙডো। অয়াওব মীৎ অনী, মতা কব লাইবক ভাংলি-ভাংলিব চীথান অনীহু য়েংবদগী ঐ অঙাওবীগা পান্দম ওইরে। হকচাং শুমদবহুনা অমবু য়েংলগহু চৈ। ঐনী তুমিন্না কপ্পখী। শুমদ শুমদনা করিওম্বদহু য়াম্না মুংশিনা ঐগী খুৎ পাই। ঐদী অঙাওবী ওইরবনী, ঐগী হকচাং হু চুপ্তডৌ। অহুক কক্তবব মূর্ত্তি অতগী মঙ্গুংদা ঈশ্বরনা তুঙগী থম্মোই পালহল্লে হায়বসিদী ঐ মতম অহুদদী খঙদে।

অহুদগী বারাণসীদগী হিদা হাপ্তনা নহাক দিল্লীদা পুরক্রে। ঐনা খুজীন অম তৌহুনা কোম্মুংদা পুশিল্লগা নঙবু ঐগী কাদা থমলে। অহু য়োৗরগা নহাকপু য়েং-য়েংহুনা অহিং লেল্লী। ওম্মকুব কান্দা কপ্পুনা নখোড়দা তুই।

মপুক কত্তব মসরুল্লনা নঙগী বা অসি বেগম সাহেবতা তক্লে। কোম্মুং মঙ্গুংদা মীপা পুশিল্লী হায়রচনা ইবানীমক হাংপদী হুকুম তৌরে। অহুদগী মসরুল্লনা অমুক চত্তুনা বেগমদা কন্নিনো থর হায়-রুরে। করি হায়রুবগে হায়বহুদি ঐমু খঙদে, ঐনা কোম্না তাবদী নঙগী অকল-অথোগী বা অহুপা নশক নত্তো ককবা অহু হায়রুই হায়না তাঈ। অমননী খঙদে অমননী খঙদে বেগমনা মাগী হায়গী হুকুম অহু হঙিনপ্রে ঐবুনা মুম অসিদা বন্দী থমলে অহুপা নঙনা নশা কল্লগা বেগম মশামক্তা ঐথোয়গী বিচার তৌগনী হায়হুনা লাউথোক্রে।

ঐ বন্দী ওইরে, কা অহুদা ইথক কমহুনা লৈরে—নত্তে ইতোমত

মক্তে—মখেক্ত। নঙন্থ লৈ ঐগী থম্মোইদা। হৌজিক্তী মঙোন্দ বা অমত্ত থুপ্লরোই। ঐ শিগদোবা কুইক্রে ঊকাইরুহনা কাদে।

নঙ উক্রগা ঐগী অবাবা হায়কম খঙদে। কোম্বুংদদী খাওবা ওমলাক্চুনা থোঙশঙবগা মসক্ষরগদা হায়জহনা লোয়া নঙবু য়েংবা চৎলি। মতম অহুদা নহাক ফরে, মশা ফদে, মমক মরক্তা ঐঙোন্দা হেক হেক য়েংবহ্ মহাক নীংশিংলিবরা? ঐ কুইনা লৈবা য়াক্রে, মিহুংশিখঙদব মসক্ষরনা ঐবু চৎলো হায়হনা তাক্লে, য়ুবদা চত্তুনা নশক অহু নীংশিংহুনা চিন্তা তৌহনা অহুম লৈরে।

বিচারগী হুমীৎ য়ৌরে, হুমীৎ অহু নঙ নীংশিংলিবরা? জাহা-মারা সিংহাসন্দা ফমদে, মাগী অকোয়বদা মনাইশিং লেপ্তুনা লৈ, মহাক কাউত্রিবরা? হুমীৎ অহুদা বেগম সাহেবনা নঙবু অহানব উবনী। মহাক্না য়াম্না তমথীব হুকম অম তৌয়ে, নীংশিংলিবরা? ঐনা শোল্লপা হায—শাহজাদী। মাসি ঐগী পাপকী মতীকচাব দত্তিরা? নঙন্থ হুপীনী, নঙগী থম্মোয়দ্ হুঙ্লা করিমত্তা পেত্রা? ঐ বন্দীনি, ইনীংতম্বা য়াত্রে, অহুবু ঈশা বন্দী লৈরে, কাজন্দুনা থমদে হায়হুনা ঐগী থম্মোই অমম্ভং য়াখনবূদী নঙনা কাবা য়াত্র।? ঐগী পাপকী চৈরাক পীরে, অহুগা সিংহাসন্দা ফমলিবী নিংথৌগী মচানুপী নহাক্তী ঐঙোন্দগিম্ন হেম্না পাপ লৈবীনী, মাহুগী চৈরাক্তী লৈত্রবরা?

করম্ব লৌশিংনা অহিং অহুদা ঐনা নঙবু লানবন অহুদগী পুহনা চেনবা য়াম্ব হায়রুহনা কাদে। অহুদগী লাম্মীগী পোষাক শেত্তুনা নহাক দিল্লী থাদোক্লে, লাইবকথীবী অলিম্ন দেওয়ানা কৌহনা

নীপাগী থিজেন্তা নঙগী নতুং ইরে। নরেন্দ্র। নহাক্কী প্রেম কংগনী হায়রবদী ঐ নঙগী পুংশিবী ওইগনি হায়রব আশা তৌদে। তুমীচুমা মনাক্তা লৈগনি, ঈথৌপাংব নোক্নৌবীগুম্না ফজব নশক অহু য়েং-লগা থম্মোইগী ঈথৌপাংবা কোক্কনি, অছুগা জগৎ অসিদা, স্বর্গদা কঙমদ্রব য়ুঙাইব কংগনী হায়রব আশা অসিত্তনা দিল্লীদগী সিপ্রা তোর্বান, সিপ্রাদগী রাজস্থান ফাওবা মতুং ইমবনী। আশা অসিদা লাইবকথীবী অসিনা চৎপা ওথলোইদৌব জগৎ অসিদা মত্রগা নরক্তা করম মকম লৈরিবগে?

# ৩২

## চিঠি লোইবা।

নরেন্দ্র। নঙনা পুংশিব হিন্দু তুপী অত্তম্ভ ঐ উরে। অহুবু নঙদী ঐগুম্ন দেওয়ানা ওইদ্রি ত্তাওদ্রি। ঐ তাত র লৈবাক্তা পোকপনী। মকম অতুগী মীদি য়াম্না থিগুত্রী। ঐসু ঙঙাং ওহৈরঙৈদগী য়াম্না থিচত্তী, লিংজেন থঈ। ঐনা শাউরবদী মশাকনব নীপামচাশিংদু শানবা তোক্কুনা তুপী চাশিং থাদোক্কুনা লাপ্না লৈদোকঈ, চেন্থোকঈ। ঐনা চানবা মীশক্তি ঐগী ঈন'ক্তগী চখোকহন্দে। লান্দা ঈপা শিখি, ফাহুনা ঐবুসু বন্দীগী থিবমদা দিল্লী সম্রাটকী মকমদা য়োং-ষোক্লকঈ। ঐগী মীংত্তম্বা চৎপ্রে, লৈত্রে। অহুবু লীংজেন থাবা অহুদী অহুমক লৈ, ভারতবর্ষগী কজব তুংথাগী মৈশানা ঐগী ঈ অসি থরবু হেন্না শাগৎলমাদে। কোন্থুংদা তাত্তার তুপীনা তৌব

থবক নঙম্ম থঙম্বা য়াই। ঐখোয়না বেগমশিংগী মহল (কোল্লুপ) ঙাকঈ, থাঙশাং, ছুরি মতম পূম্নমক্তা পীজিন্নবা তাই। বেগমশিংগী য়াথংদগী ওন্থোকপা থোদোক থোকঈ, মাদু জগৎকী মীয়াম্না করম খঙগনি? ঐমক্তা অসিগুম্ব মুংশি-হৈজব থবক অসি কয়া তৌদে, অদুবু থাজেশেংনা শাউরবদী থুাইনা তৌব ওমদব থবকনু তৌবদা থোইনা চিংনদে। ঐগী ঙণ অসি লৈবনা বেগম সাহেবনা ঐনা শাউবা য়াই, থাওটী।

দিল্লী থাদোক্তুনা নঙগা লাকমিন্নব মতম অদুদা ঐগী স্বভাব করিমত হোংদে। ঐগী লিংজেল অদুদী থর থর অন্থম হেজং-লকঈ। নত্তোন্দা অন্থম য়েংবদা করি করিগুম্বদা থাজৈশেংনা জ্ঞান মাওটী। মাসি মুংশিব' হায়বতুয়া করিনো খঙদে। কোক ঙাওঈ, থম্মোইগী থোরাংবনা লৈকম খঙদে। হু অদু অস্থক থকঈ, নঙবু য়েংদুনা অমুক লৈ, অমুক অঙাওবগুম লৈ। মাসিগী মমিং মুংঙাইবা কৌবয়া অয়াবা কৌগদ্রা ঐ হায়না ওমদে। অন্থম তৌনা ঙাওদুনা নঙগা লোইনদুনা রাজস্থ ন্দা চৎলী। মাদু য়ৌরগা কোকথক্তা বন্ধু ভাবগুম অমা থোক্লে।

উদয়পুরগী পান্তা সন্ধ্যাগী মতমদা থাবন্দা হি তোংদুনা কোয়বদু নীংশিংলিত্রা? মতম পূম্নমক্তা নহাক চিন্তা তৌদুনত্ত লৈবা উই; অথৌবশিংগী মকম উবদুদা নঙগী থম্মোইদা অকল অথৌগী য়াথল পোক্লমালে থল্লম্মী। নোংম ঐনা হিদা কম্নিৈঙদা ঐগী তম্পাক্তা মোন থাঙদুনা হীগ্নব অদু নীংশিংলিবরা? পৃথ্বায় অম থা য়েংদুনা লৈরম্বদু কাউরবরা? ঐমু থাবল অদুমা নশক য়েংদুনা লৈরম্মী,

নশম অহ্ খুৎমা নাম্নবা, শেম্বীরম্মী, নঙগী খুৎ পায়হনা শাম্নরম্মী। মহাক্না হুংশাশোর শাংনা হোৎলপা থংহায় হায়—"হেম, পুনশী অসিদা নঙবু অমুক উরবোইদ্রা ?" ঐ বঙ্গদেশগী লোন থঙদে, অহুবু মাম্নদা খঙ্ঙী। অহুনগী থা চীক্‌না হৌগৎলে, মীৎ অসি উদ্রে, রাম্বহনা হিদা তুরে। কাউরবরা ? অসিগী মমাঙদা নঙ, অসি হুঙগী থম্মোই পানবোই থম্মী, হুমীৎ অহুনদা মহাক্তী থম্মোই লৈ হায়বা খঙ্ঙী অহুবু থম্মোই অহ ঐগী নত্তে, মীগী ওইদ্রে।

অহিং অহুদা ঐমা চাকথবা! করি হায়গনী। হায়মীঙাই লৈত্তে, ঙম্বা থোক্তে। ঐনা নঙগী প্রেম কংগনি হায়বসি কৈদোংবাদসু খাগা তৌদে। অদুবু ঐনা মহাকপু পুজা তৌজরবা মহাক্তী লগক্ত পুম্মক থাদোক্লনা লৈবাক খুদী কোয়রবা, মহাক্তীদমক্তা ঐ তাওরবা, মীশক অহুনা অতোপ্পা অমগী ওইথি, অতোপ্প অমবু হুংশি হায়বসি রাখল অসিমদী ঐ পুবা ঙমদে থাঙবা ঙমদে। চিন্তানা ঐ ঙ ওইনা ঙংহনা হৌগৎলে অহিং অহুমক্তদা নহাকপু হাংকে হায়না লেপ্লে। ঐবু শাউগনু, দেব তৌগনু। বঙ্গদেশগী চংনবী ঐ থঙদে। ধর্মগী পাউতাকসু তাদে, লৌদে। ঐহাক্তী শাইরিক হৈত্তবী, লিংজেনথাবী তাতার মুপী নি, ঐহাক অঙাওবীনী। অঙাওবী অম ওইনা হুংশিরম্মী, অঙাওবী অমগুম্না মী হাংমীংলে। ঐগী থম্মোইনা হায়বা অহুদা তৌবনী। উরীগুম্না নখোঙদা তুরে, লিল অমুবগুম্না নঙবু চীকে থরে।

ঙাওবা হেজিন্নকপা উবদা নঙমা ঐবু চম্নোল অম কাজিন্দুনা থম্নে নী শিংলিবরা ? উপায় অমুনা নহাক হিংহৌরে। চম্নোল অম লৈরগা ঐগী অশাউবা নেমগ্রে, উপায় অম অমুক থিগে থরে।

হিন্দু ধর্ম্মদা নঙনা থাজব, ধর্ম্ম অসি লুনা থনবা উহুনা ভগবান এর্কলিদগী মন্দিরগী গোস্বামীশিংগী মকমদা ঐনা থবক পাওবা ভমত্রা য়েংগে হায়রহুনা চৎলে। ঐনা অহানবদা থেংনরুব অতুদী য়াম্না মগুণ নৈব ধর্ম্ম নৈব মীশক ওইরমলে। ঐগী বা অছু ভাবদা খোঙপাক্না কাওহুনা ঐবু ভাম্মোয়ক্লে। অসুম্না মীশক অহুম মরিগী মকমদা চোম্নহুনা কিযু শেংপ শৈব অমগী মকমদা কাইনথঙদা চৎলে। থুদক্তা লীশীং অহুম পীব হৌরাগী খুজি অম মথুক্তা শিজিন-থীরগা লুপা লীশীং হুনগী মুক্তা পয়েং অম উত্তুনা হায়রে” পাজলনা ওইরবস্থ মমথাক্না ওইরবস্থ নরেন্দ্রবু হেমলতাগী মাখল থাদোক-হনবা ওয়বা মুসলমান ধর্ম্ম লৌহন্দুনা ঐবু লৌহনবা ভমলবদী মুক্তা পয়েং নঙগী ভকশমদা ইখুৎমক্না শিবীগনি।”

অমুক মাম্ব শেলদী কদাইদগী কংবগে হু'মহুনা হংলকপা য়াই। জাহানারাগী মনাই-মশলগী শেলগী অরা'ৎপা লৈরে। লৈব ক্কৌ অচৌ অচৌব মীনা সত্র টকী মকমদা করিগুম্ব হায়জগে লাক্লু দী বেগম সাহেবকী থূদোল অম ভমদনা কারিগুম্ব থবক অমত পাঙথোকপা য়াদে। কনাগুম্বনা থবক অচৌব ক গে ভানবা, কনাগুম্বনা প্রজাগী মথক্তা অত্যাচার তৌরুহুনা মাহু কনবীনব হায়জবা কনাগুম্বনা মীগী সম্পত্তি মুন্দুনা লৌরুবগী মরমদা হায়জবা সত্র টনা শ'উরব কনাগুম্বনা শাউবা অছু ফনব হায়জবা, কনাগুম্ব লাম্মীনা লান্দা মায়থীহুনা চেল্লকপগী কমবিযু হায়জবা মর'ম অসিনা বেগম সাহেবকী মকমদা পৈশা, মনি মুক্তা চবুল চবুল থারক্লগা মথোয় মথো'য়গী বা অছু বেগম্না পুবীরিবনী, ফননব শীনবিরিবনী। থারক্লিব শেন ময়াম অতুদগী বেগমগী মনাইশিংস্থ কাংঈ

অহূগী মতু দা শৈলেশ্বরনা হোৎনরব মরাম অহূ নঙগী খঙ্ডী। উপায় অহূর অরেম্বদা তায়ে, ঐগী আশা পুম্নমক মাঙখ্রে। ঐগী চুপীগী ফিজেত্তা মুমীৎ মীনি লোকচুংদা নঙগা উনরম্মী, মতম অহূদা নঙদী চুপী নেশাদা মুন্দুনা লৈরম্মী ঐবু উবরা উদবরা খঙদে। অহানব চুমীত্তা নখোঙদা তুহনা কপরম্মী, অনীরক তুবদা নঙবু হাৎকে তৌরম্মী। খুত্তগী থাঙ অনীরক নাহুখি। তাতারগী মথুত্তগী থাঙ তাবা হায়রবসি কৈদৌঙৈদসু খঙখিদ্রি, ঐ অসুক শোয়ে হায়রবসি ঐ খঙঙমদে।

তুংদা নহাক্কা লোয়ননা আগ্রাদা অমুক লাক্লে। ঐনা থিক হংলুবদগী খঙলে—বঙ্গদেশতগী ইনাকখুনব জমিদার আগ্র'দা লাক্লে, নঙগী হেম হায়রবহ ঐ উরে। নঙদী পাপীনী। নঙগী হেমদী অতোপ্প মীগী চুপীনী। উঁ! ঐ থাঙবা ঙমদ্রে। চুমীৎ হুম্নি লৈরগা মথুরা মন্দির অচৌব অহূদা চৎলু, মীগী চুপী অহূ অমুক য়েংলু। নঙনা লাইবকথীগী ওইহল্লে, নঙবুসু লাইবক থী। ওইহনগনী। অহুনা ঐনা পাঙ্ড অসি পীরিবনী, মরম অহুনা আগ্রাগী লানবন্দা পুহনা হেমবু উহনবনী।

ঐ শিগদোবা কুইদ্রে। মীহাৎপা, হাৎনীংবা তাতারগী ধর্ম্মনী। ঐগী ধর্ম্ম ঐ কাউদে। ঐগী ঈ ঈংদ্রি।

ওঃ কোক ঙাওরে। ঈথৌদাংলবী অসিবু চুংশি-লাইক পীরম্নবদী পাঙলম্নুগী অসি তৌবীমল খঙদবী অম ওইরমলোইদৌবনী। মানা হিংলিবমথৈ... ... ... ... উঃ মীৎ অসি উদ্রে। নরেন্দ্র! পুনশী অসিমগী বিদায় পীরো। চুংশি-হৈত্তবা। শিরব তুংদা অমুকং

উৎবা য়াম্বদা, থম্মোই অদি শেগায়দুনা মহুংগী তাবগী নত্তোন্দা "উন্নহগনী। মতম অহুদা নত্ত্ ঐবু হুংশিগনি—নত্রগা ছুরি অসিনা নওগী মুঙগী থম্মোই অমু মকুপ তাহনগনী।"

অতাওবী জেলেখা।

চিঠি পাবা লোইরে। নরেন্দ্রগী ওমীত্তগী পি মরীক মরীক হেন্থরকঈ। মাখল তৌনা তৌদুনা মুখদগী মপান থোকখে।

নোং ওানগদোরে। সহর পুমচীক চীবগ্রে। নরেন্দ্র অমুম লাকপদা থঙহৌদনা য়াম্না লাম্রম্মে। মাঙদা যমুনা উরে।

হুংশাশোয় মপী হোম্বূনা হন্নগে তৌরকপ মত্তমদা উরে—যমুনা মপান্দা মী থর তিন্দুনা মী অশিব অম কুম্নগী। হংবদা ময়াম অতুগী মরক্তগী অমনা খুম্মী—"শিরিব পুপী অসি মমাইতদা বেগমমহলদা মীনাই ওইরম্মী। কাকের লাম্মী ইমগা চংমিন্নখি। লাম্নী অহুনা হাংলম্বা ওইরমাম্লে। মীনাইমুবী অসিগী থবাক্তা, ছুরি অসি য়ুংন্তনা লৈরম্বা পেংনৈ। লাইবকথীবী অসিগী মমিংনা জেলেখা।"

নরেন্দ্র খাই লাউঈ। ছুরি অদু জেলেখাগী ছুরিনী। লাইবক থীবী অদু আত্মঘাত তৌরে (মথম্ভ হাংচরে) হায়বা নরেন্দ্র খঙলে।

---

৩৩

# মথুরা।

য়াচঙবমতমদা ঈচেলতপ্পী যমুনা মপান্দা মথুরা সহর য়াম্না কয়না উই। মুমীৎ তাথিবা কনা কুইরে। অতিয়াদা থবাম্নিচাক-অময়ম মথং মথং চোংথোরক্লি, যমুনাগী পাক্লব ঈপাক্তা সন্ধ্যাগী মুংশিং, লিরি লিরি হুক্লি। মুঙনা চনবা থাট্টশিং অহু ঈশিং মহুং য়ৌথরি। উপাম্বী অমমুং কুঞ্জবনগী মরক্তা লাইশঙ অমমুং দগাল ময়াম উরি।

হেমন্ত ঋতুদা চুরেন, থুদং উ-বা ফুরা-দলাল ময়াম য়াম্না মীংথিরে। অশংব অতিয়াদা থানা তথা তথা তাউহনা চৎপগুম উই। চুরেন মমুংদা হি মচা অম অনীমু তাউরি। থানা অমৃত-থীকথরকপদা জগৎ অপূর্ব মুত্তাইদা উইথরে।

নগরগী মমুংদা সন্ধ্যাগী পূজা হৌরক্লে। লাইশঙ ময়ামগীদগী যোইবুং খোঙেন তারি, য়াচঙবগী নামিব মুংশিংনা য়াম্না লাপ্না পুথি। মায়কৈ মরিদা চাইথোকখি, অতিয়াদম্মু কারি। লাইনীংবা অমমুং থর্মচেনবশিংনা পৃথিবীগী চিন্তা পুরথক কাউরে।

চুরেন মপান্দা মুঙগী থাক দৈরিব অহুগী অচৌব মন্দির অমদা আরতি তৌরি। ব্রাহ্মণ পূজা তৌব কাঙবুনা ঈশৈ বাংনা শক্লি। যাত্রী ময়াম্না মথোয়গী মায়কৈ মরিদ। মন্দির অহু কোয়শিন্দুনা ইশৈ তারি, শকপমু য়াওরি। যাত্রীশিং অহু হুনীদা য়াম্মী। অয়াপঃ

"অয়াপ্পা মকমদগী ল'ক্তুনা পুন্যস্থান অসিদা লাই-খুরুমলবসিদা মখোয়গী পুনশি মহৈ য়াম্লে খল্লে।

আরম্ভি লোইখ্রে, বা'ত্রশিং লোইনা হয়খ্রে। নুপী অনীদংদা মন্দির নাকন্দা উথা অমদা লেপ্তুনা য়ারী শান্নি।

হেমলতানা নোকখি নোকখি তৌদুনা হায়:—ইমম্বা! পাঙন নুপী অঙাওবী অদুনদা ওসি মন্দির অসিদা মরেম উনগনী হায়রম্বী অদুবু মাদী কদাই?

শৈবলিনী য়াম্না শিংবনী, হেমনা ঙাংলিবদু মোক্তুনদা ঙাংলি হায়রবু মাগী খল্লোই য়াম্না লাওতুরে হায়বদু মা খঙডো। হেমগী মশা অদু নীকই।

শৈবলিনীনা অসুম খল্লী—"ওসি অসি কয়ি থোক্লগনা হেম অঙাংনী, নরেন্দ্র হেক উবদা মমাঙৈগী বা লোইনা নীংশিংগনী, মহাক লৈকম খঙলররোই।" কোংনা হায়—"অঙাওবা অদুগী বাবু কনানা থাজরগবনো? মথুরা অসিদা মাগা উনগদি হায়বসিবু কমদোনা আশা তৌগদৌরিবনো?"

হেমলতা—আশাবুদী তৌদেদা। অঙাওবী অদুনা হায়রববু হায়বনীদা। অদুবু ইমম্বা জেলেখানা হায়বা অতৈদী লোইনা চুম্নীনে।

শৈবলিনী—অদুম তৌদুনা মরাম্বু থাজহল্লিবনী। অদুম্বা অনী হায়রগা ওইদব অম হেক হায়রিল্লী। ঐখোয়গী নুপী (মীমাই) অদুবু লাক্লে। লম্বী খঙদদুনা তৌবদী অদু নত্রবদী ঐখোয় ওসাইনা য়ুম য়ৌরগদোবনী।

হেমলতা—অস্থক ভহা ভচ্য কুরিগীলোনে ইনম্মা। চুমীৎসি থোইনা থেঙজিনা। মকম অসি কজরনে? ঐখোয়গী বীরনগর, গঙ্গা নীংথিজরনে? ঐদি অভাং ভইরিভৈদা থাবন্দা গঙ্গা মপান্দা ঐখোয় ময়াম শায়বা, নহাক্তা অচুপা, অচুপা........................ ময়াম শায়বচু নীংশিঙতৌ হায়বা।

মখোয়গী মনাই লাক্কবতুদা শৈবলিনীনা য়ায়া চুংশাথীজিন্নক্রে। হেমলতানা মাচুককা করিমত থজুদনা অমুকসু হায়—য়েঙুনে ইনম্মা, যহি অদে ভেলদোনা লাকঈমে, এঃ হিয়োনবসিনা কয়া কয়া হোন-গলিবা, হি অসি পাইরকপঙম ভৌরে। হায়রনী।

শৈবলিনীসু অদোমদা য়েংঈ, মাগী চিংনবা, চুংশাথীবচু অন্নম থেজিন্নক্রে। মানা চুংশা থীরবচুমক থোক্রে, হি অচু মাটুগী থুচুপ নীপাল লাপ্পিভৈদা লাম্মী অম চোঙকুমা মাটা লেপ্পরে—নরেন্দ্রনাথনী।

হেম ঙ মরুমদা লৈরম্মী। নরেন্দ্র বাবু উমচুনা মন্দির মমুং চঙখ্রে। হেমনদী নরেন্দ্রবু উই। থুদেক অচুদা হেমগী মথীৎ ময়াম শীমুক ভাঙতৌ, অচুদগী ভহাক অচুদা ভাইফেৎ ভাইনা উই। মশা অপুম্বা নীকঙ্গৈ, লাইবক্তা হুমাং ময়ীক মমীক কাঙ্গৈ।

শৈবলিনীনা চুংশাথীচুনা হেমবু কাউ। হেমনা নীকপা অচু থিজুং ফরগা শৈবলিনীনা হায়—"হেম! ঐনা নঙবু ইমাউ পোক-মিন্নবদগী হেম্না চুংশিবনী, নঙ, ভুদি নরেন্দ্রগা উনপচু, য়ুম চৎসি। মঙনসু ঐবু নচেম পোকমিন্নবদগী হেম্না চুংশি ঐ থঙতৌ। ঐনা হায়রবা তাও, য়ুম চৎসি। নশাগী পুক্নীং কাওবা থঙজিব অভাংনী। অসি নঙগা নরেন্দ্রগা য়ান্নী হেক শাবদা থুদোংথৌবা থোকপা য়াই ঐশ্বরনা থঙতৌ।

বেমলতা মরক লুকথদুনা রা অদি তাই। ওহাক লৈপাক্তা য়েংদুনা লৈরগা পি মতুং অম অনী তাই, লৈত্তোই মরক্তা তাদুনা যাদ্রু উখিজ্রে। অদুদগী মমায় হাইপংলক্লে মতম অদুদদী ম'গী লাও-তরুবা, খোজৈয়াংবদু অমত লৈখিজ্রে, উখিজ্রে। শকরুম অদু য়াম্না তরুতরুনা উংনা উরে।

শৈবলিনীদা য়েংলগা হায়—"ইনম্মা। নহাক অসে ঐগী থরাক-পগী হেন্না দুংশিজবনী, ঐবু থাজদবা তৌগদু। দুমীৎ খুদিংগী, থা খুদিংগী, চহি খুদিংগী নত্তনা ঐত্তোন্দা ধর্ম্মগী পাউতাক কয়া পীবিরে, ঐ মাদু থক কাউদে। ঐসু নহাকপু থাজে নত্তসু ঐবু থাজো, ঐ কৈদৌউদসু থাজবা অদুগী ওয়-তৈনবা চংলোই। হৌজিক্তা লাইগী পূজা লোইরি। পুন্যগী মশক ওইরব লমদম অসিদা পুণ্যগী মন্দির অসিদা ইনম্মনা থাজরিবা অদুগী ওমনা ঐ থক চংলোই। অদুগা ঐগীদি পুম্নমক্তগী হেন্নব, লাইগুমলব ইবুঙোনা (ইপুরোইবনা) ঐবু চানবীরি, দুংশিবীরি। মহাক্তী ঐগী থরাগনী ঐগী লমী। পুনশী অসিদা মনাই দুগী ঐনা মহাক্তী মকমদা নমথাক তৌরম-গদ্রা, ওইদব নত্তব লমচং চংকদ্রা? মাদু থক থনবীরুদু। ইনম্মা। ঐবু চিংনগদু কত্তব তাব থনবীগদু। নত্তনা ঐবু য়াবৈ অবদা সংসার অসিদা ঐবু দুংশিবীগদৌব কনা লৈরিবগে?" মমীতগী তারকপা-পিনা মমায় অদু পুথচোং চোংলে।

মতম অদুদা শৈবলিনীসু তং-তাবে, উংথরে। মমীত্তা পি তরাং-তরাং চেরে। দুংশিনা হেমগী মমায় মমীৎ তৈথোকপিরগা হায়—"হেম। ঐবু তাকপিয়ু। নত্তদী ধর্ম্ম লৈবী, নপুরোইবা মীংবী তুশীনী। ঐনা নত্তবু মীকুপমুক্তং চিংনজবদুগীদমক ঐবু তাকপিয়ু।"

হেমলতা—ইনন্দা। মাহুম হায়গদৄ। ইনন্দবু ঐনা ঙাকপিবা নঙগী খোজাল, নঙনা ঐবু হুংশিবীবা। নঙগী লমন্দী মপোক মপোক খুদিংদা নঙগী নমাঙ ঙইজগে। মাসিদগী হেনবা হায়জং নিঙাই অম লৈতে।

অনী কোমহুনা ওহাক কপমিয়রে। তাম্রিব পি অহু হুংশি-নবগী পিনী, হুঙাইবগী পিনী। ওহাক লৈরগা শৈবলিনীনা হায়—অহিংসি খেঙজিনরে, চংলো, নরেন্দ্র উনকরো।

শৈবলিনী উথা অচদা ঙাইহৌঈ। হেমলতা মন্দির মমুং চঙখ্রে। হৌজিক্কী হেমলতাগী লাঙতক্নবা, পাথংপা কম্রিমতা লৈ-খিদ্রে। তপ্না তপ্না নরেন্দ্রগী মনাক্তা চংহুনা কমলুরে, অতুগা লৈখাদা য়েংহুনা লৈ।

মতম কুইনা উরুত্রব হেমবু উবদা নরেন্দ্রগী পুক্নীং ঈলাঙ-লাঙখ্রে, বা ঙাংবা থোক্কে। হেমগী মথুং অহু চেৎনা প্যায়রগা হুংশিব মায়থোঙ অহু মুমা য়েংঈ, মমীতগী পি অর-অর শিদ্রে, মখা থক থক নীকঈ। হেমহু লৈবা ঙমদ্রে, মক লূকথহুনা মমীত্তা ঈরা চেন্দুনা লৈ।

য়ায়া কুইনা নরেন্দ্রবু মাংকম তোংদনা য়েংলগা হেমনা হায়—“নরেন্দ্র।”

নরেন্দ্রনা য়েংবদা হেমগী মথায়দা লাঙতক্নবা পাথংপগী খুদম অময়া উদে, ইকাইবগী মওংমু লৈতে, মায়থোং অহু ঈংনা, তক্ক তক্ক ঊই। হেমনা অমুক য়ায়া তপ্না কৌঈ “নরেন্দ্র!”

# মাধবীগী খুজি।

দেবালয়গী ( লাইকমগী ) থাউমৈ লোইনা মুৎথ্রে। মী পূম্নমক তুমগদৌবনা তুংথ্রে, চংকদৌবনা চংথ্রে। মন্দির মথক্তা থাগী মঙাল ফজনা ঙৈরি। মাকন্দা যমুনা তপ্পা তপ্পা চেল্লি। ঈংলৰ যমুনাগী মুংশীং তপ্পা তপ্পা শীংলি। মজরব অহিং অসিদা শেংলৰ মন্দিরগী মুখী অমগী মরুমদা নরেন্দ্রগা হেমগা ফুম্মিল্লা ফম্মি।

হেম—কুইনা উনত্রবা তুংদা ওসি উমরে। অসিদগী অমুক কুইনা উনগ্ররোইকো। অঙাং ওইরিবৈঙদা ঐখোয় অনী গজা মপান্দা শান্নরম্মী, সুঙাইবগী মঙ কয়া মঙলম্মী। হৌজিক্কী নঙনা লাম্মীগী শিনফমনা নঙগী ত্রত ওইরে, ঐনা মীগী মুপী ওইরে। অঙাং ওই-রিবৈঙগী মঙ্ অহু হৌজিক কাউরো নরেন্দ্র!

ওহাক তুমিন লৈরুরগা অমুক হায়ঃ—বিধাতানা মওং অম ওইনা শীনবিরম্নবদী ঐখোয়গী পুনশীস্থ মাসিদগী ঈতোপ তোপ্পা মওং অম ওইরমগদৌবনী, অতুগা ঐখোয়গী মঙ্ অহুসু মহৈ যাক্সম গদৌবনী। অদুবু নরেন্দ্র! বিধাতাবু নিন্দা তৌরুবা যাদে। মহাক্কী খৌনা পাঙ্গল অমসুং মিংচৎ শীবিব অহুগী মমিং শোল্লু। মহাক্না অরাবা অপুম্বা কোকপিহনা শোয়দনা মুঙাইনবা শীনবিরকনি। ইবুঙো মহাক্না ঐবুম্ন মকম শীবিরে, লাইগুম্নব ইপুরোইবা শীবিরে, শৈবলিনীগুম্বী ইমম্মা শীবিরে, ইচাক-ইয়ল শীবিরে। মহাক্কী খোজালগী সমুদ্রনী। মহাকপু হন্না হন্না খুরুমজৈ।

হেমলতানা মঙক্তা কি য়েত্তুনা মথুং লোয়রগা জগৎপু শেম্বিব ইবুঙো মহাকপু খুরুম্মী। অতুদগী মায়থোং মকালায়া অপেম্বগী শকতমদা লৈ।

নরেন্দ্রনা ওকুমা হেমগী মশক অতু য়ুম্না য়েঙঙী। মমীত্তগী খি তৈথোক্লগা হায়—হেমলতা, নহামমথৈ ঐ নঙবু মশক খঙ-লমদে। নঙবু মীয়া লাইরেম্বীরা ? অমুক থাঙহৈব অমুক ধর্ম্ম লৈবা জগৎ অসিদা উক্রি, উথমু উয়রোই।

অমীমক ওহাক তুমিয়া লৈরে। হেমলতামা অমুক হায়—নরেন্দ্র ! ঐমা তাবদী—নহাক্তী লান য়ায়া শোক্ররে, লৈবাক য়ায়া কোঈরে, মিংচৎমু কংলে হায়নৈ। নহাক পূন্ত চেনবা মীশক অমনী। ঈশ্বরনা নঙোন্দা খুঙাইব শকক্তা পীবিসহু। অহুগা করিগুম মতমদা লানগী থবক্তা বাহুনা পোথানীংলক্লবা, অতুগা অরা-অনং থোক্লক্লবদী বীয়নগরদা অমুক লাকউকো। নঙ্ লাকপদা পুম্নমক হয়াউগনি। ঐথোয়গী নিপাগী থম্মোই ঐ থঙঙী। মহাক্না নহাকপু মনাউদোনা মীংঈ মুংশি। মতম পুম্নমক্তা নহাকপু মুংশিনা শোক্লী। নঙ্ লাক্লবদী মহাক য়ায়া হয়াউগনিদো।

নরেন্দ্র বা মচেৎ অমত ঙাংদে। হেমগী রাহৈশিং অতু য়াম্না নাক্তোংদা মুংশিয়ব ঈশৈশগুম্না থোকঈ। মহাক ঈপেল পেক্লী। হেমনা মথা তারকঈ :—নহাক লাক্লবদী শৈবলিনীমু ওয়াক্লা হয়াউগনি। অতুগা হেমলতানা হিংলিবমথৈ নচলগুম্না নঙগী সেবা তৌগনি। তাদ নরেন অঙহৈবনী, নঙ্ বীয়নগয়দা অমুক হল্লক্লবদী ঐথোয়দ মতমা বীয়নগর অপুম্বা খুঙাইগমিদা।

হুংশিব বাঙাংশিং তারগা নরেন্দ্র মপি ঙৈখোকঈ। মবানীমক ঙহাক তুমিন্না লৈরে।

মথৈদা হেমনা নিঙমদবগী মওংদা হায়—ন্না অমত্তংগা লৈরি। ঐদি লাইবক থীবীনি। ঐগী দোষ লৌগনু। ঐখোয় অনী কার-নরমদাইদা হুংশিবগী থুদম (খুদোল) ওইনা নহাক্লা ঐঙোন্দা পোৎ অমথক পীরম্মী। মাহু শেৎপ-শিবগী ঐগী অধিকার (হক) লৈত্রে। মাহু অমুক লৌশিল্লো।

হেমলতানা মাগী থুত্তগী ফি অছু হাইদোকপদা নরেন্দ্রনা উরে—মানা পীরম্ব মাধবীগী খুজ্জী অছু হৌজিক ফাওবা লৈরি। উরী অছু ফংহুনা মতং মতং তংলে, অয়াম্ব শরুক্তী মকুপ মকুপ ওইনা তোাইরে। হেমলতানা মতংশিং অছু লংনা লেংশিল্লগা থনম্মী। ওসি মছু শিছুনা লাকঈ।

মখোয় অনী মমাঙদা তৌখিবা পুন্নমক নীংশিংহুনা য়াম্না হুঙাইং-ভনা অমগ অমগ য়েংনহুনা য়াম্না কুইনা লৈরে। নরেন্দ্রনা হেম-লতাগী ফজরব পাম্বোম অমস্তুং খুজী অছু য়েত্তঙী, মমীং অনিছু পিনা থল্লক্কুনা উত্রে। মাগী মীত্তগী তারকপ পিনা হেমলতাগী পাম্বোম অমস্তুং খুং চোংলে। মথৈদা হুংশাশোর মপী হোন্দুনা হায়—"অছুদি হেম নঙ_ পুনশী অসিমগী ঐবু কাউরগত্রা?"

হেম—জীবন লৈরিবমথৈ নঙবু কাউগদৌব লৈত্তে। নচল ওইহুনা নহাকপুদ থন্দুনা লৈগনি। অছুগা খুজী অসিদী মওং অমনী, মাসিদী হুংশি খুদোল ওইনা পীরম্বনী। অছুগুম্ব খুদোল অছুদী ঐনা লৌবা ওমত্রে অমস্তুং য়াত্রে। মাসিগীদমক হুঙাইফবা তৌগং

ক্লকো। চহী করামুক অসি ঐনা খুজী অসি পুজা তৌঈ, থম্মোইদা থম্মী। হৌজিক ঐনা মাসি করা রানা থাদোকঈ নঙ, মাহ্ থজেঙাই। মাসি লৌথোকও, মাসি ঐগী ওইনা থম্মা য়াজে। ঐহাক মপুং য়োইবর নমথাক তৌবী হুগী নত্তে।

নরেন্দ্র রা মথা তাজে। রা তাংদনা হেমলতাগী মখুত্তগী খুজী অহ্ লৌথোক্লে। হেমলতানা হায়—ঐ চৎলগে। নঙদী ধর্ম্ম লৈব মীশক্তী, নহা ওইরিবৈঙদগী ধর্ম্মবু থাজে, মাহ্ কৈদৌঙৈদম্মু কাউপম্মু। ঈশ্বরনা নঙগী মঙ্গল পীবিগনী। ঈশ্বরনা শীনবা, ঈশ্বরনা তৌ হায়না তাকপিবা মতুং ইন্না ঐখোয়না চৎপনী তৌবনী। লৈ অসি নোংম নীনী মনম মুংশিনা শাংলম্লগা কংহুনা কেনথি, উচেক অসিনা মথরায় মুত্তাইনা ঈশৈ শরঈ। মাসি পুম্নমক ঈশ্বরনা পীবা থৌদা ঙক্নী। নহাক্তী বীরপুরুষনী, য়েরুবরু জয় তৌঈ, লৈবাক্তী য়াইফনবা তৌরি। চক্রবরকপা ফোল্লবগী মকমদা থৌজাল উৎলু। ঐগীস্মু ঈশ্বরনা লাইগুম্ব ইপুরোইবা পীনবিয়ে। মহাক্লা ঐগী সহায় ওইবীসম্মু। হৌজিক ঐনা তাঙরিবা, মীংজরিবা হায়রবু ইপুরোইবগী সেবা শোয়জদবা, মাগী মকমদা লেঙদব ভক্তি লৈজবা, মপুরোইবনীংবী. মপুরোইবনা পুনশিগী ব্রত ওইবী মনাই ওইজবা। তাদ নরেন। অতাং ওইরিবৈঙদা নঙনা ঐঙোন্দা ধর্ম্ম তম্বীথি, ধর্ম্মগী পাউতক পীথি, শেংলব মন্দির অসিদা ওসিম্মু অহুগুম্ব পাউতাক অহু পীয়ু। লাউ ঐখোয় অনী রাশকলি, ধর্ম্মগী লম্বী থাদোকম্মুলি হায়না অচেৎপ রাশক লৌসি। পুনশিচুপ্পা ইপুরোইবগী মনাইমুবী ওইহুনা লৈজগে। ময়াম অসি হায়রগা দেবমূর্ত্তি লৈরিব অহুগী মাঙদা খুরুমম্মী, নরেন্দ্রস্মু খুরুম্মী।

খুরুম্নদগী হোৌগৎলগা নরেন্দ্রগী মখুৎ পায়রগা হেমলতানা হায়—অহিংনি কনা খেঙজিল্লক্লে, ঐবু বিদায় পীরো। পুনশিচুপ্পা মহাকপু ইবুংঙোয়া মুংশিজগে, নঙসু ঐবু নচলঙোয়া খনবীয়ু। মশি তৈখোক্লগা হেমলতা তপ্পা তপ্পা মন্দিরদগী মপাল থোকখ্রে। নরেন্দ্রনা হেমবু চিংলা চিংনা য়েংহুনা লৈহৌরে।

অহিং অমুগী নরেন্দ্রগী মতৌ উবদা জগৎ অসিদা লৈরিবা মী পুম্নমক রাগোইদৌব অমত লৈতে। মাগী অরাবা অসি লোইক খম্বা লৈরম্নোই। মাগী থম্মোই পুমহাঙ হাঙখ্রে। মানা কপ্লিবহু মীনসু উরম্নোই লোইবসু নাইরম্নোই —

৩৫

## প্রয়াগকী লান্‌ফম্‌।

ঐখোয়গী রারী অসিদা লোইরে। রারী অসিগী নায়ক-নায়িকাগী মরমদা রাইহ অমনীদং রাংলি।

হায়সু হায়খ্রে, লান তৌগে হায়রুনা সুজা বঙ্গদেশতগী অমুকন্ন চংলি। লিংথেমখাদা প্রয়াগকী মনাক্তা সুজাগা আওরঙ্গজেবকা লান কম্না শোক্লে। অুর্মৈৎ নীনী শোক্লরগা সুজা মারথীহুনা চেমখ্রে। যশোবন্তসিংহসু আওরঙ্গজেবপু মায়থীগা পীনবা কম্না হোৎনরম্মী, অদু লৌশিংগ থৌনাগ চপ মান্নব আওরঙ্গজেবকী করিসু ঙন্তনবা য়াঙনবা তৌবা ঙমখিদে। থরায় মুতাইতনা রাজস্থান্দা হুনখি।

সুজানা প্রয়াগতগী পাটনা, পাটনাদগী মুঙ্গের, মুঙ্গেরদগী রাজমহল, অহুদগী গঙ্গা লান্দুনা তণ্ডা য়োনা চেনখি। আওরঙ্গজেবকী মচা

মহম্মদকা সেনাপতি আমির জুমলাগনা মাবু তান্নখি। তগাদা মহম্মদনা সুজাগী মচাসুপী লৌহুনা ( সুহোংহুনা ) সুজাগী মীচঙ্গদা লেপশ্রে। অহুবু মথোয় অনীথক আমির জুমলাগী মকমদা মায়থীরে। মহম্মদনা মপাগী নমথাক তৌব চিঠিদা থাজহুনা মাগী মুপীগা মাপা সুজাবু অমুক থাদোক্লে। সুজা মরাইবক থীরে, আরাকান্দা চেনখ্রে। মকম অহুগী নিংথৌগা থংমরুবদগী মাগী তেঙ্গোলপা লোয়নবা সুজা হাৎ-খ্রে। নিংথৌ অহুনা মাগী মচাসুপী লৌরে। সুজাগী মুপী প্যারীবানু মথারায় মুত'ইত্তবদগী মশা মথন্ত শিজাখি, অাত্তখাত্ত তৌখি হায়রে। চহী কুন চুপ্পা বাঙ্গলা লৈবাকপু নীংথিনা ভাক্লম্বা, লান্দা থৌনা ফবা, লৈবাক রায়েনগী মতমদা থৌজাল হৈবা অমসুং হিন্দুশিংগী মকমদা পুকচেল চাউবগীদমক মমিং চৎপ্রব, মহাকী রাজমহল-কোম্নুং স্বর্গগী ইন্দ্রপুরীগা মান্নবা, অহিং মুংথিল হরাউ-মুত্তাইবগী ঈথক্তা তাউরম্ব সুলতান সুজা শিরমদাইদা মকোক থম্নব মকম মচেৎ অম ফাওবা লৈথিদে, মীরৈবাক্তা মাগী ইমুং; শাগৈ নাতৈগা লোয়নবা মাওখি।

শ্যামনগর অমদী ফতেয়াবাদকী লানফমদা মায়থীরব মতুংদা দারা সিন্ধুদেশত্তা চেনখি। আওরঙ্গজেবকী তেঙ্গোলনা মাবু মকম অহুদগী দিল্লীদা পুরকঈ। মুংশিহৈত্তব সম্রাটনা পোকমিম্নব ময়াম্ববু খুজোয়-নরগা হাৎখি। বন্দী লৈরিব মোরাদসু মাগী হুকুমা হাৎখি। মচীন-মনাউগী ঈনা ঈরুরব আওরঙ্গজেব ভারতবর্ষগী সিংহাসন কাপ্রে।

মথুরাদা হেমলতাগা উনবা মুমীৎ অহুমগী নরেন্দ্র অহুম মাওপ্রে। হেমলতানা বঙ্গদেশ য়োরগা নরেন্দ্রবু য়াম্না থিগদী। পুকচেল চাউব শ্রীশচন্দ্রনা লৈবাক লৈবাক্তা পাউ থাহুনা লাউথোকঈ—"নরেন্দ্রনবু,

[illegible] মহাকী মপাগী অনিবারীগী ডথাড অম পাদোক্লবী।" [illegible] [illegible] থুমীং অহুকগী কনামজনা মাবু মকম অমদা উদা [illegible] লৈখিজ্রে।

হেমলতা বীরনগরদা শ্রীশচন্দ্রগা নীংথিনা লৈমিন্নরে। মপুরগী মন্দিরদা মানা বাশকথিবছু থক কাউদে। মপুরোইবগী সেবাদা মায়ওনশিন্নুনা লৈরে। মাগী অতোম্বা রাথল অম লৈখিজ্রে, মপুংরোইববু নীংবা নত্তনা ধর্ম অতৈ খত্তদে। মতমগী মতুং ইন্না হেমন্তকুমারী অমসুং সরযুবালা কৌবা মচাস্থুগী অনীগা এক্তাপ কৌবমচানীপা অমগা পোক্লে। চহী কুনগী মমাঙদা নরেন্দ্রগা হেমলতাগা পন্না মপান্দা মাচঙব মতমদা শাস্ত্ৰরগা অহুমতৌনা হৌজিক মচা অহুমা মকম অহুমক্তদা শারবা অহু হেমলতানা য়েংলি। সংসারগী থোক্চং অসিনী — কাওবু অম চংখি, কাওবু অম লাকঈ। অঙাংশিং অহুগী লাইবক অহু তক্ত-তক্তই, অথুপ্প লৈতে, মমীং-মনা তক্ত-তক্ত ই, চিন্তা পোক্লিব মায়থোংনী। মীওইবগী চিন্তা, রাথল, স্বর্গগী ওইব নৌরব হুকচাংশিং অহুদা চঙজ্রি।

মাগী লুহোঙবা মতুং চহী তরারোম লৈরগা হেমলতা মোংবা মচাশিং পুস্থনা সন্ন্যাসী অমগী আশ্রম য়েংবা চাস্নুই। বীরনগরদগী ক্রোশ থর চংলগা কাওরব ত্তেরা পাম্বী অম লৈ। মায়কৈ অহুমদা মউ অহুনা কন্দোক্লম্না কপ্লাংশুন্না লৈব', মায়কৈ অমদা থোংশুন্না কাংপা উক্রোং অম লৈ। উক্রোং অহু মঙ্গংদা কক্তনা লাওথোক্লুনা য়ুম অমগুম লৈরে। অসিগুম অতকপ মফোংগী উখা অশিদা সন্ন্যাসী অম মতম কুইনা লৈরম্মী। খুদংগী মুগী অমসুং অঙাংশিনা মুমীংখুদীংগী সন্ন্যাসী অসিগী চানবা পুরকই, মায়ুনা মাগী জীবিকা ওই। অমুক মুংথিল ধ্যান তৌহুনা লৈ। [illegible]